**MANGAL TAMLAKLIBI**
A Collection of 14th Short-Stories
by **OJITKUMAR LUWANGCHA**
New Checkon Purana Rajbari-I

*Published by : Thabung Konjengbam on behalf of Patriotic Writers Forum, Manipur, Keishampat Leimajam Leikai.*





*This is a work of fiction. Names, Characters, Places and incidents are either the product of the authors imagination or are used fictiously.*

| | | |
|---|---|---|
| First Edition | : | 2011 |
| Copy | : | 500 |
| Price | : | 145/ (One hundred fortyfive) only |
| Cover Photo | : | Laimayum Kalpana Devi |
| Cover Script Arts | : | O.C Meira |
| Printed by | : | Lamyanba Printers, Palace Compound, Imphal |
| Stockist | : | Patriotic Writers Forum, Manipur, Keishampat Leimajam Leikai and Authors home |

লাইওইখ্রবা

অপোকপা অমদি ইয়াম্বা অনীগী

মফমদা

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

"ইতাও ওজিৎকী কোকসি য়াম্না ৱাংলে। ৱারীমচাগী ইচাও থোক্লে।" নোংমা ফাগী ওইনা ঐনা হায়খিবনি মহাক্কী হেন্দ রাইতিংদা লৈবা ষ্টপশিং অদু উরুবদা। ৱা কয়া ঙাঙগন্দবা ওজিৎ ইস! ইস! হায়রগা নোকথোরকই। ঐনা মখা তাই। -"নঙনা নোক্লকপদুদা কলা অমা য়াওরি, অদুননি নঙনা ৱারীমচা কয়া ইবা ঙম্লক্লিবা।" ঙসিদি ঐখোয় অনীনা শান্নখিবা ৱারীদুগী ৱাহন্থোক ময়েক শেংলক্লে। অতেনবা মতমগী মনূংসিদা ৱারীমচাগী লাইরিক অনী থংন-থংননা থোরকপদা ঐখোয় অনীগী ৱারীদু খংনিং নীংশিংলকই।

"মঙাল তম্লক্লিবী" ৱারীমচাগী লাইরিক অসি অইবগী অহুমশুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা ৱারীমচা ১৪ য়াওরি। লাইরিক অসি পেত্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুরগী পব্লিকেসন ওইনা পুথোরকপদা নুংঙাইবা ফাওজে। লাইরিক অসিনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা পাউজেল অমত্তং পীবা ঙম্লগদি ফোরম্না লাইরিক অসি ফোঙজরুবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

অইবা-অইবীশিংগী অপুনবা লূপ অমা ওইরিবা ফোরম্না মণিপুরী লোন ১দি লোয়নসিল্লোন (সাহিত্য) গীদমক্তা অঙম্বাথাক্তা হোৎনজরি। ফোরমবু নুংশিবীদুনা মেম্বর ওইবিরক্লিবা, ফোরমগী মিংদা লাইরিক ফোঙবীরক্লিবা পূম্নমকপু ফোরমগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচৈ।

মখা তানা ফোরমবু নুংশিবীদুনা লাইরিক ইবীরক্নুনা ফোঙলকপদা তরাম্না ওকচগনি। ঙসিদগী ওজিৎকুমার লুৱাংচানা ইবা "মঙাল তম্লক্লিবী" লাইরিক অসি কূপথনা পাবীনবা, নৈনবীনবা ১দি নুংশিনা লোয়নবীনবা শিন্নজরি।

চৈচৎ

২৩-০৮-২০১১

রাকেশ নাওরেম

জেনেরেল সেক্রেটরি,

পেত্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর

# থম্মোয়নুংগী পাউদম

অইবা অমা ওইনিংলূই অদুবু কলম পায়দুনা ইগে খল্লুবা মীকুপ্তা ৱাখলসে হেক্তা থোক্তে। অবাইবদি নত্তবা জাৎনি অইবা অমা ওইবা হায়বসে। সাহিত্যবুদি য়াম্না পামজে নুংশিজে। অইবা অমা ওইদ্রবসু অইবশিংবুদি য়োৎখৎনিংই। হিংহন্নীংই মসিতনা লাইনীং ওইদুনা ঐগী নুংশিরবা মরূপ ওজিৎকুমার লুৱাংচা অইবা অসিগী অহানবা লাইরিক 'কিশি' ফোঙব্রবা মতুং অমুক অহুমশুবা লাইরিক 'মঙাল তন্নব্রিবী' সু ফোঙবা ফংজরে।

সাহিত্যগী লমসিদা লাইবিক অনীদং মরূপসিগীদমক ফোঙজবা ঙম্বা অসিদা সাহিত্যবু নুংশিজবা অমা ওইনা নুংঙাইবা পোকই। খুদোং চাবা অসে ফংহনবীবগীদমক মরূপসিগী মফমদগী অচৌবা লমন অমা তোনশিনজরে। অফোঙবা ওইনা পুথোকচরিবা মরূপসিগী ৱারীমচাগী লাইরিক 'মঙাল তন্নব্রিবী' অসিনা অপাবশিংগী পুক্নীং ৱাখলদা লৌশিংগী পূক্কে অমা খুদোল তম্বা ঙম্বা ওইরসনু হায়না মপূগী মফমদা থৌনিজরি।

চৈচৎ                      থাবুং কোঙ্জেংবম

২৬-০৮-২০১১                      (অফোঙবা)

# ৱারোলশিমদংদি

ইরুরবনিনা নর্মশিন্দুনা মচী অমদা হেক্তা থম্লীংলক্তে। লাইরিক ওইনা ফোঙদোকনিংবগী ইহুল হেক্তা পোক্লকই। য়াম্না হৈরবনি, ঐনাবু ইরবদি লোইনা ফজরবনি হায়বগী ৱাখল্লোন্দুদসু নত্তে। ইনিংবগী পূক্লিং ইহুলবু নমথদুনা অমুক থন্বা ঙম্লক্তবদগীনি। মসিসু পুক্সিগী শরুক অমনি হায়না খন্দোক্লে। পুক্সিগী শরুক খরসিবু চেকশিননা লীদুনা থম্লীংলকপদগীনি লাইরিক ওইনা চনশিন্নবা লাকনরক্লিবা। 'মঙাল তম্লক্লিবী' হায়না মীংথোল পীরবা ৱারীমচা ১৪ গী অপুনবা লাইরিক অসিনা অইবগী ওইনর্দি অহুমশুবা ফোঙদোকচবা লাইরিকনি।

'কিশি' (২০১০) অমদি 'লাইনীংদা লূপগুবী' (২০১১) হায়না মীংথোল্লবা ৱারীমচাগী লাইরিক অনী লাইরিকসিগী মমাংদা খূদোল তৌখ্রবা অমদি খূদোল তৌজরিবা লাইরিক অহুম্মক চাংয়েং ঙাক্তনি। হৈরে হায়দুনা ইজবা নচ্চদে। চাংয়েংদা চাংয়েংনি। পাবিরীবশিংনা চাংয়েং অসিগী থাক লেপ্লীগদৌরীবনি। পাবিরীবশিংনা পীবীরকপা থাক অদুদা লেপচগদৌরীবনি। থম্মোয় শেংনবা চংঙি। নমথাক্কী মফম লৈহনগুমসি।

লাইরিকসি ফোঙদোকপদা মপূং ফানা মতেং পীবকখিবা মরূপ খুদিংবু অইবগী মীৎয়েংদা অরূম-অয়াং ওন্দনা চপ মান্নবা খলদা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি। ইকায় খুম্নবা উচ্চরি। 'মঙাল তম্লক্লিবী' হায়রিবা ৱারীমচা ১৪ গী অপুনবা লাইবিক অসিনা খুন্নাই অসিদা হীংমীন্নরিবা মীওই কাংলুপ খুদিংমক্তা মঙালগী মৈরা মচেৎ অমতং ওইরবসু তম্লনবা থম্মোয় শেংনা ঙসিদগী মীযামদা খূৎশিন্নজরি॥

চৈচৎ

২৬-০৮-২০১১ ওজিৎকুমার লুৱাংচা

# বারীমচাশিংগী য়াওফম

## থম্মোয় কায়ননবা নুংশিনববু নুংশিবরা?

খুঙ্গং লমনি। লবুক পূম্বা ইশং শংই। ফৌ পাম্বীশিংদু মহৈ তম্লকপা মতমনি। নাকন অদুরাইদা হাইরপ চাউবা চীংদুম মচা মসু লৈরি, মফমদু অশংবা মচুগী উপাল রাপালনা নিংথিনা শুকই। মফমদুদা উহৈ রাহৈ চাবা কোইরকপা লম্লক্কী উচেক রায়াশিংসু শৈদাংলবী। মখোয়গী মহাও চেল্লবা, পূক্লীং রাখলবু নুংওলহনবা ঙম্বা খোইথুম্লরবা খোঞ্জেলসু তাবা ফংঙি। ইবেলৈহোইগী খুঙ্গংসু চীংদুমদুগী নাকলদা ফাওদুনা চৎলি। ইবেলৈ মহৌশাগুম চাকঙন চারগা কলেজ কানবা খোঙলোই থুনা প্রপ-প্রপ লাকই গাড়ী নংহৌবোই মতাগুম। ঙসিসু মহৌশাগুম থংনবা খুন্দগী মঙোন্দা ঙাওজবা নিংথি মাবু ঙাইদুনা লৈবদু উবদা থক্কৎলি। মহাকসু খঙঙি নিংথিনা মঙোন্দা ঙাওজৈ হায়বা। ইবেলৈসু চীনবাল রাংমা লানঙমদ্রবসু থম্মোয়দদি নিংথিবু চেৎনা কোনজরি।

"ইবেলৈ কলেজ য়াম্না থেংগুবরো'? পাউখুম অমত্তদি পীরমখোদনা। নঙনা অসুম্বা রা ঙাংদবা, পাউখুম পীদবা হায়বসে, ঐ পূক্লীং হন্থবা ফাওই, য়াম্না ইকায়রকই নমাংদা। ঐসিবু নঙোন্দা তশেংনা অয়েৎপা হায়বদু থোক্লববা?"

"নঙনা খল্লীবদো অরানবনে! ঐদি অদুমাইনা খনদে। ঐবু লান্না লৌগনো? মহৌশাদে ঐদি নুপা নহাশিংগা লোয়নরক্তে, ব্বারী কয়া শান্নরক্তে।"

"নঙগীসিদি ঐসে ফত্তে হায়না খনবগী ব্বানি নত্ত্রা?"

"নত্তিয়ে!"

"অদুদি কবিগী, ঐগা ব্বারী শান্নবা, চৎমিন্নবদা হঙ্গোইরীবা?"

"নঙনা ঐবু য়াম্না লান্না উরে।"

"মদুদা করিবুনো লাল্লীবা?"

"লাল্লী, য়াম্না লাল্লী মরমদি নহাক্তা নত্তে, নুপা-নহা খুদিংগা ঐদি ব্বারীকয়া শান্নগনদে, শান্নবসু হৈতে, ইসু ইকায়, কীসু কীজে।"

ইবেলৈনা অসুম্না নুপা-নহাশিংগা ব্বারী শান্নদবগী মরমদি মাগী থোৎলবা থম্মোয়নুংদা নুপাগী অকীবা মশক খরনা তিংখঙ ওন্দুনা য়ুবরী, মদুনা হু ওন্দুনা মশা পুম্বদা শন্দোবক্লী। মহাকনা অঙাং ওইরীঙৈদগী হৌনা নুপাগী তমথীবা শক্তমতা উদুনা লাকলী। য়ুমথংননা লৈমীন্নবা মনে রাশীবু মাগী নুপানা নুংতিগী য়ু থকচিল্লগা ফুবা চৈবা উদুনতা লাকই। করিগুম্বা মতমদসু ব্বাখোক্লা কম্বুবা, করিগুম্বদনা মৈনম্না নম্বা, করিগুম্বদনা থাঙনা লেনবা মমীৎনা শং শংনা উথ্রে। নুপীবু মপুমসু থীৎনা থবকসু শুহনবা, শেলসু তালহনবা, শা ষণগুমনসু ফুবীবা, ওৎপীবা নৈবীবা, মসিবুরো য়ুম পীনবগী পুন্সি হায়দুবু? মসিনা য়ুম্বালবগী পুন্সি হায়বদুগী মশক তশেংনা ওইরবদি পুন্সি চুপ্পদা য়ুমগা মত্তা পাঞ্জবরোই, নুপা নহাশিংগী নুংশিলাংদা থুদুনা পুক্লীং শোন্থহল্লরোই। মখোয়গা খংনখ্রবোই হায়বা ব্বাখলসিতনা তাশিন্দুনা লৈরাং লৈশাৎ ফারকখিবনি ইবেলৈ। অদুগীসু মথক্তা মন্দোমচা নুংশৈরে, মাগী নুপামকনা অউনপোৎ য়াম্না পুরক্তে, মরল লোইনরক্তে হায়দুনা মঙকশমদা থৌরী থুদুনা য়ানবীবগা হাৎপীখিবনি। মদুগী অকিবদুমসু মাগী পুক্লীংদা মনিং তল্লী। খরসিতা নত্তবা অতোপ্পা কয়া অমসু মহাক হকথেংননা মদি নাকোইননা তারকখ্রে, উরকখ্রে। অসিগুম্বা নুপানা খুৎলিংবা খুন্নাই অসিবু মহাক তুকৎচৈ, কীজে, হৈনদে। মদুগী থাঙ্গশেংবা মরম মা হায়ববদা ইবেলৈগী ইমুং লৌ উজদুনা, ইঙ্খোল শম্বল লীংজদুনা হীংজবা য়াম্না কা হেন্না ফিভম য়াইফবা ওইদবা ইমুংনি। অসিগুম্বা খুন্নাইসিনা শেল্লীবা শক্লোন অমগী শক্তম অসি মহাক ব্বারৌদবা ঙমদে।

নিংথিনা মহৈ মশিং তমদুনা মতিক চানা ফনা হৌরকপা মহৈরোই অমনি। এম.এ.দা পোলিটিকেল সাইন্সতা খ্বাইদগী অথোইবা ওইদুনা মায়পাক্লকখিবনি। মহাক্কী পান্দমদি অফাওবা মশক নাইবা উকিল অমা ওইবনি। অদুবু লৈত-লাইরগী পোৎলুম হেনগৎলকপনা মহাক্কী অনীংবা মায়কৈবু মীরাইবদুনা হীংনবগীদমক থবককী লানফমদা লাম্থেংনরীবা লান্মী অমসুনি। থবক অমা ফংবা হায়বসিসু মতমসিদদি পংলাই লাইদে। শেল অমদি শঙ্গগী লমজেলনি। লুপাগী মীনোক অমদি শঙ্গাগী থৌজাল চংদবা ইয়া য়াদে। অদুবু নিংথিনা লমজেল অসি য়াওরুবদি অরুবদুদি তোকখ্রো ওইথোক্লরোইদৌবা মংলান অমনি। অসিগুম্বা লমদম অসিগী তমথীনা নারবা লায়না অসে মহাক লায়েংবা পাম্মী। শঙ্গা অমদি লুপাগী ময়াই চমহন্দুনা মান্ননা যেংবা মীৎয়েং অমগী শক্তম অমা মহাক শাগৎপা পাম্মী। মতম কয়া মাংলুরবা তুংদা প্রাইবেট স্কুল অমগী ওজা মচা অমা ওইবা ফংজরে। থাদা লুপা লীশিং অমা ফংলবসু মতাক মদুবু মীরাইবা ঙমদ্রি। হীংনবগীদমক পূক্কী লানথেংনরীবনা।

ইবেলৈগী ইমুং-মনুং য়াম্না অফা- অপূন্নদবা, মতম পূম্নদা কোইনবা হঙ্গোইবা হায়বদু থমন্দনা দ্রো- দ্রো ঙাংনবা শকনবা, নুংঙাইদুনতা লৈবা ইমুংনি। ইবেলৈগী অপোকপা কুল্লা, ইঙ্খোল শুরুবগী, চোকথরদুনা চৌক্রিদা পোখারী। লৈকাইগী মনাও থোকপা মেধা কোইরকই।

"তা কুল্লা, কৈদৌরে চৌক্রিদা চোকথনা উইদা?"

"ও... ইবুঙোরা? মেধা ইঙ্খোলগী মনা-মশিং খরা মখোঙ শোম্লুবগী, ইশিং চাইরুবগী হকচাংসে ইতেক তেকথরে, ঙাইহাক অরা পোখাগে হায়দুনা ইয়াম্বা হোৎনরল্লীবনি।"

"অশেংবৈরানে? তা-কুল্লা শেংলেকো!"

"ইহে .... ইবো! নঙোন্দা অমুক ঐনা ফাগি তৌখিদ্রো?"

মেধা প্রপ-প্রপ পুখ্রি মপান্দা লাকই, অদুগা ইবেলৈনা ফি শুদুনা লৈরিবা ফিশুফমদুদগী বালটিন অমা তাপ পায়দুনা ইশিং শোক্কৎলগা তহা তহা চেনখি। মতৌদুদা ইবেলৈসু য়েংলম্বদগী তুংইন্দুনা ইন্নরকই। কুল্লানা নুংঙাইনা মমীৎ মুহুদুনা পোখারীঙৈদা ইশিং বালটিন্দুমা মকোকতা ঙ্খায় লাউনা হৈথৈ, কুল্লা খংপ্রেক খংনা হৌগৎলকই-

"হে! নপা য়াইমবী মচা, করিনো নঙনা তৌরীসে, ঐবু উশিৎত্রিবরো?"

"নত্তে, তা-কুল্লগী হকচাং তেকখৎপীরবরা? হকচাং তেকখৎনবা হায়দুনা ননাওনা হোৎনজবনি।"

"করি অদুম্না তৌবা হৌনবরা? তূম্লিবা মীগী কোক্তা ইশিং হৈথৌ হায়দি কনা হায়রকই নঙোন্দা"।

"তা কুল্লানা নহান হায়দুদি,"

"নঙসিমা, মথোং চাদেহে মেধা!"

"পাম্বীশিংসে ইতেক তেকখরে, ইশিং খরা চাইবীরবদি তেকখৎলক্কনি হায়দুনা" তা-কুল্লবু নহান ইতেক-তেকখরবা পাম্বীশিং ইশিং চাইহৌদাইনে!"

"অদুবু হায়বা, ঐবু নঙনা পাম্বী ওইনা উরুরবা হায়মী!"

"অদুদি কনানা খঙনি হায়গে!"

ৱাহৈদুদা ইবেলৈ খাংঙমদ্রদুনা হায়রকই "কাকা নঙসিনা হায়দোবকপা অসিমা নোকনীংবা ঙাক্তা"। মতৌদুদা ইবেলৈ অমদি মমা সনাতোম্বী পূক্লী পাযনা নোকখ্রে। মখোয়গী মতৌদু উবদা কুল্লা অমদি মেধাসু নোকপদু য়াওরকই।

ঙসিসু হান্নগী হান্নগুম নিংথি ইবেলৈনা কলেজ কারকপা ঙাইদুনা লৈরিঙে। ইবেলৈগা নিংথিগা মীৎ-মীৎ চুংশিন্নে। নিংথিগী চেৎলবা নাম্লোকঙমদ্র মীৎয়েংদগী মীৎয়েং কিশি থোক্নবা ইবেলৈনা ৱাহৈ খরা হায়নবা লাক্নরক্পা মতৌদু উবদা নিংথি ফাঙমদনা হায়খি,

"ৱা অমত্তা হায়খিনু মীকুপসিদা ইবেলৈ। ঙসিদি পেন্না মীৎয়েংসিনা নঙগী শক্তমবু থম্মোয়সে থন্না য়েংজখিগে!"

"অদুবু ঐ গাড়ী নংলরোই, কলেজসু থেংগ্রগনি।"

"হৌজিক অয়ুক্কী পূং মাপল তাবদা মঙাইরি। নঙগী গাড়ীদি পূং মাপলগা মিনীট কুন্দা লাক্কদবনি, য়ামদ্রবদা মিনীট তরামঙাদি য়ারীদনা!"

"অদুবু করিগীনো ঐনা অসিদা লৈদোয়সিবু? অদুগা করিগী নঙনা ঐগী মতম নৈনবীরীবা!"

"মরম লৈ অদুননি, মরমদু নঙদি খংনিংদরা? খংনিংলবদি মুন্না তাউ অদুগা নঙগী অনীংবসু ফোঙদোকলম্মু ইবেলৈ।"

"করম্বা অনীংবনো? করিবুনো নঙনা হায়দোইসিনা?"

"ঐনা নঙগী মরমদা করি খল্লী হায়বসে নহাক খঙলবরা?"

"(খংশিন্নদবা মতৌদা) ঐদি খঙদে, করম্না নঙগী থম্মোয়গী ৱা ঐনা খঙগনি!"

"শেংলবরা?"

"থাজদবা তৌনু!"

"মদো মীনম্বনে নমথাকনে, তৌশিন্নবনে, ওইদবনে! (খোন কল্লপনা) ঐনা নঙবু অসুক য়াম্না নিংজবা, নুংশিজবা! নঙনা ঐনা নঙবু নিংজৈ, নুংশিজৈ হায়বশিফাও খংদে হায়রবদি মদো মীনম্বনে, নমথাকনে, তৌশিন্নবনে, ওইথোকতবনে ইবেলৈ। করিগীনো নশানা নশাবু চৈরাক পীবতা নৎতনা থম্মোয় অসিবুসু অসুক নুংশিহৈতনা নঙনা ৱাহল্লীবা, লাকনরীবা, হায়য়ো, পাউখুম পীয়ো ইবেলৈ। (ইবেলৈ ৱাহৈ অমত্তা হায়ঙমদনা মায়থোঙনা ইকায়বা লোত্তুনা তুম্মীন্না লৈবা মতৌদুদা) হায়দবা য়ারোই ঙসিদি!"

"করিনো নহাকনা পান্নীবসে?"

"ঐগী হক, ঐ নঙোন্দগী ঐগী হক পাম্মী।"

"করম্বা হকনো ঐঙোন্দবু নহাক্কী?"

'নুংশিবগী হক, ঐনা নঙবু নিংজবগী হক, ঐনা নঙবু নুংশিবগী হক, ঐসু খঙঙি নঙসু ঐবু নিংজৈ নুংশিজৈ হায়বা, মদো নঙনা ফনা লোৎনবা হোৎনদুনসু লোৎপা ঙমলোই। করিগীনো নুংশিরবসু নুংশি হায়নিংদ্রিবা? করিগীনো থম্মোয় পূক্লীংগী মনীং তম্ববু চীনবালনা ফানবা হোৎনরীবা? নঙগী নুংশিববু ঐগী ওইহননিংদ্রিবা?"

ইবেলৈ ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদনা খোইরাং-লাংতকননা লাক্লীবা বসতুদা কাখৎতুনা চৎখ্রে। নিংথি শোর হোম্বরদুনা ইবেলৈনা চৎখিবা মায়কৈরোমদা মীৎয়েং হোংঙমদনা লৈহৌই।

নিংথিগী য়ূমলৈ কৈরৈ শাফবদি ওইদে। ইঙ্খোলদসু পংচাউ চাউই হায়বদি য়াদে। তৌবতবু পীক্তক চেংতক শারীবা, ঈনা কুপ্লীবা শঙ্গায়দো মগুণ য়াওদে হায়বদি মীৎয়েং হৈতবা তাগনি। ইং-তপ্পা লৈতফম হায়বদুনা মফমদুদা লোৎতুনা

লৈরমদৌ মওং মাল্লি। ফজ-ফজরবা হৈ-লৈগী লৈকোলতনা শঙ্গায়দো ইকোই কোইশিল্লী। উবদা শুমহৎপা, নুং-পাল ওনথোকহনবা ঙন্বা শক্তম হায়বদু ওই। শুমাং মতেক অশোমদনা ইঙ্খোল মচা অমসু চাকখুম ময়াল ওইনা থারী। মতম-মতমগী মনা- মশিংগী মহৈ-মরোংশিংনা মপূং ফানা হৌরী। খরা অমুক চৎখৎলগা কোঙ্গোঙ ময়াদা পুখ্রি মচা অমসু লৈ। ইশিংদুসু ফজনা লুই, থরো-মচা-মচাশিং ইয়াইদুদা পীকতক লৈনম ফুগায়না নোংমদোলথক্কী থানিলগুম লাইবক্কী চন্দনগুম শাৎলরী। হৈনম- লৈনমতনা চোল্লবা নিংথিগী ইঙ্খোলদো লাইশং অমগুম খল্লক্তবা ঙমহন্দে।

মমাংঙৈদদি মখোয়গী ইঙ্খোলদু ফনা পাক-চাউরম্বনি। নিংথিগী মমানা চহী লীশাং শীৎনা নাখিবদো লায়েংবদা খরা-খরা ককশিল্লকখিবনি। লাইগী নোংদম হায়গদ্রা নত্তগা লাইবক্কী তাথীবা হায়গদ্রা, খেৎতোকপা য়াদে মতাগুম তাইবং চেং লেপ্লমদ্রবা নিংথিগী মমা লায়নাদুনা লোইনদুনা পুখি, পূন্না মৈরাইমীন্নখি। মতমদুদগী হৌনা নিংথি মপা-মচা রানা যূমসে পুনবা হোৎনমীন্নদুনা লাক্লি। মশাগী লৌ তাকখিবনা মীগী লৌশান্দা নিংথিগী মপা লৌ উদুনা হীংলি। মপানা লৌবুক্তগী কারকপা মতমদা নিংথিনা হৈনৌ মখোঙদা রাখল লৈতদবা মওংদা উংদুনা লৈরম্বা মতৌদু উবদা মহাক খংঙি, মচাদা নারীবা লায়নাসি করিনো হায়বা? অহল ওইজরবসু তানফমদু কান্দুনা লাকপদি নত্তে, মঙাও থীরকখ্রবা। নিংথিগী শৈগন্দা পায়দুনা-

"কৈদৌরবা! উংবা হৈতবা ইচানা ঙসিদি হৈনৌ মখোঙ অসিদা করিগীদমক উংলন্নীবনো?"

"পাবুং নহাক হল্লক্লেদনা! পাবুংবু ঙাইহরম্বনে!"

"উং, মরম অমদি লৈরীসে! নঙগী মায়থোঙদুনদি মরোল অমা লোল্লীদা! ইপাদা শেংনা হায়যু! ইচাবু কনানা অসুম্না লাংতকনহল্লীবনো?"

"পাবুংসিমা!"

"ঐখোয়সু নখোয়গী চহীদো হুন্দোক্তুনা লাকপনি খল্লীরো! ইপাসে অহল ওইজরবসু ইচাগীদমক্তদি নহা ওইরিনে!"

"পাবুংনা হায়দোরকপা রাসিমা!"

"নত্তে, ইচাসিদি রাখল য়াম্না খন্দুনা, রাখলদুনা কোক্লুংদা লানজাও হৌহন্দুনা হৈনৌ মখোঙদা উংদুনা লৈগদৌবোই শরুকপুদি, মখুদাংদো তাপ হেক্তা পায়রগা

ইচাগী ৱাখল পূক্লীং হূরীবা মহাক্তো ইপাগী নাক্তা পুদুনা লাকউ। ইপা শোইদনা মহাকপু ইমৌগী চৈরাক পীগে। মাবু য়ূম অসিদা লৈনবগী চৈরাক পীগে? ইচাসিদি কৈদৌজরুনেগে ইপা লৈরীসিদি কীরুনু ৱা কাইরদি ৱা থোকই হায়নবা লৈবনি।"

নিংথিগী মপা নোকনা নোকনা ইমুংদা চংখি। নিংথিসু মায়থোঙ খরা য়াংলবগুম মোমোন নোকহৌই।

ইবেলৈ বি.এ.গী ফাইনেল পরীক্ষা নকশিল্লকপগা ইরোয়ননা লাইরিক লাইসু ঔরাইবদা অয়ুক-নুংথিল অহীং নাইদনা পূক্লীং খোইজংখ্রে। লাইরিক লাইসু পাদুনতা লৈখ্রে হায়বগী ৱাখকসু নত্তে। মহাক্কী তৌফম থোকপা ইমুং-মনুংগী থবক ইখ্বাংশিংসু শিং নাননঙে হোৎনরী, অহাংবা মতম মাংহন্দবগী ৱাতনি। লাইরিক্কী মরমদা অখং-অহৈ মচেশিংদগীসু খংদবা কয়া খঙজিন্নবা হোৎনবা লেপতে। মহাক্কী কন্না হোৎনজবা মতৌ অদুদা ইমুংগী মীতা নৎতনা লৈকায়গী মীশিংনফাও ঙাংনা শকনবা হৌববনি "ইবেলৈসে শোইদনা বী.এ.গী পরীক্ষাদা অহানবা তবাগী মনুংদদি চনগদৌবা মাল্লী।"

অশোমদনা নিংথি, লায়রবগী লাযনাদি তমথী হায়নবদু মায়োক্লরি। অমা মেনখৎলী অহুম ৱাৎশিল্লকই, অনী হাপচিল্লী মঙা পৃথরকই। তৌফম খংদ্রদুনা নিংথি অহেনবা থবক শুবা পাল্লকই। মহাক্কী থাগী লুপা লীশিং অদুদি উৎ ৱাইগুমখ্রে। মহাক হীংনবগী লাম্হেংদা ইকায়-ইকি ৱাংমা লান্না স্কুলগী মতম খাইদোক্লগা শীং য়ানবা নুঙ কোৎপা, কোম তৌবা, পোৎ থাংবা, লৌ শুবা অফং-অফংবা থবকনি মহাকনা চীনহাও থীদঙে মায়োকনরীবা। ইজ্জৎ লৈনা হীংনীংদববু কনানো? মালেমশিদবু থীবা ফংগদরা? অদুবু ইজ্জৎ লৈনা হীংনিংই হায়দুনা হেক্তো য়াববা? খুৎ অনী ফৈবোমদা কারন লোন্দুনা ফল্লগা ইজ্জৎ হায়বদু লাক্কদবা? ইজ্জৎ লৈনা হীংগে হায়রবদি য়ূমলৈ কৈরৈ মতিক চাবা তাই। মীগা নুংশি চান্ননা হীংমিন্নবা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। অৱা-অনা মতমদা তেংবাংনবা ঙম্নবা তাই। মীমাং থোকপা হৈবা তাই, ৱাহৈ খোন্দা নুংশিহনবা তাই। ইশাগী মতিক চাবা শিনফম অমা পায়বা তাই। শম্না হেক হায়রবদা শেল পায়বা হায়বসিমদি য়াম্না মরু ওই। শেল পায়রে হায়দুনসু পায়রীবা শেলদো মফম মতম চানা অচূম্বা মওংদা শীজিন্নবা হৈবা তাই। অদু ওইরদি ইজ্জৎ লৈরে মীনা ইজ্জৎ তৌরে। ফনা ফবা ওইদুনসু মীরলবু তোনশিল্লদি, শিংদোকপবু ঙমদ্রবদি লৈজরম্লীবা

ইজ্জৎ মচা অদুফাও ময়েং তাই হায়নরিবনি। অদুমক্কী নিংথিগী ৱাখলদা লালহৌরীবা ৱাখলদুসু। মদুগীদমক্তনি নিংথিনা অহীং-নুংথিল খাক্তমখৈ, ৱাই হায়বা ঙমদনা, পাখং পুন্সি কাওবমখৈ মপাবুংগী মতেং পাংননবা থবক শুরীবা। নিংথি মপাবুংবু য়াম্না নুংশি। মীনা থীনা থীনা মপাবুংবু চৈ-থাংবদো মহাক তাদুনা লৈবা ঙমদে। খুৎ য়াওনগে তৌবা তানফমসু কোঙ্গাই অমা য়াওখ্রবনি।

নিংথি হুমাং তাবা অৱাবা থবক মখল-মখল শু নোমলী। নুং থুগাইরীঙৈ মমীৎতা ইবেলৈগী য়েংজনিংবা শক্তম উদুনতা লাকখি। মদুমকনা মহাক্কী অৱাবা থম্মোয়বু পোত্থানবগী মচাক ওইররী। মরক-মরক্তা ইবেলৈনা মাগী মতৌবু উরগা লাকন্দুনা নোক্লীবগুমসু উই। অরাম খৌরাংলবা তানফমদনা চাননবা অচাপোৎ পীরক্লবোইসু খল্লী। অশোমদসু ইবেলৈগী ফিভমসু নিংথিগীগুম্লী। চাক থোংলে মউরে, ফি শুরে ময়েংলম্লে, ৱাই তৈরে লাক্লরকই, লাইরিক পারে ৱাহং হংলকই, নিংথিগী শক্তমগী শক্তমতনি মাসু উরিবা। নিংথিগী ৱাহৈশিং হন্না হন্না মশীং নাইদনা নীংশিংলীবা ঙাক্তনি। মহাক তশেংনা নিংথিবু থম্মোয় পূক্লীংনা নুংশিদে হায়মক্তী শুংয়া য়াদে।

ঙসিদি ইবেলৈহোইগী লৈকায়দা লীলা লৈ। লীলা অদু নহারোল্শিংগী শঙ লীংখৎখিবগী চহী কুমওন থৌরম পাংথোকপগা মরী লৈননা নুংঙাইবা ফোঙদোকমিন্নবা ওইনা শিন-লাংর্বনি। নিংথিসু পাউদু তাবদগী থবক থুনা লোইশিন্দুনা নিংথিজনা ইক-মাইথজরগা চাকশা চাদুনা লৈকায়গী মতাউ তোমপীশক্কা লোইনদুনা লীলা য়েংবা চেল্লকই। লীলাগী ফম্নাথক্তা লীলা কুন্নীবশিংনা লীলাদু মৈ হৌনা শান্নরী। ময়ামসু ৱা-ৱা নোক্লরী। নিংথিগী মীৎয়েংদি কদোমদনো খংদমখৈ কোইলৈ লৈরী। লীলাদুসু পূক্লীং চংঙমদ্রি। লৈ-লৈদুনা ইবেলৈবু মীয়াম্লক্তগী খন্নবা হোৎনরী। ইবেলৈসু ৱাংমাগী মচী অমদা মতারোইশিংগী মবক্তা নিংথিগী মতৌবু য়েংদুনা নোক্তুনা লৈরী। খঙহৌদনা মীৎয়েং অনীদু খংথেং থেংজিন্নৈ। ইবেলৈ খংই ইকায়খিবা মতৌদুনা নিংথিবুসু হেন্না নুংশিবা ফাওহল্লী।

মীকুপ মরী-মঙাগী মতৃংদা তপনা-তপনা অমুক য়েংনরকই। মীৎয়েং অনীদু মরোল লোন্নবগুমসু তৌই, করি মরোলবু ওইরীবা কনাসু খংদে। থম্মোয়গী ৱাফম্নীনা নুংশি মরোলবুদি শোয়দ্রে। ময়াই কারবা মীৎয়েং অনিদু লিলা য়েংবা কাউনখ্রে, নুংশি পাউখোং চন্নরীঙৈ। লিলাসু লোইখ্রে অদুবু মীৎয়েং অনীদুগী

পাউখোংদি চন্নবা লেপত্রি। মরুপলোই মতারোইশিংননা চীংনদে হায়বদুতা থাকই।

ঙসিসু মহৌশাগুম ইবেলৈ অমদি নিংথি থেংনৈ লম্বী মচীন্দা। ঙৈহাক ইকায়নবনা ব্রা লাং ঙাংনদে। হায়নিংলিবা ব্রাদু পাক হেক হায়দোকনবা ঙম্মদে। মহৌশানা ইকায়বা হায়বা ব্রাহেসে নুংশিবা মীদা উৎনৈ অদুগা হঙ্গোইবা, তুকৎচবা, হৈন্দবা হায়বা ব্রাহেশিনা নুংশিদবা মীদা উৎনৈ।

"নহানগী নখোয় লৈকায়গী লীলাদো য়াম্না নুংঙাই"। (নিংথিনা ইবেলৈগী মায়থোঙদা য়েংলদুনা মোমোন নোকনা হায়খি, ইবেল্লৈসু নিংথিবু হাইরপ য়েংলম্লগা হায়রকই)

"নঙবু নহান লীলা য়েংখিবরনো?"

"উহুং ... হায়জিন্নবনে' ঐ লীলা য়েংবা চংখিদে..." নিংথি ওইননা হায়রকই।

"অদুদি করি য়েংলীবা" ... ইকায়বা মত্তোদা হায়রকই ইবেলৈ।

"উং ... উনিংবা মায়থোঙ অমা লৈরম্লবদা লীলানা কৈদৌকনি। নঙগী মায়থোঙসে য়াম্না ফজে নুমীৎতুদা, য়েংনিংবনা ঐ ঙাওখি।"

"ঐ ঙসি ব্রা অমা হায়গে, য়াম্না শেংননী ... নহাক নঙগীতা খনবা মীশকনি নঙ য়ানিংদবরা? নঙগী অদুগুম্বা ব্রাহৈশিং, নতৌশিংনা, ঐবু ঙাইবমদুনা নুংতিগী ঐগী লম্বী থৎতুনা থৌ-লৈতবদৌনা নুংতিগী উৎপসিনা ঐগী ইহৈ-ইশিং তন্নীবা পুন্সিদা কয়াম অকাইবা পী হায়বসে নহাক নোংমতা খন্থদবরা? নহাক অবাংবা ব্রাখল লৌশিং তানশিল্লবা মীশকনি, অব্রাংবা থাক্কী মহৈ-মশিংগী লমদা মকোক থোঙলবস্নি। অদুক লুনসু হোৎনবীগনু, খব্রাসু কোমথোকপা হৈবীয়ু কৈনো! ঐবুসু খরা ইনিং-ইখা তমহল্লু, ঐগীসু পুন্সি অমা লৈরীবনি, পুন্সিসিগী মঙলান অমসু লৈরি হায়বসে নহাক খজিক্তং খন্থহন্নীংঙি। অদুম্না নঙনা ঙাইরম্বা, নঙগা চীন্দা পাউন্দনবা ঐ কয়া হৈনদে। মমাংদসু ঐনা হাযজখ্রদুনি ঐদি নুপা-নহাশিংদগী লাপনা লৈবা পাম্মী।"

"পাখং অমনা লৈশাবী অমদা খংনসি, নুংশি হায়বসিবু চৎনদব্রা? অয়েংপা পীবা ওইনা লৌনব্রা? মসিবু ওইজবা থিবা, ইশাগীতা খনবা ওইনা উন্নরবদি, ফরে ঐ নমাংদা হায়রি, ঙসিদগী নঙনা উনিংদ্রবা ঐগী মায়থোঙসে অমুক হন্না

নফমদা উহনখ্ররোই। নঙবু অমুক হন্না ঙাইরন্নরোই, অয়েৎপা অমুক হন্না পীজরোই। হোই, ঐনা নঙগী লাইরিক লাইশুগী লম্বেলদা মতম খরাদি অয়েৎপা হায়বদো পিরম্লে. মদো ঐসু নুংঙাইতে। অদুবু ঙসিদগীদি চীংনবীরুরগনু ... অসুক ব্রাবা .... অসুক ইকাইবা ... অসুক ব্রাখল কায়বা নুংশিবগীদমক ঐ হায়জররোই .... থম্মোয় কায়নবা নুংশিনববু নুংশিববা?"

ব্রাহৈসে হায়না হায়না নিংথি মনিংহন্দুনা চৎখি। মহৌশাগুম ইবেলৈসু বস লাক্কুনা কলেজ মায়কৈ পাংখি। অদুবু মখোয় অনীনা লেপ্লন্না মফমদুদা তাহৌবা খোঙফম মরী অদুদি মুৎঙমদনা ময়েক লানা উফুলক্তা তারিবদুদা তপ্না তপ্না নুংশিৎকী শাহুম্দা লোয়নরকপা উফূল মরীকশিংদুনা ফুমজিলহৌরি।

নিংথি ইবেলৈগী মমাংদা নংখিবা ইকায়বদো কুইনা খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদে। ইবেলৈগী ব্রাহৈশিংনা হূগী মশক লৌদুনা মাগী ব্রাখল পূক্লীংদা চক-চক থিল্লরবদা মহাক্কী খাঙবগী পাঙ্গল লোইখি। মহাক মফম খঙদনা মীরোৎ ওইখি। কনানসু মফম কদাইদা লৈরি হায়বা খঙদে। মাবু হীংলীবরা শীখ্রবরা হায়বগী লীখুনসু ফংবা ঙমদে। নিংথিগী চপ চাবা ব্রাফমদি কনানসু হায়বা ঙমদে। মহাক্কীদমক্তা ব্রাজরবা মপাবুংদি ব্রাখল লায়না ওনখ্রে মাগী ব্রাখলদা।

কোম্লোং অমদগী কোম্লোং অনী, লৈবক অনীদগী লৈকায় অমদা অসুম অসুম মনিল ওননা চৎখিবনা পাউসে ইবেলৈসু তাররে। পাউসে তাবদা ইবেলৈ শ্বাই লাউই, মশানা মশাবু মরাল লৈরবা অমগুম অফা-অপূনরকই। মীৎতগী পীরাং শিন্থখিবা থীংবা ঙমহৌদে। নুংশিরবসু নুংশি হায়না ফোঙদোক্তুনা মশাবী মঙোন্দা খংহন্নীংবদো খংহনবা ঙমখিদ্রবদা, থম্মোয়নুংদা মতম কুইনদগী চেজেৎ চেৎনা শো লোন্দুনা কনা খংহন-উহন্দনা লাৎচরকপা নুংশি শক্তমদো, ঙসিদি মাগী থম্মোয়নুংদা, মৈজাউগুম চাকখৎলক্লে। মহাক নুংশি মৈশা মপুং ফানা ফংলবী হায়বদো ওইরকই। নুংশি মাগী ব্রাখলদা অঙাওবীগুম্লকই। মহৌশাগা মান্নদবা মওং লোয়নরকই, চাবা থকপা কাউরকই, মথৌ নিংশিংলক্তে, হৈনীংদবা ইতে-তেথবা, অচীকপদা মথন্তা উংদুনা লৈবা হৈনরকই। চোইরোল মানবা ব্রাঙাংসু মরক-মরক্তা ঙাংবা থেংনরকই। মহাক ঙসিতা নিংথিবু পনখৈ নাইদনা নুংশিজবগী খুদম উৎথোরকই। নিংথিনা হেক-হেক মাবু ঙাইরম্বা মফমদুদা চৎতুনা, নিংথিনা ঙসিসু মাবু ঙাইরমগনি মতাগুম য়েংলুই। ব্রাখলদা হৌখ্রবা শক্তমশিং মশেং

মরাংনা উই। নিংথিনা হেক হেক লেপ্লম্বা মফমদুদা ফম্মদুনা উফুলদুবু পায়খত্তুনা মচীন্না চুপচৈ, নিংথিবু পেন্না কৌজে। অশেংবা নুংশিবদি থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা থম্বা য়াদে হায়নবদো তশেং তশেংলকপগুমই।

অসুম্না অহীং কয়া, থাবল ফরবা পূংজা কয়া য়েন্নীংথা-নাকেন্থা কয়া মশীং খঙদনা হৌখ্রে। অদুবু অমুক হন্না য়েংনিংথা হায়বদো হল্লক্লরোইদৌবগী মতৌগুম নাকেন্থা হায়বদুনতা লকনা মৈশা নংহল্লবী ইবেলৈগী পুন্সিনি।

মতমনা কনাবুসু ঙাইবীদে, ইবেলৈবুসু ঙাইবীখিদে। চৎখি মাদি খোঙচৎ কায়বা য়াদনা জর-জর। হয়েং হয়েংনা ঙসি-ঙসি ওন্দুনা, ঙসি-ঙসিনা ঙবাং-ঙরাং ওইখিদুনা। মালেমশিদা খ্বাইদগী তাংবা পোৎশকতি মতমনি। মরমদি মতম হায়বসে পৃথিবী পুম্নগী লন-থুম পুম্নমক পুনশিন্দুনা লৈগে ফংলোই। অমুকসু খ্বাইদগীসু ইহোং হোংঙি মতম মহাকসে। মরমদি খ্বাইদগীসু হন্থরবা তোল্লে হায়বদুদৈসু তোল্লবা মহাক্কুগীসু মতম হায়বসে চপ মান্ননা লাইরেনবী ইমানা থুংবী। অদুনা মতমগী মমল খঙনা ঐখোয়গী থবক থৌরমশিং তৌহৌবা তাই অদুমকনী ইবেলৈগী ওইরীবা ফিভমসু। মহাকসু মতম মরাং কায়না ফংখিদবদি নত্তে। নিংথিনা মমাংদা কয়ারক হন্না লেপ্তুনা নোঞ্জখিবনি। অদুবু মহাকনা মদুগী খুদোংচাবদু লৌবা ঙমহৌদবনি। ঙসিদি ইবেলৈ নুংশি ব্রাখলনা কুম লায়না নারকপা চহী তরেৎ হেঞ্জিল্লক্লে। অদুবু নোংমত্তসু নির্ংথগী মপাউদি তাখিদরে। মহাক মতমদো ঙাইবদা নিংহন্নদ্রি, মহাকনা চেৎনা থাজে নিংথি শোয়দনা নোংমদি মহাক্কী মীৎকী মাংদা লেপ্লখিনি হায়বা। মতমদুগী অশাদনি মহাক্না হীংলিবা পুন্সিসিসু। মতমদু লাক্লবদি মদো লেম্না মাংহল্লরোই হায়না মপূক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈখ্রবা মাগী ব্রাখলনি। অদুবু করম্বা মতমগী কৈদৌঙৈনো? মতমদুবু তশেংনা লাকখিদরা হায়বসে মহাক্না লোয়নরীবা মখোয়শিংনা তশেংনা পাখৎতবা ঙমজদে।

ইবেলৈ মহাক্কী বী.এ. অরোয়বা চাংয়েংদা অহুমশুব থাক ফংখ্রবসু, লাইরিক মখাদি তমথখিদরে। মহাক্কী ব্রাখল অতৈগীগা মান্নদনা লেল্লকই। মমা-মপানা থাজ পীজনবগী শীল লাংবসু মহাকনা য়াবীদে। মহাক্কী ব্রাখল হোংবা য়াবা উপাই কয়াসু থীখ্রে, কয়াসু থীরী, পুম্নমক অরেম্বা তাদুনা লাকখিবনি। ডাক্তর কয়াগা খন্না-নৈনরুরে, মাইবা মাইবী কয়াগা ব্রা- তান্নখ্রে। অদুবু মহৈদি অমহাগী অমহানি। মশক মতৌ ফজ-ফজরবা ব্রাঙাং হৈরা হৈরবা পাখংশিংগা কয়ারক

উনহন্দুনা, মতম লৈনহন্দুনা, কোইবা চৎমীন্নহন্দুনসু কান্নবা পুরকপদি ঙমখিদ্রে। অসুম্না চহী তরেৎ ময়ূম মকৈ পান্দনা ময়ূম শংদুনা লৈরকপসে মমা-মপা অনীগী মফমদদি অচৌবা পোৎলুম অমা হায়বদো ওল্লক্লে। মচাগী ওইরিবা ফিভমসু উবা ঙমদে, চহীসু খাম্বা ঙমদনা হাপকৎলক্লী। মাগা হৌমীন কামীন্নরকপা মতাশিংদি লাইরদনা মচা-মনাওশিং ফাওবা লৈকায়সিদা লৈশিল্লক্লে। মাগী মচাশিং লুহোংবা উরগা ঐখোয়গীদি কৈদৌঙৈনো খনবদা লাইমল কাংলী। পুম্নমকসিগী মথক্তা লৈকায়গী মীওইশিংনা মচী-মচীদা "মচানুপীসে মশীং লৌগে হায়দুনা থল্লীবরা খংদেনে" হায়না চিবোন চিবোন ঙাংনরীবদো তাবদা কুল্লা অমদি সনাতেম্বী মথম্মোয়নুংদা তাশোন্না থীনবগুম্মী, থরায় লৌবগুম্মী। মচানুপীবু নিংথিগী রাখলতনা নোংমা-নোংমগী সুম চাশিল্লক্লীবা মতৌদো উরগা মমা-মপা ওইরিবা অনীনা কয়দৌনা হীংনিংলমগনি। অদুসু অমত্তা য়াওজবী নাইতোম শাৎচবী। মমা-মপা অনীগী মীৎকী খাজনি হায়দুনা চাউথোকচবীবীনি। লৈতাফম খংলক্লবদা, তৌফম খঙদ্রদুনা মচানুপীগীদমক অমুক্তা হন্না তোৎনবগে হায়দুনা রেডিওগী খুৎথাংদা নিংথিবু হায়জরুবগে খল্লে। মসিনা মখোয়গী ইরোয় লোয়বা উপাইসুনি।

কা-হেন্না হাঞ্জনবা, চীংগী মনূং চংশিনবা, গাড়ী ফাওবা নিংথি নুংঙাইনা চংবা ঙমদবা, য়াম্না শোংবা চীংগী উমং অমনি। চাউর চাউরবা য়েংখৎখিবদা অতিয়াগা শোকনা শম্নবা মানবা উজাউশিংনা কুক-কুক হৌননা তৌরী। মতম কয়াদগী নিংথিসু মফমশিদা শৈদাংদুনা খুৎনা হোরাই অচৌবা পায়দুনা উজাউশিংবু উপাক খাইদোকপগী থবক তৌরক্লি। ঙসিদি মহাক শিনফম অসিদা চুশিন্নখ্রে। মশা-মউসু য়াম্না ফগৎলে, কুচু কুমেনসু মশক থোক্লে, মকোই মশম মনাদি ককপীদবনা মনিং তল্লী। মহাক ঙসিদি থবক শুরীঙৈ কদোমদগী হায়জিল্লকপা নোংলৈনো খঙদনা ময়ূমবু খংনিং নিংশিংলকই। মথং-মথংদা মপাবুংগী শক্তম উরকই। মপাবুংসু মহাক্কী রাখলদা মশা শোন্না লৈরে হায়বসু মহাক খংঙি। পুক্নীংবু লৈতাহনবা ঙম্বা লৈকোলগা চাংদম্নরম্বা মখোয়গী ইঙ্খোলদুসু য়েংশিনবীনবা লৈত্রবনা মোনশোং ওল্লে হায়বসু মহাক খংঙি। পুম্নমকসিনা নিংশিংহল্লকই অমুক মশক উৎলরোই হায়দুনা, মফমসিদা মীরোৎ ওইহল্লকখিবা মাবু। নিংশিংলরোই ঙমদ্রবা মাগী শক্তমসু মীৎমাংদা কুফেৎ কুফেৎ ঙাল্লকই। ফিবীৎখাউগী শেল হাপফমদা লোৎতুনা থল্লীবা ইবেলৈগী মশক তাবা চেদু পুথোক্তুনা য়েংনিংলকই। মহাক নিংশিংলি শক্তম তারীবা চেদো মহাক মশা খংহন্দনা লোৎনা কাপখিবনি।

চষী তরেৎ হেন্না মশক উজবা ফংজরক্রুবা ইবেলৈগী শক্তমসে নৌহৌননা উবদা নিংথিগী ব্রাখলদা অনৌবা য়েন্নীং অমা চোংলকপগুম্মী। মহাক ঙসিসু ইবেলৈবু মপাল নাইদঙৈ নুংশিরী। মসিবু থম্মোয় থব্রায়গী নুংশিবা হায়দুগী মশক্লা ?

নিংথি ঙসিদি মোন্দা থরা নুংঙাই, মহাক্কী অসিগুম্লবা মতৌসে উখিদবা কুইমনখ্রবনা মরুপলোইশিংনা নঙবু অদুম্না তৌবগা হৈনবরানে হায়দুনা লকনৈ। নুমীৎদাংগী পৃং তরেৎ মখায় তাবদুনা রেডিওদা পাউ লাকই। পাউ মরী-মরী পাথরকপদা .... ইথা থাজদনা য়াওরকখি, হায়জবা অমা হায়রদুনা ... "নিংথি নহাকপু কদাইদা লৈবগে, নহাকপু ঙসিসু নঙগী ইবেলৈনা শোন্দুনতা লৈরি। নঙবু মহাক তশেংনমক নুংশিদ্রবরা? নঙনা মাবু নিংশিংলিবা থোক্লবা নত্ত্রগা নুংশিবীবমক ওইরবদি নহাক থুনমক মফমদুদগী লাক্লো! ইবেলৈগী ফিভম য়াম্না ফত্ত্রে। মহাকনা নাবীবা লায়নাশিবু লায়েংবা ঙম্বা মীশকতি তাইবংসিদা নঙখক্তনি। পাউজেলসে নঙনা তাবমক ওইরবদি থিন্থদনা নঙ হল্লকলো নিংথি ... নহাক্কী অহল লমনর্নাশং অমদি ইবেলৈ"। পাউজেল অদুনা নিংথিবু অনৌবা থব্রায় অমা চাপলবগুমসু তৌই। মহাক মফম অদুদগী থিন্থনিংদ্রে, চেন্নীংলক্লে। মমান্নবশিংনসু মহাক্কী নুংশিববু মপূ মানা থুংনহনবীবা ওইসনু, নখোয় অনী থুংনবা ওইয়ু, নুংঙাই যাইফনা হীংমিন্নবা ফংবা ওইসনু হায়দুনা য়াইফা-পাউজেল পীনরকই। ফুবীৎখাউদগী য়াওনা যাওনবা পৈশাশিং পুথোকনরক্কুনা পীনরকই, "মরূপ লুহোংবা য়াওবা ঙমদ্রবসু মসে পায়শিল্লু ঐখোয়গী য়াইফা পীনবনি হায়দুনা লেঙ্গা লেঙ্গা লেঙ্গোন্নরকই। কায়নবগী অহীং অদু নুংশিবগী মশেক্তনা পূম্নঙ লংলি। থীকাদারনসু মহাক্কী খুৎশুমন অয়ুক্তা শেংদোক্লনি হায়দুনা পূক্নীং থৌগৎপীরকই।

লৈচিল শেংলবা থাবল মঙালনা লাকচবা নুমীদাংনি। অহিংবা পুবা নামীবা মালং মাগী শহুমদা নুংশিরবা হৈরাং-লৈরাংগী লৈনমসু লোইনরক্নী। চোকখরবা হকচাং কয়াবুসু অহীংশিনা পোখাহল্লরি। অসুক নিংথিরবা পূক্নীং হুনিঙাইগী মশক ওইরবা নুমীৎদাংসিদা নুংশি কায়না মৈশা মায়োক্লরীবী ইবেলৈদি পোথফম খঙদঙৈ চৌক্রি অমদা নিংঙাইদনা ফম্লদুনা ব্রাখল উংদুনা লৈরী। নিংঙমদবনা মৈরাইববা মাগী থম্মোয়দো মদোম পেন্না পেন্না তেংথাজৈ, অমুকসু কপচৈ নুংশিমাগীদমক মমীৎ চেজেৎ উশিন্দুনা থম্মোযনুংদা ওমদুনা থল্লম্বা ব্রাফম খরা মনিং তমহনজৈ "নিংথি নঙ ঐবু চায়না ব্রারৌখ্রব্রা'? ব্রারৌখ্রে হায়বসু খংঙি, অদুনা নত্ত্রা ঐগী ইফমদা নঙগী শক্তম অমুক হন্না উহনবীদ্রীবা। মদুনা পুম্নিগী ওইরগে থল্লব্রা'?

কবিগীনো নঙনা নঙগী ইবেলৈদা অদুক চাউনা ৱাবৌবিবা। নুংশিবদবু অসুম্না ৱাবৌনৱ্রা? নঙগী ৱাখলনা অদুম্না ওনখিনি হায়বা ঐ থাজদে ... কবিগুম্বদা ঐনা খংলম্বা থোক্লবা নুমীৎতুগী ৱাহৈশিংদু ঐ কৈদৌনুংদসু হায়বল্লোই। নুমীৎতুদা ঐনা নফমদা কনা নত্তে হায়দুনা চীংনবা থমদনা হায়খিবনি ৱাহৈদো। ঐগী থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা লৈবীবা নুপাগী অকিবা শক্তম অসে নঙতনা মুথৎপীগদ্রা খনখিবনি অদুবু নঙসু ... মদুনা ঐগী ইবাল ওইববদি, ঐ লাঞ্জবে নঙগী নফমদা হায়জবি ঐ লাঞ্জবে। কবিগুম্বা নঙনা ঐগী ইবালসে ঙাকপীবদ্রবদি মপোকসিমগী ইবালসে লোয়নদুনা ঐ শীখিবা তাবনি। ঐ যাম্না বাবে নঙবু হল্লক্লো নিংথি। নঙগী নিংথিবা শক্তমদো ইমীৎসে পেম্না অমুক্তা যেংজনিংই। নঙনা তশেংনমক নঙগী ইবে...বু নুংশিখিবমক ওইববদি ঐগী ইপাউসে নহাক তাবা ওইযুকো নিংথি...।

"অশেংবা থম্মোয়গী মপাউবু তাদে হায়ববা? নিংথিস্ তাবে। ঐগী ইবে. গী মপাউ" খোঞ্জেল অমনা অহীকননা হায়বকই,

খোঞ্জেলদু তাবদা ইবেলৈ মমীৎ খংপাঙ পাঙখোবকই, মমাঙদা লেপ্তুনা মতৌবু যেংদুনা লৈবম্বা নিংথিবু উবদা শ্বাই লাওই খংই ইকায়বা ফাওবকই। ইকায় নুংশি ওইনবীবা মায়থোঙদো লোৎনবা হোৎনৈ। উনিংবগী ইখৌলাংবনা ঙমনদে লোৎনবা মায়থোঙ, বাদি ঙাংবা ঙম্লদনা মীৎযেং অনীদি নুংশিবা উৎনবা।

"নঙ ঐবু নুংশিদ্রববা? কবিগীনো অসুক বাহল্লীবা" ইবেলৈ ওইনবকই।

"নুংশিবা নৎতে নুংশিমনবদুননি মৈশা খাংবা ঙমখিদবা।"

"অদুগা কবিগীনো ঐবু ফিভম অসি যৌনবা লাকনবীবা," ইবেলৈ মপূক্লীং ফাজিনজবা ঙমদনা পীবাং শিনথবক্লী।"

"পূম্নমক ঐতগী অবানবনি হায়গেবা"? নিংথি ইবেলৈগী পীবাং তৈথোকনা হায়বকই।

"থম্মোয় কায়নবা নুংশিনববু নুংশিনববো? হা, হায়যো" নিংথিগী মশা নোমদুনা ইবেলৈ ওইনবকই।

"নত্তে, মদো নুংশিনবা নত্তে। মদো নুংশিবদি ওইবম্বা যাই। সংসাবশিদা হীংলিবশিংনা ফনা হায়দুনসু অশেংবা নুংশিবদি কৎখোকপনি, অদুবু ঐদি হায়গনি থুংনদবা নুংশিনবদি মপুং ফাদবনি। ইতিহাস ওইখ্রবা খম্বা-থোইবী, কদেং-তোনুগী

নুংশিবা, কনানসু মশাগী নুংশিনবদা পাম্লদে। অদুনা অশেংবা নুংশিনবদি থুংনবনা পোলোই ওইগাদৌবনি। নুংশিবদি থুংনদ্রবসু নুংশিনবদি থুংনহনগদৌবনি, থুংনহন্দ্রবদি মদুনা থম্মোয় অনীদুতা নৎতনা ইমুং অনীবুসু নিংবা কাইহল্লী। মদুগী মরান অদো শীংবা ঙমদনা পুন্সি লোইখিবা ঙাক্তনি।"

"অদুক চাউবা ইরালদি ঐসু পুজনিংদে" ৱাহৈদো হায়না হায়না ইবেলৈ হৌগৎলক্লুনা নিংথিগী খোঙয়াদা তুই, নিংথি মাবু হৌগৎবী

"অদুবু নঙ করিগী ৱারীবনো? ঐ হল্লক্লসিদি, নঙগী ঐগী অনৌবা তাইবং অমগী পুন্সি অমনা ঙাইদুনা লৈরে।"

ইবেলৈ খঙহৌদনা নিংথিগী মথাদা চেজেৎ কোনশিন্দুনা মতম কয়াদগী ওল্লকপা মৈচাক অদো ইংথনবা ওইনরকই। নিংথিসু খাংঙমদনা থম্মোয় মৈচাক য়াংননবা অদুগুম্না তাংলবা মীকুপ অদুদা থিংঙমদনা ইবেলৈবু কোনশিল্লী। মখোয় অনীগী ইথৌলাংনরবা নুংশিনবগী মতৌ অদুদা নোংদোলথক্কী থাজা মহাকসু ইকায়রক্লুনা পারবা লৈচিল মবক্তা কেকু লোৎপী শান্নগুম্ লোৎখ্রে।

## লৈচিল্লক্তে মঙাল তল্লক্লিবা থাজ

মেরা ৱায়ুংবা নুমীৎনি। মেরাগী মপুং ফানা মঙাল ফরক্লিবা থানিলগী অহীংসিদা উলেন্ নোংমদোলথক্তা ঙাল্লীবা থাজগী মায়থোঙবু য়েংলি। মতম্ কুইরবদগী মহাক্কী থস্মোয়দা পাউখুম্ ফংদনা লাক্পা ৱাহং অমনা থংনবা মীকুপ অমদা ইথৎনা ফিবালদা য়ৈররবগুম শাফু কল্লা থস্মোয় ফিবালদা য়ৈরক্লি। নোংমদোলথক্কী লশিং মফোলগুম উরিবা লৈচিল মরক্তা কেকু লোৎপী শান্নরিবা থাজগী মতৌদুনা মমীৎতা তশেং তশেংনা মমি তল্লকই, লৈমাগী শুমহৎলবী নুংশি মায়থোঙ। নোংমত্তসু পেঞ্জবগী নুংঙাইজবগী মমী তাবা উদ্রবা, মীনোক্কী মমী উবা ফংদ্রবা লৈমাগী মায়থোঙনি। পাউখোঙ কয়াগী হৌরকফম ওইরিবা লৈমাগী মায়থোঙদুনা উলেনগী থস্মোয়বু তৎতনা অৱা মৈচাক্ পীনবা অৱা মৈগী মৈনা চুখৎলরি। মায়থোঙদুদা মীনোক্ অমগী মঙাল মশেক্ তল্লক্পগী মচু অদু উনিংবগী মৈনা ঙাওঙৈ চাক্লবা উলেননি। অমুক্তংদি মায়থোঙদুদা উজনিংবা মীনোক্তো পুরক্লুনা খুদোল তল্লবা হায়বসিনা উলেন্গী লেংদ্রবা ৱাশকনি। অসুল্লা উলেনবু ৱাখলশিংসিগী কল্লা ইরৈসিনা য়োমদুনা য়েৎশিন্দুনা লৈরীঙৈ লৈচিল্লক্তে উরক্লে মঙাল তল্লক্লিবা

থাজগী মায়থোঙসে। উলেন্‌গী মপুক্লীংনা থাজদুদা হায়জখি "হে থাজা নঙগী মায়থোঙনা মকা লাম্বদি উহন্‌বীরে অদুবু ঐগী লৈমাগী অৱাবগী মপৈনা কুপশিনবীরবা মায়থোঙদুগী মকা লাম্বা নুংঙাই মীনোক্কী মশেক্তুদি কৈদৌঙেনো উহন্‌বীগদৌরীবা?"

অহীং অদুমসু হৌখরে। অসুম্না হৌড়বা অহীং কয়াদগী উলেন্‌না অসুম্না থানিলগী অহীং খুদিংদা ঙাওজরক্‌পা অমদি পুক্লীংগী অনীংবা নিজরক্‌পা মশীং ফনা য়াম্‌লক্লে। কনা লৈজদ্রবা তোল্লা তারবা চনু কয়াগী পুন্সি হীংজফম্ ওইরিবা "চনুরাশিংগী লৈকোল" কৌবা আশ্রম্ অদুগী মতেং অমদি শেবা তৌবা চংলক্‌পা সোসিয়েল ৱার্কর উলেন্‌গা আশ্রমসিদা লৈবা লৈমাগা থম্মোয়-থম্মোয় তিন্নরক্লুনা নক্‌শিন্নরক্‌পা চহী য়াম্লক্লে। অদুবু মতম্ অসুক কুইবসে উলেন্ নোংমত্তা লৈমাগী মায়থোঙ মকা লাম্না লৈরম্না নোংমত্তা উরক্ত্রি। মায়থোঙদুগী মরুমদা লোৎলিবা ৱারী অমনা উলেনবু কোইহুম হুমদুনা নোংমত্তা লৈতাবা ফংহল্লক্ত্রি।

আশ্রম্‌গী মীয়াম্না মখোয় অনীগী নক্লরিবা মরীদুবু শক্‌খঙবীদুনা লৈনরীবা মরীদুবু হেন্না চেৎশিন্ননবা অমত্তা ওইহন্ননবা ৱারেপ্পু লৌরে। উলেন্‌না লৈমাবু নুংশি নিংজে অদুনা নুংশিনা লুনা থম্বীগনি হায়বগী থাজবদো উরক্লবদা লৈমাগী পলেম-পম্ভৌ শক্‌না ইচম্ চম্‌না উলেন্‌গা লৈমাগা পুন্সি লৈপুন্ শেম্বীরে।

হোৎনবা কনবা উলেন্‌নি। পুন্সিগী হীংনবৈ অশেংবা পান্দম্ অমা তাল্লবীবা লৈমানি। হোৎনবা কন্‌বা অমদি পুন্সিগী হীংনবৈ অশেংবা পান্দম্ অমা তাল্লীবা উলেন্ অমদি লৈমাগী হোৎনজমন্ লেম্না খক্ মাঙবা হৌনদে হায়বসে মীয়াম্‌সু খঙগি। মখোয় অনীনা শেমগৎ শাগত্তুনা লীংখৎচরীবা "পুন্না শেন্দানমিন্নসি" হায়বা সেলফ হেল্প গ্রুপ্পু নোংমা-নোংমগী চাউখৎলক্লুনা পাক্‌থোক্ চাউথোক্‌পা হেন্‌গৎলক্লি। মী অনী শুরম্বদৈ, মঙা, তরা অসুম্না ঙসিদি মীওই চাম্মা হেন্না থবক্ পীদুনা শেম্থোক্ লম্বী লৈহনবা ঙম্লে। শুহন্ নোম্‌হন্দুনা থবক্ শুফম্ খঙলম্‌দবা মীওইচা কয়াবু থবক্ শুফম্ পীদুনা শেল তান্নিংবগী ইহৌগী ৱাখল্লোন্ অমদি শেলবু মীহৌব পোক্‌হন্দুনা হেন্না শেল তান্নবা হেন্না থবক্ শুনিংবগী ইহৌগী ৱার্ক কলচর অমা লমদমশিদা লৈহন্নবা চংশিল্লক্লীবা "পুন্নাশেন্দান্‌মিন্নসি" হায়রিবা থবক শুফমশঙ অসিনা শুদবা থবক্ ইলৈবু লৈশিল্লক্লে। হোনবদা ত দবা গ্রুপ্ অসি নোংমা- নোংমগী মশক্ নাইবা হেল্লক্লুনা মশেক্ মঙালগা লোয়ননা পাক্‌থোক চাউথোক্‌পা লেপত্রি।

ঙসিদি মেরা থা অমুক্ য়ৌরক্লে। মেরা থানা হেক্ হেক্ খোঙদোই হুল্লক্পদা লৈমা মপূক্লীং নুংশিনা হেক্- হেক্ কপ্চৈ। মেরা থাগী লৈনম্না হেক্ হেক্ মালংদা তিন্দুনা মশাদা য়েররবদা লৈমা হেক্তা নুংঙোল্লি। ফুগাইনা শাৎলক্লিবা সনারৈ লৈরাংশিংসে হেক্ উবগা, ফুগাইনা শাৎলক্লিবা সনারৈ লৈরাংশিংসিগা মহাক্কগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অদো হেক্তা নিংশিংহল্লক্ই। মমানা সনারৈ লৈরাংবু য়াম্না ঙাওজখি, অদুনা সনারৈবু উরগা মমাবু হেক্তা নিংশিংলক্ই। মেরাগী শিথরকপা থাসে উরগা লৈমা অমুক্তা হেন্না লাইওইখ্রবী মমাবু নিংশিংদুনা হেন্নদুম্ মৈশা হেনগৎহল্লরি। মহাক্না ৱাখল তারক্পা মতম্ চাউরাক্লা চহী তরুক্-তরেৎ শুরক্পা অদুৱাইফাও মমানা মেরাগী শিথরক্পা থাবু উরগা মদোম্ ৱারৌজখিবা, কপ্চখিবা, মথন্তা তেংথাজখিবা ৱারৌ ৱাকৎ কয়াদো হেক্তা মাগী নাকোং শীংজা য়েরক্ই। মাগীনি হায়বদা কনাসু লৈজদ্রবা অমুক্সু নৌনা লুখ্রাশিংদা চলহৌরবি মমানা লৈমাবু মতম্বাক্তা পম্কোন্ কোন্দুনা অসিগুম্বা অৱাবগী মশক্ ওইরবা অহীং কয়া হৌখিবদো লৈমা ঙসিসু কাউবা ঙম্দ্রি। নিঙোল চাক্কৌ থানা য়ৌরক্লবদা চাক্কৌবীনবা কনা লৈজদ্রবা লৈমাগী মমানা চাক্কৌববু কয়াদা কল্লকচখিবা। মপুন্সিদা চাক্কৌবা হায়বদো মশক্ খঙদনা লাইওইখ্রবী মমাদো মেরা থাগী শিথরক্পা থাসে হেক্ উরু খুদিং থম্মোয় ইরোন্নুংদৈ অহীংবগুম্ ফাউগৎলক্ই লৈমাগী।

মমাগী অরোয়বা মতম্দা পাউদম্লম্বা মমাগী ৱাহৈশিংদু নিংশিংলগা ঙসিসু মথম্মোয় তু চুংজবা লেপত্রি "ইবেম্মা নঙসু নরাইবক্ থীহৌরগনিদো, ইমাগুম্না নহাক্সু চাক্কৌনবা কনা লৈতবনা নিঙোল চাক্কৌবা হায়বদো নঙগীসু পুন্সিগী শাপ্ অমা ওইহৌরগনিদো"। মমানা লৈমাবু কোল্লগা য়াম্না কপচখিবা মতৌদু ঙসিসু লৈমা শং-শং উরি।

উলেন্ লৈমাগী থম্মোয় মশক্ মুন্না খঙঙি। নিঙোল চাক্কৌবনা য়ৌশিল্লক্লবদা মাবুদি চাক্কৌবীনবা কনা লৈজদবগী ইকায়-নুংশি য়াম্নবা অৱা- চৈনা খাঙলিবা লৈমাগী মতৌ উবা ঙম্লক্রদুনা চান্নবা মরূপ্ অমদা হায়জদুনা পৈশা তিংথোক্লগা, হাপ্লক্কদৌরিবা পোত্তুসু হান্না লৈদুনা থিঞ্জিল্লগা, মরূপ্তুনা লৈমাবু চাক্কৌহল্লরি। অসুম্না মরূপ্তুনা লৈমাবু অনী- অহুমলক্ চাক্কৌহন্খ্রে।

অহান্বা চাক্কৌবদুদদি লৈমা য়াম্না হরাওজখি। পূক্লীং খৈনা মায়থোঙদা হরাও মীনোক্ তল্লম্মী। অদুবু আশ্রম্দুদগী হৌমিন্ কামিন্নরক্পা অদুগা ময়ূম্ পান্খ্রবা মতা অমগা নোংমা থেংনরুবদা, মতাদুগীদি চাক্কৌবীনবা কনা লৈতে

হায়দুনা মপূক্লীং নুংশিনা কপ্‌খিবা মতৌদু উবদা লৈমা থম্মোয় পুবা ঙম্‌খিদে। নুমীৎতুদগী মহাক্কী ব্রাখলদসু অচৌবা অহোংবা অমা খোঙদোই তম্লক্‌খি। তাইবংশিদা অব্রাবসে মহাকতগী শরুক ওইরমদ্রে, মাগুম্না ব্রারৌরীবা কয়া-কয়া অমদি মঙোন্দগী হেন্না ব্রারীবা কয়া কয়াসু লৈরি হায়বসে মহাক্ উবা ফংলক্‌ই। মহাক্কী খুজীল্লম্বা মীৎয়েং পাক্-চাউথোরক্‌ই। মাগুম্না লাইবক্ থিরবী চাক্লৌবীনবা কনা লৈজদ্রবী কয়াবু মহাক্ চাক্লৌবীরগে হায়না মপূক্লীংদা চপ্ য়ুংনা উয়ুংগুম্লবা ব্রাখলগী ব্রারেপ্ অমা লৌজবা হৌখ্রে। কূপ্পা তরেৎ-তরা থোক্লা তান্নদুনা খন্না-নৈনরবা মতূংদা উলেন্‌সু লৈমাগী ব্রাফমদো য়ারে হায়দুনা মপূক্লীং থৌগৎপগী থৌনা হাপ্লরি।

ঙসি নিঙোল চাক্লৌবা নুমীৎনি। আশ্রমদুদা লৈরীবা চনুরা কয়ানা মচে-মচন্ শক্লুনা অমদি য়েংশিন্দুনা লম্‌জিং লমতাক্লীবা মখোয়না মমা-মপা শক্লুনা চাক্লৌবীনবা কনা লৈজদ্রবা নিঙোল কয়াবু পূন্না চাক্লৌবীগদৌরী। উলেন্ অমদি লৈমানা লীংখৎচবা "পূন্না শেন্দানর্মিন্নসি" হায়রীবসিগী পোথোক্ অমা ওইরীবা লম্‌দম্‌সিদা ফংবা মহূম্না লং নাইদুনা শাবা ইয়োংফি অমম্মম চাক্লৌগদৌরীবা নিঙোল খুদিংদা মখোয় অনীনা খূদোল তৌগদৌরি। অঙম্বা শেলগী তেংবাংসু অয়াম্বা শরুক্তা মতেঙ তৌদুনা মথেল লুকোয়দুসু ফজহন্‌বগা লোয়ননা মরাং কায়নবা থৌরাংলি।

ঙম্‌জবা মথেল লুকোয় খরনা চাক্লৌজবগী মথেলদু পূন্না নিঙোলশিং অদুগা চীন্দম্মিন্নরবগী মতূংদা লাঙজরিবা ঙম্‌জবা খূদোলপোৎশিং অদু অমম্মমতা খুৎশিন্নখ্রে। নিঙোল কয়াদুগী মায়থোঙগী নুংঙাইজবা পেন্‌জবগী মচুদু উবদা লৈমা ঙসিদি মহৌশাগা মান্নদ্রবা নুংঙাইবগী মশেক্ মঙাল অদো মাগী মায়থোঙদুদসু মমী তম্লক্‌পদো উলেন্ উরক্‌ই। মতম কুইনদগী গ্রহন্না উম্‌শিন্দুনা চাশিন্‌খ্রবগুম্ উবা ফংলক্লবা লৈমাগী মায়থোঙগী মশেক্ অদো ঙসিদি থাজগুম্ তরং-তরং, তশেং-তশেং উবা ফংজরক্লবদা উলেন্ খাংফম্ খংদনা নুংঙাইজরকই। মীকুপসিদা শীরবসু মহে য়াল্লে পোক্‌লম্বগী তাইবংসিদা হায়না মপূক্লীংদা খন্‌জখি।

খঙহৌদনা মপী থীংজমদনা মীৎলুদগী হৌরক্লিবদু তৈথোক্চা, উলেন্ পাউদম্‌লকই, "ঙসিগী চাক্লৌবা য়াওবীরীবা ইচে-ইচল খ্বাইবু ঐনা হেক্ ঙল্লীবমখৈ চাক্লৌজখিগনি হায়বসে ঐগী পাউজেলনি, ময়ামগী মফমদা ঐনা ব্রাশক্লুনা হায়জরি। হাউবা হাউতবা হায়বা অমা থীবীদনা ঙম্‌জবা খরা লাংজবনা, চামিন্-থক্‌মিন্নদুনা অচম্বা খূদোল অমম্মম তমজরিবসিনা লৎনবীদনা পূক্লীং পেন্‌বীবা ঙম্বীয়ু। মথং চহীদসু

ময়াম্ শোয়দনা মফম্‌সিদা ঐখোয় উন্নখিসি (লৈমাগী মায়থোঙদা য়েংলদুনা উলেন্) লৈমা! রাজরক্‌পনা নশরুক্ ওইরক্লবি লৈমা! মতম্ কুইনদগী উবা ফংলক্রুবা ঙসিগী নঙগী মায়থোঙদা তারিবা নুংঙাইবা পেন্‌জবগী মশেক্‌সে উবদা ঐ পেল্লে। ঙসিগী নহাক্কী মায়থোঙসিগুম্না পুন্সি চৃপ্না লৈহন্‌বা ঙম্লনবা ঐগী পুন্সিসে য়োম্থোক্লো হায়রবসু ঐ য়োম্থোকপা ঙম্লগনি। লৈমা! ঙসিগী নিঙোল চাক্কৌবগী তম্লক্লিবা নঙগী মায়থোঙদা নুংঙাইবগী মশেক্কো, মদুনা নঙগীদি নিঙোল চাক্কৌবসিগী খৃদোলনিকো!"

মীরম্‌গী অরং-অরাক্কী পোৎশক্‌শিংনা নিঙোল চাক্কৌবগী খৃদোল ওইহন্নবগী ঈয়াং লমজেন্ তান্নবদা য়াওরিবা নিঙোল কয়ানা মখোয়-মখোয়গী চাক্কৌবগী খুদোলপোৎতা মশোং ফন্না নাপল য়াওনা মীমাংদা লেন্নরিবশিংদুগী মাঙদা ইরম্‌দমশিদা ফংবা মহুম্না লং নাইদুনা শাবা ইয়োং ফিনা নিঙোল চাক্কৌবগী খৃদোল পোৎ ওইনা পুগদৌরীবা নিঙোলশিং অদুনা হেন্না মকা লামজৈ। লৈতবগী অরাৎপা মেন্‌খৎনবা হোৎনবদা মশানা শাজবা ফিদুফাও ইনবা ফংজদ্রবা নিঙোল খরাদি অমুক্কসু হেন্না মশানা শাজবা ফিদু খৃদোল ওইনা ফংদুনা ইনবা ফংলগদৌবগী নুংঙাইজবা, পেন্‌জবদো হেন্না ময়েক্ শেংলক্লি। পেন্‌জবনা ইথক্ হৌরবা নিঙোলশিং অদুগী মায়থোঙগী ইপোমদু উবদা ঙসিদি লৈমাগী পৃক্লীংদা নুংঙাইবা পৃম্বনা নোং ওইনা চুথরক্লবগুম ফাওরক্‌ই।

ঙসিদি তশেং তশেংলক্লে অমুবা লৈচিল থাংলম্বা লৈমাগী মায়থোঙ। মায়থোঙদু উবদা উলেন্, মমীৎতা শং-শং উরকই, থাবল ফবা অহীং কয়াদা মহাক্লা উজনিংনা ঙাওখিবা লৈচিল্লক্তে মঙাল তম্লক্লিবা থাজগী মায়থোঙদো ঙসিদি লৈমাগী মায়থোঙদা উরক্লবগুম।

# অমুক হল্লকপা

খোংজেল হায়রপ য়াঙনা থৌদরক্লীবা বসতু লীরী লীরী তপথরক্লনা খংখাম খাস্মী। উইরি ব্রাওরী লৈরম্বা ঐগী মীৎ অনীসে খংশিং শিংগৎলকই। থোঙনাউদগী য়েংথোক্লবদা লীতান বজার হায়না থাবদু উবমক্তদা খংলে লীতান য়ৌরে হায়বা। ঙসাইদগী ঐসে মোন্দ্রং অমদা উংদুনা লাকপনি। কুইরে ঐনা ইম্ফাল থাদোরকপা ঙসিদগী চহী তরামাথোই নীথোইদী শুরল্লগদ্রা খল্লী। মতমদুদা ওইহৌবা শক্তমদুগা হৌজিক থেংনরীবা মশকসিগা শাথিনা খেৎনরম্লে, পুরা তায়োলনবনি। হোয়! অহোঙবা হায়বসিবুদি মহৌশাগী মচৎনি। মহৌশাতা নত্তে মীওইবসু হোংবা নাই। মতমগী খোঙচৎসিদা মশিং খংদ্রবা অহোঙবা কয়া লাকপা য়াই, পুন্সিগী মশক কয়াসু ওইখিবা য়াই অদুনা ফিভম খুদীংমক্তা অহোঙবা হায়বা মশকসে মায়োক্লনবা শেম শাবা তঙাইফদে। করম্বা শক্লোন্দা করম্বা পৃংজাদা মানা ইনাক্তা থুংলরগনি কনাসু খংবা নত্তে। ঙসিদি ঐগী পৃক্লীংসে ইরাং লাংঙি, য়াম্লা হেন্নসু নুংওলহন্দুনা নুংশিবা ফাওরকই। মতম শাংলবৈ মতৃংশিদা ইম্ফাল পাংলকপশিদা নিংশিংলকই ঈশৈদো "লৈরমগনি ঐবু ঙাইদুনা/ অদুঙৈগী থৌদোক কয়ানা/

কপহল্লনি থম্মোয় নুংবংনা/ মীহৌহল্লনি হৌখ্রবা ৱারী"।

লম্বীগী চীদাই খরদা শম চোন্না- চোন্না চীংমী নিঙোলশিংনা চু মকক্ পৈদুনা য়োল্লীবদো উরুমক্তদা ঐগী পূক্লীংদা তিং লাউবা অমনা শ্বাই লাউবা পোক্‌হন্দুনা তু খঙচুং চুংহনখি। খঙহৌদনা ইশা পূম্বা হুমাং কাংখিবা খঙহৌদে। মতম কুইনদগী চেৎনা লৈরোন চনশিন্দুনা থল্লকপা পুন্সিগী হৌখ্রবা তাক্কক খরগী চেনা লাতম খরা মনিং তমনা খংহাং হাংদোরক্তুনা মাঙদা চেম্থরক্তুনা লেপ্পরবগুম করিগুম ঐগী মতমদুগী থৱায়দগী হেল্লম্বী উরীরৈগী থম্মোয় হুনা মোমোন নোকপা মায়থোঙদো শং-শংনা মীৎমাংশিদা অহীংবা শক্তমগুম লেপ্পকই-

"নঙসে নবুক য়াম্না ফৎতে!"

"ঐগীসে পুক ফৎতবা নত্তে, অশেংবদো হায়বনি, শাউনিংঙিরো ঐঙোন্দা?"

"নঙগী খুহায়দুননী" (লোৎনা মাগী খজাইথক্তা থিংঙমদনা মনিং তল্লক্লীবা মণিগুল্লবা পীরাংগী ইরিক খরা মাগী নৌরবী খুৎশানা তৈথোকখিবদো নোংথাং খৎখিবগুম উহৌই)

"এ,এ, কপ্লীরো? পীরাং নৌবী নঙসে কুমগী নোংহৌগা চপ হেক মান্নে। ঐনা পামদে হায়রবদি নঙসু ঐনা পামদবদুদি খরাসু তৌদবা ফৈদনা। ঐসে খরা ঙাংগল্লী, চৈগল্লী হায়বা নঙ খংলী নত্ত্রো? ঙাংগনবা ঐগা লোইনরবদি ঐগী অপাম্বসিসু নঙ খরা খঙঙু হায়বা। শে! পকচদে! মায়থোঙদুবু অমুক্তা য়েংজবা য়াগদ্রো। (চোইজাইনরীবা শংব্রৈ লৈনম্না হুরীবা শল্লাংশিংদুনা খনজিল্লীবা মায়থোঙদো ইখুৎশিনা হায়দোক্তুনা য়েংগে তৌবগা মাগী মোল্লা খুৎশাদুনা হেক্তা কম্থোরকই) শে শাউরনোবা! ঐনা হায়দোই ৱাসে তাও হায়বা।"

"করিবুনো?"

"য়েংঙুনে, মতমসিগী মশকসে। শাথিরবা থাবল চোংবগী লায়নানা তমথীনা নাবা হেনগৎলক্লিবা মতমসিগী লৈশাবীশিংসে উবদা কিদরা? অমুক্তং চোংবা পেন্দ্রদুনা থাবলবু মরী মঙারক চোংগে হায়রীবসে? অদুগা অমরোমদা লৈকায় লান্না থাবল চোংবগী হৈনবীসে ঐদি ওম্থোক্লা পামজখিদ্রে। অদুগা নঙসুনি, নরৈকায়গী অমুক চোংবদুদা পেন্দ্রদুনা থাবলগী শকহেনবী ওইরগে হায়বগী মতাগুম লৈকায় শুনা চোংনিংগনু। মদো ঐনা য়ানিংদবনি..."

"হো! ইবুংঙো, অমুক্তং চহীগী তাঙনা লাকপা থাবলবু হৌজিক চোংহৌদ্রগা, হয়েং নঙোন্দা লৈরকান্দা চোংঙু হায়রীরো? হুং মশকসিগা ফুবীগে হায়রক্কনি!"

"হোয়নে ঐসু লোয়না খঙলীবনি! অমুক্তং তাঙনা লাকপা চহীগী য়াওশং থাবলসে য়াম্না মগুণ লৈনা অমুক্তং চোংঙু হায়বনি। হীয়াং লমজেন তান্নবগুম মশীং য়াম্না চোংবা, ইরাঙ শাগৎফম ওস্থোক্কনু হায়বনি। পনখৈ নাইদবা য়াওশং থাবল চোংনিংবশিংনা য়াওশং থাবলবু পুংচোং চোংনবগী হৈনবী থম্বসে ঐ য়ানিংদে। মদুদা নঙবু য়াওহন্নিংদে মরমদি নঙসু ঐগী শরুক অমনি। অদুগী শরুকপুদি নরৈকায়গী চোংবা মতমদা লেম্না চোংঙু। নথম্মোয় পেন্না চোংঙু ঐ করিসু হায়বীরোই অদুদি নত্তদনা থাবলবু ইথক ইরাঙগী হৌরকফম ওস্থোক্কনু। মসিদনি থাবল চোংবগী ব্রাহস্থোক য়াওশিল্লক্ত্রিবসে! য়েলহৌঙৈগী ইপা-ইপু লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লবা ফজখ্রবা মৈহৌরোলসিগী থাবল চোংনরম্বগী মচৎ অদুসু নখোয়গুম্বা খরননি লৈখা য়ৌনা চীংথবীদুনা অমকপা কালী তৈশিনবীরীবা। মসে অতৈ-অতৈমক থিংঙমদ্রবসু নঙ ফাওবদি তশেংনা তৌহন্নীংদে (মা খুমদে, মচীন্দা মথন্নতা করিগুম্বা খরা মুরুম- মুরুম ঙাং শক্লীবা মতৌদু উবদা মখা তাই) নঙবু ঐনা কোয়শেন শেন্নবগী মতমসু ঐঙোন্দা লৈতে, ঙমসু ঙম্লোইদবা থবকনি, হৌসু হৌনদে, মরমদি নঙগী ননীংতম্বা পুক্সিনি মদো। তৌবতবু নঙনা য়ানীংলবা, হায়রীবশিংসে তাবীরবদি, খরদং লুনা লৌরবদি করিসু অরুবা নত্তে। মসিদনি ভাব তান্নবা চংলিবসে। ঐগীদি ইচন্নুপীসু লৈজদে, লৈরমদবনসু মরায়বক ফবনি, করিগুম্বা লৈরমদুনা মখোয়নগা তৌবা ওইরম্লবদি নহান্না মখুরাই কুরোল হুরম্লনি।"

"খুহায়বোক্তি লৈত্রেহে! নঙসে নকপা হেল্লা-হেল্লগা সুম কিশিল্লকতৌরী!"

"য়াম্না কিবীরবগী ব্রারো? ইনাক্তগী হৌদুনকা চেন্নীংলকপরা? (নোকই) হো! ইবেম্মা ঐসে হিংনা চাবা হিংচাবদো নৎতিয়ে। খুজিন্না খোৎকনবা কৈশু নত্তে। থব্রায়বু লাক্তুনা পুখিদৌমানবা লংজাদুসু ঐদি নত্তে। থম্মোয় মচা অমা পানজবা, মংলান মচা অমা লৈজবা, নঙতবু থম্মোয় তানা নুংশিজবা পাখং অমগী শক্তমদা হীংলীবা নঙগুম্বা মীনে মী!"

"মাগীদি তৌর-আদবনি অসুম হায়না ..."

"তৌবা তৌদবগা তোকখো! ইকাউ কাউবা অমগসু লৈরি। কুইরবনি নঙোন্দা হংগে খনবা, ঙসি মতা চারিঙৈসিদা, নঙবু ক্বা জর্দা ফজনা চাবে

হায়রিশিবু, য়াদ্রে চারনু হায়না থীংল-থীংলগা হেন্না চানিংলকপরো? ঐসু ঐনি অদুগা থীংলীবা মখোয়সু নঙ করিমতা উশিংতবৈ ব্রানিনে!"

"ইস ... ইস ... চোই ঙশ্বীরে হে! নঙোন্দা কনানা হায়রীবা? ঐদি চাসু চাদনা!"

"নচীন থীনু, মীদো নোংমত্তা ঐঙোন্দা ওইদবা ঙাংদবনি। আই ব্রীটনেসনি মানা হায়বা খুদিং, খুদম পীখো হায়বরো? (মা নোকফেৎ তৌনা মচীন শুকতোরকই) নশানগা ফত্ত্রিবা, ঙৈহাক লৈতনা চিফেৎ-চিফেৎ নাগল্লীবা। ক্বা র্জদাগা চাবদা খোইজংলকইশিবু করিগীনো? ঐ মদু য়াদে হায়বা খঙনা খঙনা ঐগী ব্রাগসে ননাদকা হাপ্পীপোৎ নত্তেনে! ঐনগা থেংনরবদি ব্রাগা ঙাংলোইদবনি কিলো অনীমখাই লূম্বা খুতূমশিনা থীনবদি শোয়দ্রবনি ইবেম্মা চেকশিনজৌ। অদুই শরুক চানিংবা অমা লৈবীগে হায়য়ু"

"অদো ওইরদি ঐদি (ঐঙোন্দা হাইরপ য়েংলগা নোকমী-নোকমী) চৈরক্কুকো, আ... কৈথেলদা পোৎফম ফম্বীশিংনা য়োনবা চু মকক্-মকক্ কক্পদো চানিংঙি"

"আ... স... স ... হৌরক্লব্রা নঙগী চু মকক্কো! বোমান্তিক সেচুএসনশিংদা খরসু রোমান্তীক ওইযুবা! তল্লী-হে নঙশিসু অঙাং মচাদৌনা।"

"ইম্মানা কৈথেল চৎপা খুদিংগী লৈবীরকই, ঐনাসু য়াম্না হাউনা চায়। নোকউ-নোকউ ইতৌ য়েংলগা। পীজনীংদ্রগা পীজনীংদে হেক্তা হায়য়ু। মসিসু রোমান্সকী মুড শাগৎনবগী সীক্রস অমনি।"

"হোয়নে হোয়নে, চাবীনিংই হায়বীরবনিনা থৌগল তৌজবা তারেদনা, করি হায়বগে মজাইবেম্মা (লোল্লদুনা) ইবানীগী রোমান্স ইষ্টাইলশিদি শেতৎপী রোমান্স হায় তারেনো।"

বস খংখাম খাম্মী। উইরম্বা ঐগী কোকসে শাফুদুনা মাঙদা থারীবা সিটতুদা খংয়ৈ য়ৈশিনগে তৌই। খুৎনা ঙাক্লমদ্রবদি কোক কায়রম্বসু য়াই। য়াইঙংপোকপী য়ৌরমলে। সেক্যুরীতীগী মীওই খরানা বসতো চেক তৌনবা কাখৎলকই।

মাবু মতম পূম্বগী ওইনা কাউবা ঙম্নবা হোৎনরকপনি। মতম খরদি খজিক খজিকসু কাউরুরবনি। নিউ-তুসোমদা লৈনা-লৈনা ঐগী নুংশিরবা মহৈরোইশিংগা লোয়নদুনা হেক য়ারীবমখৈ ব্রাখলসে হাঙহন্দনা অক্ক অমদি সাইন্সকী তাইবংদা

তাউদুনা লাকখিবনি। অহাঙবা মতমদা খুঞ্জা মপীজাশিংগা চীংমাই তেমদুনা পামলৌ উবগী শিনফম অদুমসু ঐ হৈরক্লবনি। শা ফাবা, শীং চনবগী কলা অদুসু ফজনা হৈরবনি। নুংশিবদি লৈরোন চনখি, নিংশিংবদি শীনাইদে হায়নবগুম ঙসিদি মতম লাইরেনবীনা ইফমদা চাংয়েংলরে, হৌখ্রবা ৱারীবু মীহৌহন্দুনা, মাগী মাঙখ্রবা শক্তম্মু হীংগৎহন্দুনা।

নুংশিবা হায়বা পোৎশকসে, থম্মোয়বু লায়েংবা ঙম্বা খ্বাইদগী অথোইবা হীদাকনি, থম্মোয়গী অরূ-অরূবা লায়না কয়াসু লায়না লায়না ফহনবা ঙম্মী, অদুগা অমুকসু থম্মোয়বু নাহনবা ঙম্বা শাথিখ্রবা তমথীরবা মহীক মখল মসু ওইরি। মহীক অসিনবু চংদুনা নাখ্রবদি মীদো জাৎ-বীজাৎ, অনেম- অৱাং, ফজবা-অথিবা, লাইরা-ইনাকখুনবা, নুংশিচান্নবা-য়েংথিনবা খাইরক্লরোই। ধর্ম্ম য়েংলক্লরোই। মসে মাংলমচৎকী ৱারীনা, ইতিহাসনা ময়েক লানা খুদম ওইদুনা উহল্লীবশিনি। ঐখোয়বু অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবগী থৌরীনি অদুননী হায়নরীবা “নুংশিবদি ঈশ্বারগী খুদোলনি” মসিসু অঙকপা শাথিবা থম্মোয়গী লায়না অমা ওইদ্রিববা?

উরিবৈ ব্রাহ্মণ নিঙোলনি অদুনা ঐনা মীতৈ পাখং। ঐখোয়নীগী মবক্তা মীওই কাংলুপ অনীসিনা শেম্বীবা অচৌবা পল্লোন অমনি খাবীবা। মীনা মীবু হন্থনা য়েংনবা, তুহৎন্নবা হোৎনবা, থাক খায়বা, অমাং অশেং নাইবা খুরবা ৱাখলতনা শেম্বা চৎনবীসিনি ঐখোয়নিনা খ্বাইদগী য়ানিংদ্রিবসিসু। ইবানীদি খেৎনবা অমত্ত্বা উন্নদে। ঈগী মচুসু অমত্তনি। ঐখোয়নীগী থম্মোয় ৱাখলসু অমত্তনি। মীওই কাংলুপশিন্দী খাযদোক্লী অহে-অপা শাদুনা ঈগী মচু, থম্মোয় ৱাখল পুক্লীং খেৎনবগুম, মখোয়না শেম্বা তাইবংদৌনা। উবিবৈগী অহল-লমন্না ঐবু য়ানিংদে, মরীসে তৎহন্নবা কন্না হোৎনৈ। তত্তনসু মঙোন্দা চৈ থাংঙি, অৱাবা পী হায়বা ঐসু তাই। অদুবু মা মবীন খাবীনি ঐসু খংঙি, নোংমত্তা ৱাফমসে মা ঐঙোন্দা কাংথোরক্কে, মোমোন নোক্তুনতা উন্নবা খুদিং লৈ। মসিননি ইবানিগী মরীসে নোংমা-নোংমগী চেৎশিনবা হেনগৎলকলিবা। ঐসু মাবু নুংশিমম্বনা ঙাওই মাসু ঐবু নুংশিবৈ মৈরীনা চাকলীবনা ঐবু উদনা, ইপাউ তাদনা লৈবা ঙমদে। মায়কৈ অনীদা চপ মান্ননা চাক্লীবা মৈরিসিনা অমত্তা ওইনা পূনশিন্দুনা অচৌবা মৈঙাল অমা ওইরকপা মীকুপ্পুনি খৌরাংনা ঐখোয়নীনা ঙাইরীবা।

উবিবৈগা ঐগা অচেৎপা মবী লৈনৈ হাযবা খঙনা উনা উবিবৈগী মমা মপানা নমদুনা। উবিবৈবু জাৎ-তিন্নবা ব্রাহ্মণ ইমূং অমদা থাজা-য়োনজনবা ৱাতুপনখ্রে হাযবা ৱাফমদু ঐ যাম্না পেন্‌খিদে, শাথিনা শাউনিংহনখি। ঐবু গ্রোক্ গ্রোক্ চাকহন্দুনা লৈতাহন্‌খিদে। অদুগীসু মথক্তা কবি মবমগী উবীবৈগী মমানা ঐবু কোইশেন শেন্নদুনা হাযনি হাযবোই খঙদনা ৱাফম কযা অমা মীমাং-পুমাং খঙদনা ঙাং শক্লীবা। মদো ঐ যান্নীংদে ঐবু উশিৎতবনি শীংনবনি। নুংশিববু লৈবা যোনবা যাবা লল্লোনপোৎ অমগুম হোংদোক হোংজিন তৌবা যাবা পোৎশক্কুম খল্লীবা বাখলদো যাম্না থেল্লী, মদো মীওইবা অমনা খনবা ঙম্বে ৱাখল মাঙলবা মীশী মচৎনি। মচানুপীবু কবিগীদমক লুকমাইদা হাপ্তুনা লল্লোল্লীবনো" মদো মীগী লীচৎক্তি নত্তে, শাগাদি ওইবম্বসু যাই। মীনা যান্নীংবা যান্নীংদবগী ৱাফমনা হেন্না মক ওইদে, নুংশিবদা মকওইবীবদি থম্মোয থম্মোয অনাদুনা যানাংবা থবায মানা খোযদাবা অদুনি। মসিনি ঐগী থম্মোযগী ইপাউসু।

মমাগী অকনবা চেবাশন থৌবা অমদি শাফু কল্লা থৌওংশীন্দা উবিবৈ কইনা খাঙবা ঙমখিদ্রমাল্লে। হযেং পুন্দ লৈপুনা ওইগদৌবা অহৌংদদনি মচাকনা। শাফ কল্লবা খাঙবদা খাংঙল্লরোইদৌবা খূদম অমা থানল্লীবা। মমা মপা ওইবশি গী মীৎ পাঙনবা পাদা অমা তাকলল্লীবা। মানা ঐগাদমক, ঐখক্তগীদমক তাঙলবা মাগী থবায পাম্মদনা হু খবখিনা, ঐগীদমক স্বর্গ কাখ্রবা। ঐগী ইফমদা শকলম্না মাগা বাশক্কুমদি মানা উৎলল্লে অদুগা ঐনা মাগী মফমগা শকখিবা বাশক অদমদি কৈদৌনুংদসু পাঙথোকপা ঙম্লরোইদৌবা ফিজম অমদা খম্বাবল্লে। নুমীত্তো ঐগা পুন্সিগী খ্বাইদগী তমথানবা অমম্না অহৌং হাযবদো ওইখি। তাইবংপান পূম্নমকসে মীকুপ অমথুংদা তাঙ্গোই তাইত্তে তুম্না মৈ চাকমিন্নহন্নীংখি মাগী চাতাগী মৈনাগা লোযননা। পৃথীবাসে মথক মখা ঙম্লোক্তুনা নিক্লিংলকই। নোংমদোল অতিযাদা ইচিল পেন্না লাউজে "ঙনীবি নৈদনো নঙনা চৎলিবা' কবিগীনো নঙনা ঐবু পাঙদবা, থম্মোয চেত্তবা অমগুম থম্বীবল্লিবা"। খাঙবা ঙমখিদে চৈনাদো, অদুম চেনখ্রবান মাযকৈ খন্দবৈ ঙাওদুনা ... হৌংখিগনি হাযবফাও থাজকদ্রবনি ... অদুব্ন . .

ঙসি ঐ অমুক হল্লক্তে অনৌবা পুন্সি অমগী লাঞ্জংদা অদুবু কবিগীনো খঙদে মাগী বাখলসিনা অমুক ইমাংসিদা লেপ্লবীবা। মতম কুইনদৈ কাউথোকনবা

হোৎন্দুনা লাকখিবা মাগী ব্রাখলবু নিংশিংলকপা মীকুপসিদা তু চুংনা পূক্লীংসি তয়াং-তাশোন্না মাবু খংনুং নুংশিরক্লিবা। নোংমা মানা পামজনা চাখিবা চু মককসিনা লৈত্রবা মাবু লৈরী হায়বগী খূদম পীরিবা। ঐবু অমুক হন্না মাগী ব্রাখলগী ইরৈ-ইরোন্নুংদা লৈখাইদুনা চিংশিল্লক্লীবা। চু মকক য়োনফম পরীংদুদা চত্তুনা ব্রাখলসে লৈতাফম থিরুবনি, হেন্না ব্রাননবগী মশক ওইরকই। চু মকক য়োল্লীবী মমাগী মনাক্তা ফল্লীবী চহী ১০ মুক্কী নুপীমচাদো ওহ্লোক্লা মহাক্কী শক-চুগা মান্নখ্রে। ঐগী মীৎসে শোয়রব্রা খন্দুনা ঙৈহাক্তি কুপকনি হায়বা হেক কাউবমখৈ মঙোন্দা য়েংদুনা লৈবদুদা মমা-মচাদুসু ঐঙোন্দা য়েংলকই। ওহ্লোকপা মতৌ হায়দুনি থম্মোয়সিনা করিনো খঙদমখৈ অসুক য়াম্না নুপীমচা অদুবু নুংশিরক্লীবসিনা! খোঙফম অসিসু হোংঙু য়াদ্রিবসিনা করিগী? মনাক্তা চংশিন্দুনা হংলুই "করি মীং কৌই?" কিবোই থাকৎপোই খুল্লকই "উমা" হায়রপ মান্নবা খোঞ্জেলদো তাবদা হেন্না শ্বায় লাউবা হেনগৎলকই, নুংশিবা পোল্লকই।

করি মতৌনো মসিবু? নুপীমচাদুনা হংলকই "কাকা নঙ কৈদৌরগে, মুন্না য়েংলীদুবু" হায়রপ তৌফম খংদনা খুন্মী "কৈসু তৌদে" মমাদুনা মচানুপীদুবু চিংবোই করিবোই তৌবদু উবদা হায়দোকখি "চু মকক মথাশিংসে লুপা কয়ানো? মমাদুনা হঙ্গোইবোই করিবোই খুল্লকই "লুপা য়াখ্রেদংনি" ফুরীৎখাউদগী য়াখ্রে চৎপী অমা লৌথোক্লুনা পী। নিংথিনা খাউদা হাঞ্জিল্লবা চু মককশিংদো লৌরগা উমাদা অমুক পী "কাকানা নুংশিদুনা পীবনি নঙ চাউকো উমা" ব্রাহেদুদা উমা ইঙক ঙকনা হায়রকই "নত্তে, নত্তে কাকা, শিদি ঐখোয়না য়োনবনি, কাকাগী অঙাংশিংদা ওইনা পীজৌ" ঐনা হায়, "অদুবু কৈদৌই হায়বগে, ঐনা নমাদগী লৈবনি অদুগা নঙোন্দা পীজবনি, কাকাগীদি কনাসু লৈতে চাবীনবা, নঙসে কাকানা য়াম্না নুংশি অদুনা কাকানা থম্মোয় শেংনা নঙগীদমক লৈবীবনি, নঙ চাউকো নঙনা চাবদো কাকা য়েংনিংঙি" উমা ঙক্লা হায়রকই "কনাসু লৈতবা ঐখোয়গুম্বা অঙাংসু" ঐনা খুন্মী "হোয় নঙগুম্বা অঙাংসু"।

উমা চু মকক অমা লৌদুনা চায়, মানা চাবা খুৎচাদু মতম অমগী ঐগী লাইওইখ্রবা উরিরৈগী খুৎচাগা য়াম্না মান্নে। ঐগী মীত্তা উরিরৈগী শকফম ওইনা উরকই। ঙসাইদগী উমানা ঐবু কৌবদু ঐদি ভার্ব ওইরমদ্রে, ব্রাখল লংফৈ চৎলুবনা। পীরকই চু মকক অমা ঐবুসু চাউ হায়না। ঐনা চু মকক অদু লৌরদুনা "চৎলগেকো

উমা” হায়দুনা নুংশিনা মাগী খাজাইদুদা নানবীদুনা থোরকই। ঐগী ইতৌ অদুবু মঙগুম ইঙক ওকনা মমা মচাদুনা মীৎ কুপ্তুমখৈ য়েংহৌই। খুৎনা চু মকক অদু হুনগৎলগা অমুক ওক হুনগৎলগা অমুক ওক তৌদুনা লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐগী লুরবা থম্মোয়নুংদগী ইদোম হংজরকই পাউখুম্বীররোইদৌবা ৱাহংসে “মসিবু তশেংনমক ঐগী লাইওইখ্রবা উরিরৈগী অমুক হল্লকপা মপোক হায়দু ওইরীদরা?”

## উরক্‌ই অমত্তা ওইনবৈ মতমদু

য়াম্না কন্না হোৎনখি, ঙমজবী থাদুনা লাইরিক-লাইশু পাদুনা ইস্টরভিয়ুদু মায় পাক্লনবা থরান। লাওথোরকপদা মমীং হেক্তা য়াওরক্তে। অচৌবা চীংজাও অমা কিন্থদুনা নন্থরকপগুম নিংবা কায়বগী অতিয়ানা মচেৎ মচেৎ কেল্লক্লুনা মকোকথক্তা নন্থরকই। মমীত্তা মণ্ডাল হায়বদু মত্তা উরক্তে, অমম্বা ঙাক্তা, মরক্লুদনা তন্দন খরা নত্তনা। নিংবা কায়বগী পোৎয়োম নম্বোনবীবা থরান হীংবগী অশা হন্থরক্লুনা মাংশিল্লকই। চা-থক্‌ শঙ অমদা চা থক্লীৌঙদা উরকই, থবক্লু খনবগী হরাও তয়াম্লীবা মীওই খরা। মখোয়দু মহাক্না মশক মুন্না খংঙি। লাইরিক লাইশুগী লমদা পূক্লীং ৱাৎপা ঙাক্লনি। মখোয় মশেলগী ৱারীদু থরান নিনবোই করিবোই তারকই, -

"ভাই, খল্লবনিনা ঐখোয় ঙসিদগী থবক তৌদৌরে হা!( হাইফেৎ নোক্লগা), থাগী তলব চাবা হায়বদু ওইদৌরে নত্রা" (নোকলি ময়াম, অমানমুক)

"ফাগীরানে লুপা লীচা অনীনি পীজরীবা, ঐখোয়দগী অহেন অহেনবা কয়া নন্থহন্দুনা ঐখোয়বু খনহন্নবা হোৎনবদা।"

"মতমসিদি লাইরিক লাইশু হৈবনকা চংনবা য়াগোৎ নত্তে, শেল য়াওদবা য়াদে, শেলনা পূন্নমক লৈবা ঙমদবা লৈতে। মশক ফজবী নুপীসু, ফজবা য়ুমসু, নিংথীবা গাড়ীদুসু। অদুগা অপান্না থবকসু নত্ত্রা ভাই?" (ব্রা-ব্রা ময়াম নোকমিন্নে)

"পৈশাবু পায়রদি, মীনসু কিবনি, ইকায় খুম্নবীবনি, মীংসু চৎপনি, মতমসে পৈশা পায়বশিংতগী মতমনি, লাইরবশিংদি হীংফম লৈতে।"

মখোয়গী ব্রারীশিংদু তারগা থব্রান খাঙবা ব্রারকই। ফম্বা ঙল্লক্রদুনা হৌগৎলগা মপান থোরকই। চৈজরকই মথন্নতা থম্মোয়নুংদা পুন্সিবু পৈশাদা য়োনগনি হায়দুনা থোরক্লীবা, পৈশানা লৈগনি খন্নরীবা মখোয়দা। মী হায়বসিদি চপ মান্ননা পোকলকই অদুবু ব্রাখলদি মান্ননা খন্দবনা খেৎনবা কয়া থোরকই। খেৎনবদুননী ঙসি ঐখোয় মীওইবা মশেলগী মরক্তা অচৌ - অচৌবা খেৎনবা কয়া কয়া লৈরক্লীবশিংসি।

ঙসিগী লানফম অসিমসু মায়থীরবদা, থব্রান মায়থিরবা মায়থোঙদু পুদুনা ময়ুম চংলকপা ইকায়রক্লে। মচী-মচীদা ঙৈহাক ঙৈহাক ফমদুনা লৈথোক্লুরগা নুমীদাংব্রাইরম মল্লী মল্লীরকপা মতমদা মমায় লোত্তুনা ময়ুমদা প্রপ-প্রপ চংলকই। মমা হনুবীদু থাউমৈ চুখৎতুনা ইমুংদা লৈবদু উবদা ইমুং চংবা ঙমদ্রদুনা য়েন্নাখাগী ফক্লাংদা ঙাথদুনা পোত্থারী। মৈ লাক্তবগী ইমম্ মম্বা অমমবদুগী খুদোংচাবদু থব্রান ফংলি। মমানা ইমুংদা মদোম শোনজরি "ঐগী ইচাদুনা হৌজিক ফাওবা লাক্লিসিবু কৈদৌনবা য়াওরবনো, মাগী ইস্টরভিয়ুদুনা কমদৌরমদোইনো? ইচাসে মরায়বক্তি থিজরবনি লৈজদ্রবা ঐগী ইমুংদা পোক্লুবনা। মাবু হৌজিকপু কদাইদা লৈরমগদোইনো? ঐবু লার্টেনসে পায়দুনা অসিব্রাই ফাওবতং য়েংলুসিরা?"

মমাগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা থব্রান হকথি কন্না খল্লকই। মখোলদু তাবদা মমা মৈ পায়দুনা মনাক চংশিল্লকই। মচা থব্রানবু উবদা হায়রকই,

"কৈদৌরে থব্রান, নঙনা সিদা লৈরম্লীবসিবু, ইমুংদদি চংলক্রদনা?"

"ইমা মৈ মম্বসিদা!"

"মৈনেনা তৌরীশিনা মৈনি হায়বদুতা ঙায়রে। তিংলিবা তরাশিংসে নত্তনা মৈদি য়াওদ্রে। অঙানবা হায়বদো পীবা হৈতবা মৈ হায়বদুনি। মৈদাসিদা পৈশা থিদোক্তবদি মৈ কক্লনিকাইনা চেনজা-লাওরিবসে নুংশিখিদ্রে।"

"ইমা! ঐগী পুন্সিসিসু ঙানবা হৈতবা মৈগী তারদুগা খেৎনবা লৈশিল্লক্লে।"

"নঙগীসে ঙসিসু য়াওরক্লে নত্ত্রা?"

"লৈজদবা ঐখোয়দি মীনসু নুংশিদে, লাইনসু তাথিবী ইমা! নচাগী ইরাইবক ফবা হায়বদু তমদ্রমাল্লে। ফক্কাংদা নত্তগসু উচুক অমদা লৈতুমনা কুম্থারক লংলবদি অমা অনীদসু পানবা য়াওই। অদুবু ঐনা য়াওরকইসে নোংমত্তসু পানদে। পাল্লোইদবগী মরমদি লৈতে হায়বসে ঐতনা খঙঙি অদুবু মদুবু পালহন্দনবা শীনবা হৈবা মীগী মশীং ৱাৎতে। পীজবা হৈবা কয়ানা পীজদুনা নচাগী শরুকশিং নুংতিগী লৈরী। ফিভমসিদা ঐগী করম্বা অনৌবা অশানো? মসিগী পীজবা হৈবা অমদি চাবা হৈবা মখোয় লৈরীমখৈ নচাগুম্বা কয়াগী পুন্সিদি নুঙ্গাইরক্তা কংদুনা কংশী শীবা মতাবনি ইমা!"

মতম শাংনদৈ নোনিনা থৱানবু নিংজদুনা লাকখি। থৱানসু থম্মোয় থম্মোয় নুংদদি নোনিবু হকচিন্না নুংশিজৈ। অদুবু ওইরীবা ফিভমশিনদী মাগী থৌনা হাপকৎতে। নুংশিরবস্ নোংমত্তা নুংশি হায়না হায়জবা ঙমজদে। নোনিনতা মকা ফোংনা মঙোন্দতা হায়জবনি।

"ঐনা তামোবু নুংশি হায়বসে খঙবীরীবা নত্রা?"

"মদুদা করম্বা অনৌবা পাউখুম অমনো নঙনা পাল্লীবা?"

"ঐখোয়নি কৈদৌঙৈনো অমত্তা ওইদৌবা?"

"ঐগী ফিভমসিদা, উদরো ঐগী ফিভমসে! মদু হায়বা ঙম্ব্গী থৌনা ঐঙোন্দা লৈতে"

"ঐগীদি লৈ অদুনা হায়রীবসিনি, মথং চহীদদি ঐখোয়নী শোয়দনা অমত্তা ওইরনি। ঐনা থাজৈ তাম্মো শোয়দনা মতমদুফাও মনুংদা মায় পাকপা অমা ওইগনি। মায় পাক্লিবদো পাক্লবগী মবম পুথোক্লনা অঙ্কা হোৎমীন্নসি।" (থৱানগী মখুৎ চেৎনা পায়দুনা নোনিনা য়াম্না চাউথোকনা অচৌবা থাজবা অমগা লোয়ননা শাফু কল্লবা পাঙ্গল হাপকৎলকই)

নোনিগী নোকমী নোকমী তৌবা মায়থোঙনা লৈকংলা ওইরুরবা থৱানগী থম্মোয় পাৎ অমুক অরুবা ইশিংনা চোল্লক্লে। অচেৎপা নুংশিবী অমা লৈবনা মী অমগী লুরবা তানফম কয়াদা অনৌবা থৌনা হাপলকই অমদি পাঙ্গল হেনগৎহল্লকই হায়বসে ঙসিদি থৱানসু ময়েক শেংলকই।

থৱান মাগা ৱাখল্লোন মান্নবা, মাদৌনা শুনিং নোম্লীংবগী লৈতদ্রবা ৱাখল্লোন চেনবা, মাদৌনা মরায়বক থীরবা মীওই খরা পূনশিন্দুনা লূপ অমা শেমদুনা অচৌবা থবক শুফম নোমফম অমা হাংদোকই। মীয়াম্না পাম্নগদৌবা মহাও চেনবা অচা-অথক্কী পোৎলশিং লমদমসিদা ফংজবা পোৎলমশিংদগী লমজিং-লমতাকপীবা খরাগী মতেংদগী শাবা হৌই। মাগী চাংয়েংদু ময়াইরপ মায় পাকলকই। মীওইশিংনা পাম্নুনা চান্নবা হৌনরকই। হেন্না থোইগৎ হেনগৎনবা অহেনবা ৱাখল লৌশিং তানশিন্দুনা থৱান অনৌবা মওং অমদা অচা-অথকশিং শেমদোক শাদোকই। হকচাংদসু শোকহন্দবা, মচীসু ওইবা, হাওসু য়াম্না হাওবা, মমলসু য়াম্না হোংবা থৱানগী "হাওখ্রেদা" হায়না মীংথোনবা অচা-অথক্কী পোৎলমশিং মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা পোৎথোক অমা ওইনরক্লি। নোংমা নোংমগী পাকথোক চাউথোরকপনা মফম তরুক্তা পোৎ শেমফম হাংদোরকই। মীয়ামগী খুদোং চানবগীদমক মফম শিন্থুংনা পোৎ থাফম ৬০ হাংদোকখ্রে।

অশুম্না হৌখিবা চহী অনী-অনীমখাইসিদা শাফু কন্না মায়পাকপা ঙল্লবা অমদি মীয়ামদা হোংনা, মমল তানা মচী ওইবা মহাও লৈবা অচা-অথক্কী পোৎলমশিং ফংহন্দুনা অচৌবা কৎথোকপা অমগা লোইননা মীওই খুন্নাইগী মতেং পাংবগীদমক মশক খংবীদুনা থৱানদা মতেং অমদি এৱার্ড কয়া পীনরকপা লেপনদ্রী। মতম পূম্বদা থৱান মাগী তেংবাং লোইশিংগী পূক্নীং থৌগত্তুনতা লৈ। মখোয়দগী হেন্না ফগৎপা থবকশিং তৌহলহৌনবতা হোৎনৈ। ফংলীবা মীংচৎ অমদি মীয়াম্না পীবীরীবা নুংশিবা মদি থাজবদু কায়দনবা ঙাক্তুনা থম্নবা কন্না হোৎনজৈ। মসিনা নোংমা-নোংমগী "হাওখ্রেদা" গী মগুণ অমদি মমীং চৎপা হেনগৎলকই।

ঙসিদি "হাওখ্রেদা" হীরম খুদিংদা শীজিন্নরকপতা নত্তুনা মণিপুরগী মপান্দসু মমীং শন্দোকপা হৌরক্লে। মরক মরকতা ভারতকী মপান্দসু খোঙশানবা য়াওরক্লে। শম্না হায়রবদা হৌজিক্তি "হাওখ্রেদা" ইরমদমশিংগীতা নত্তে, ভাবতকীদসু ওইরক্লে, মালেমগী চীঙ্গাক ওইনবগী মায়কৈরোমদা খোঙ থাংজিনবা হৌরক্লে।

মায় পাকপগী মঙলান লীশিং লীশিংলক্তা ঙসিদি উরকই থৱান নোনিগা মখোয়নীগী অমত্তা ওইনবগী মতমদু।

# নুংশিমনবনা মৈবাইহনবনি

"ইচাগীব্ ইপানা তৌবা ঙমলোইদৌবা করিবু লৈগে তাইবংসিদা। ইপানা হীংলিবা পুন্সি অসে ইচাগীদমকনি, ইপা নুংঙাই-য়াইফদ্রবসু ইচাগী নিংবা থুংহনবা ঙমদবা মপাদুদি ইপাদি ওইরোই। যূম ইঙ্খোল কায়থোক্লবসু শেন্দোইদা শেল পূরবসু ইপা শোয়দনা ইচাগী অনিংবা থুংহনগনি, মসে ইপাগী লেংদ্রবা মঙলান্নী"-মচাগী পূক্লীং হন্থবা নিংবা কায়রবা মায়থোঙদু উবদা সনাজাউবনা মতিং ফুদোকনা হায়রকই। মপাগী কা হেঞ্জিনবা নুংশিবা মতৌ অদুনা পাকপা তোনালখিবনি। নিশা চা-থক্লুনা ঙাওশিন্নদুনা মপূক্লীং রাবকপা ঙমদ্রবা মমান্নবশিংগা কোই লাংদুনা লেল্লীবা পুন্সিনি। লাইরিক লাইসু থরায় চংবা ঙন্লক্রুবা, শুনীংবা হোৎন্নীংবা পোক্রুবা পাকপাগী পুন্সিনি। নুংঙাইবা মনিং থুংবা, অহাওবা চাবা, অপান্থতা তৌবা পান্থা মীতানি পাকপা, মনিং থুংদ্রগা ইমুং-মনুংদা লাঞ্জাও হৌদুনা লাও-খোঙবা, পোৎচৈদা তাইনদুনা থুগাইবা মাং-তাকহনবা মাগী হৈনবীনি। মহাক মশানা খনজবা মনিপুর পুলিসকী এসঃআইগী পোষ্টকীদমক মপাদা চেন চোংবীয়ু হায়জবনি। মপানা লমজেল অদুদা য়াওরুবা হায়বসে অন্নাবগী মশকনি। লীচা তরামঙাগী

শেনফম মপানা শাগৎনবগী লম্বী উখিদে অদুনা মপা-মচা নিংঙাই শংদানরকই, অঙম তান্নরকই। অদুবু মমৈদদি মচাগী নুংশিবনা মপাগী অথীংববু মচোই মচোই তাহল্লরে। ঙসিদি মপাসু মচাগীদমক চপ য়ুংনা লেপলে, মচাগী নিংজবা থুংনবা।

ট্রেনীং লোইরদুনা কশম চারগা থবক জোইন তৌখিবা ঙসিদি থা তরুক চনশিনখ্রে পাকপা। মাগী থাগী লুপা লীশিং তরেৎ-নিপালদুনদী কৈদৌরুনি। ময়ূম ইস্কোলসু মীঙোন্দা য়োম্বোক্লুনা, শেল পীরগা মীগীদা শৈদাংদুনা লৈরীবনি মপা মচা, মমা মচন। মীঙোন্দগী পুশিল্লুবা লুপা লীচা খরাদুসু শেন্দোই মতিক চানা শুনবা ঙমদবদগী নিংঙাই তৌনরকপা কুইরবনি। মচননুপীদু লৈশাবী হায়দো ফারবানিদা থাঙ পীজবগী মতমসু লানশিল্লবনি। মদু খনবতদা মপা সনাজাওবা কোকচাউবী কায়। তঙনা মচানুপাগা ব্রা খননৈ শাউনৈ, উংখৎনৈ। পাকপা নৎত নৎতবা ব্রাখল খনবা হৌরকই মপাগী ব্রাহৈদুদা "ইপাদি অদু- য়দা খঙদে নঙনা তৌনীংবা তৌ, মীগী শেলসে শীংদবা য়াদে, ইপাবু মীগী চীনখা থাহনগনু পাকপা"। পাকপা মচিং ফৎতবা মীগী ব্রাখল খল্লকই। মীওইবগী ঈদা লোঙ্লুনা লৈরীবা তমথীরবা শাগী ব্রাখলনা শাগী লীচৎ চৎনবা লম্বী উৎপা হৌবকই। শেলগী মযাইনা ঙাউরক্লবদা, শেলগী মনম অমদি মশক উবা য়ারক্লে। খ্রো-গ্রো খোৎপা য়েনগী মখোঙগুম মশা পুম্না ফাজিন লাকশিনবা ঙমদনা মখে লাংলকই। মরাল লৈজদ্রবা কয়াবু নমদুনা ফা-ফারগা পায়রীবা শেলদো লৌবা য়ান্নবা কাপতুনা হাংপীখিবা কয়ানি। শেল পায়রুবনা মরাল ওইরবা কয়াদো অশীবনা চৈরাক পীবীখি। লৈজদ্রবা মরাল কয়াদা লংশিনবীখি। শেল খায়বা, শেল হুবা, ফিমু শেঙ্লুনা নুমীদাংদা ডাকু শাদুনা মীগী য়ুমদগী হুরানবা চৎপা মখল-মখলনি চত্থরকলিবা। অসিগুম্ব পাকপগী মচৎ অসিনা শেন থুমগী ফিভমদা ফগৎলকপতা নত্তনা মাবু মীনা কিবা অমদি হঙ্গোইবা হেনগৎলকই। মাগী মমীং নুমীদাং অঙাং কপ্পা তোকনবা থেমবদা শিজিন্নবসু তাবা ফংলকই।

খবর অমদি টি.ভী. রেদিওগী লময়ানবা ওইরক্লীবা পাকপা, লালহৌশিংবু ফারগা হাংপদসু থৌনা ফগৎলকই। মাগী নিয়ম ওইরবা হৈনবী অমা লৈ মর্দুদি মখুৎ চল্লবা য়াওল্লোই ওইবশিংবু য়োৎলিগী মহুত্তা নোংমৈ মরুনা হাংপা। ফারবসু হাংপা, ফাদ্রবসু হাংপা অদুগা নোংমৈ, শেল য়েপ্পা মসিনা মাগী হৈনবী পারানি। তশেংবনা অমা রীপোৎতনা অমা শেন্নদা খুৎলোইরক্লবা পাকপনি। ঙসিদি মহাক অফাওবা মীওই অমা ওইরক্লে। মাগীদমক মপা সনাজাওবসু চাউথোকচবদা

হনবা লৈতে। মচন নুপীসু ডোক্তর অমদা চাউনা অওং-অউন তমদুনা থাজখ্রে হৌখ্রবা চহী খরশিদা পাকপা কদায়দগী কদায় ফাওবা য়ৌরবগে হায়বসে কনানস থাজবা ঙমদে। মথোল মঙাগী য়ুমজাওনি লংনা-ঙান্না শাররীবা মপাকপগী শঙ্গায় এলটো, সেনট্রো, আই টেন্ মখল- মখলগী কারশিংসু লেংলরী। নুংঙাই য়াইফব ইমুং মদা লৈফম থোকপা খুদিং মাগীদা অমত্তা চীংথদে। মমানদী মদুদা নুংঙাইব ঙমদে, মচাগীদমক ব্রাদবসু ঙমদে পাখৎচৈ। মপাদি মচাগী অদুগুম্লবা মায়পাকপা অদুদা মশোং ফল্লদুনা ব্রা চাউনা চাউনা ঙাঙ-শকপা হৈনরকই।

নুমীদাংগী মতমনি, ঙসিদি পাকপা নুমীদাংগী শিন্থাদগী পোখাবা নুমীৎনি। মপা-মচা চাকচা টেবলদা ফমদুনা অহাওবা মথেল লুকোই চামিন- থকমিন্নরী। নুমীৎ কয়ানি মপা মচা উন্নরবসু চনীং তানা ব্রারী ব্রাতাই শান্নবা ফংলক্তে। ঙসিদি পুম্নমক ফুগৎতুনা থস্মোয় তানা ব্রারী শান্নরী। করিগুম্বদনা হৌনা নোকই করিগুম্বদনা ব্রারীদা চীকই। মমানা মপা-মচাগী অব্রাৎ-অপা য়েংশিল্লী। চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা মমানা মতম কুইনদগী তকনদুনা লাকপা, মমৌনুপী থীজনবগী ব্রা হৌদোকই। পাকপা ব্রাদো থওইনা তাদে। য়ুম্থাল কৈবানবদা পুক্লীং তাদ্রবা পাকপা মমাগী ব্রাদো ফৎ-ফৎ ককথৎলী। মমা ওইবীগী অব্রাবা মচাওইবশিংনা খঙবীদে। নুপী থীবীরবদি, মচা য়াওরক্লবদি মচানুপাগী লীচৎতা অহোংবা লাকপা য়াই হায়বসে মমাগী থাজবীনি। মমানদী চীংনদবা ঙমদে মচাগী চৎলীবা লীচৎসে পুনা হোংহৌদ্রবদি নোংমদি শোয়দনা মচাসে অশীবগী খয়াম্ভা তারনি হায়বা মাংজৌননা উবা ফংঙি : মীবুতা অসুম হাম্ভুনা লৈগে হায়বদি কদায়দগী য়ারুনি, মীনস্যু মাবু হাৎপদি শোইদ্রবনি নোংমা মদো পাকপা খংদে। মাগী খুৎতা নোংমৈ পায় হায়দুনবু মাবু শীনাইদবা ওইবা য়াবা নত্তে, মীদুসু মখুৎতা নোংমৈ পায়দুনা তানজবা ঙাইরীবনি। অশীবদি ঐগীসু নত্তে, নঙগীসু নত্তে, মীগীসু নত্তে, মাদি কনাগীসু মরূপ ওইবা য়ারোই। পুম্নমক খংলবা পাকপগী মমানি।

নুমীদাং ফনা থেংজিল্লক্লে। মমা-মপা অনীমক অহীং মীৎশেন তানখ্রে। পাকপা অহীং তুম্বা য়াদবনা ফিল্ম কাপ্পুনা য়েংলি। মহাক্কী ব্রাখল চনৈনরকই। অঙাওবা মীশক অমগুম মমীৎতা মশেং মবাং উরকই। তমথীনা হাৎপীখ্রবা শক্তম কয়া-কয়াদো মমীৎতা কুফেৎ-কাফেৎ উরকই। মখোয়না তৌরম্বা শাপ কয়াদো মশাদা পাল্লবগুম শবীং শবীং লাওরকই। শীঙমদনা শীপ্পবা থরায় কয়াদো পরেং লেংলবোই খল্লকই। টি.ভিদা ফিল্মগী মহুৎ মতু-মচা, মমা-মপাশিংনা

চৈরকপা ঙাংলকপা মতৌশিংদু উবদা খংলাউ লাউরকই, পোৎ-চৈ চৈখাইরকই। মতৌদুদা মমা-মপা হৌরকই।

মচাগী অদুগুম্বা শক্তম অদো ঙসিনা অহানবা নত্তে। কয়ারক হন্না থেংনখ্রবনি। মচাবু ইংথনবা হোৎনরকই মমা-মপা অনি।

লৈবাক ইরাং হৌহনবা অমদি তংদু লৈতাববু মাংহনবা, নিং তম্না পুন্সি হীংবা ঙমদ্রবা, থোকখিবদা হনজিল্লক্কনি হায়বসিদা চীংনবা ফাওরবা লৈবাক অসিগী ফিভম অসে ওইহনবদা পাকপগুম্বা কয়াগী খুৎ য়াওরীবনি। অদুনা অচুম অরান খিদনা শেলগীদমক থবক তৌরীবা পাকপগুম্বা কয়াবু য়েংশিল্লীবা কাংবুশিংনা মাবু মাঙহনখিবা হায়বসে অচেৎপা মখোয়গী ফিরেপনি।

লৈশেমলোইশিংনা পাকপাবু মীৎয়েং চংলকপা অমদি অচেংবা ভানজা ঙাইরকপা কুমশিং য়াম্লকলবনি। ঙসিগী থেংলবা চীল্লবা অহীং অসে মথৌ ফরকই। লাপতকনা হুই খরাগী খোঙবগী খোঞ্জেল হেনগৎলকই। অহীংগী অচীকপবু তাম্থা নাইহল্লীবা অইংবা নুংশিৎ মরক্তা কান্নুক্কী অহৌবা খোলজেল খরা চাইনা নিল্লকই। মহৈ-মহৈ লাঙনরকই মী তিন্নরকই পাকপাগী শুমাং কোম্প্লোংদা। ঙৈহাক্কী মতুংদা হৌনা-হৌনা কপখৎনরকই। অহীংশিনা পাকপগী অরোয়বা অহীং ওইখ্রবোই। মশাদা মরু তরেৎ পানবগী মমী তাই। শ্বার হোন্দ্রবা হকচাং অদুদৈ মনীং তম্না অঙাং মচুশিংনা ঈচেল নাইরী। অপোকপীদি ব্রানথখিবদগী ইশিং থান্নরী। তম্বা ঙমদবা মীওইবগী পুন্সিনি, থংনবা মীকুপ্তা করিবু লোৎতুনা লৈরীবা নঙ-ঐ-মানা খঙবা উবা ঙমদে। পাকপগী মপা মচাগী ফিভম অদো উবদা মচেৎ-মচেৎ কিম্থরক্লবা ফক্লাংগুমখ্রে। পেন্দবনা-নিংঙমদবনা লেনগুম হৈথারক্কী মকোকথক্তা। অমম্বা মরক্তা মঙালগী মশেক অমা উরকই, মঙালদুনা মমী তল্লকই মপানা মচা নুংশিবগী শক্তমশিং, মচাবু নুংশি হায়দুনা মানা হোৎনখিবশিং, লান্না লমজিংখিবশিং। মহাক্কী অত্মানা মখোল হৌনা হৌনা লাওরকই "নচাগী শীনবগী লম্বীদি নহাক্কা য়াৎপনি। নচাদি শীখিবা কুইরে, মাগী পূক্লীংদা মীওইবগী লীচৎ হোংখিবা নুমীৎতুদা মাদি শীখ্রবনি, ঙসিগী অসিদি মশা ভুহনবনি। নতিক নপা চাদনা, নচাবু নুংশি হায়দুনা করিগী নচাবু লুপা লীচা খরাদুদা য়োল্লুরী। নচাবু লাল্লোন পোৎ ওইনা শীজিন্নরী মী হাৎহন্দুনা, মীরল হুরানহন্দুনা শেনদোং তাল্লুরী। শীঙমদনা শীহনখ্রবা থৱায় কয়াদুগীসু থৱায়শিং লমন খুন্নকনবা লৈরমগনি

হায়বা করিগী খন্দে। শেলগী ময়াইদা থব্রায়গী মমল লৈহন্দবা করিগীনো? লৈবাক ইরাং হৌহনবা, লৈবাক ব্রাথোক ওইহনবা, মমাওইবীশিংনা মপান থোকখিবা মচাশিংগীদমক মীপাইজবা, শীবা-চংবা তম্বা ঙমদ্রবা মীওই পুন্সি ওইহল্লীবা পূন্বগী মরালদি নঙগুম্বা মপাশিংগীনি, মপা খুদিংমক মচা নুংশিবদি হৌনশানি, মসি ওইদুনসু মচাবু হেন্না নুংশিবা উৎতুনা অশী কোমগী মরাল লংজহনগনু। মখোয়দা থৌনা পীদুনা মশানা ঙমজবা থবকতা পূক্নীং থৌগৎপীয়ু। মশানা মরোমদোম লেপ্পা ঙমহল্লু। নচাবু য়োনবগী থবক্তী লেপ্লো নত্রুবদি ইরমদম্‌সে নোংমদি উফুল-ব্রাইফুল শাবদি শোইদ্রে"। সনাজাউবা ঙসিতা পূক্নীংগী মীৎ পাংলকই।

# মফোন তাখে লাক্লগে

ইলান লানজদবা ইচম-চমজবা মী অমবু ইলাই লাইনা অঙাওবা শেমগে নত্ত্রগা শান্নগে হায়না খল্লদদি থাজহনবা নত্ত্রগা নুংশিশন্নবা তাই। লীনথোইনা খ্বাইদগী হৈনদবসু অবীকপা নুপা হায়বসিনি। অবীকপা নুপাবু থেংনরবদি মা লেমনা খক থাদে, চুদগী মেচিন্না মহী শুমদোকপগুম শুম্বমখৈ নৈখাইবীনি। পাখং অরীকপা কয়া মাগী মখুৎতা তুখ্রবনি। অদূবু মশক-মতৌ লম্য়ৌবীনিনা মখোঞ্জেল খোইথুম্নবনিনা খোইমুগী অৱাৎপা হায়বদুমদি লৈতে। গুসিদি মাগী নুংশি লাংদা নিংথৌ কন্না থুরী। নিংথৌসু মশা নিংথৌনি, নিংথৌগুম থৌনা লৈবনি খনজবা মীতানি। হন্দক্কী লীনথোইগী লাক্লরোইসে উবদদি খরা পংতক-শুতক তৌনা উই। শেনয়াম পায়বা ইমূংগী মচানি। মখুৎতা শেল ৱাৎতে। অদুবু মতাং চাদনা লীকশিনবা মতৌদুদা লীনথোই নিংথৌবু মফোন তাখে লাক্লরগে হায়না মমোন্দা নিংলক্লে। নোংমা সোপ্লীং কমপ্লেকসতা কোয়রুসি হায়দুনা পুরগা মমল অতাং-অতাংবা ফিরোলশিং খনজিন্দুনা নিংথৌবু মকোক শাহনবা হৌরে। নোংমত্তা অদুক যাম্বা শেলদু শিজিন্নবা তৌরক্কবনা নিংথৌ মকোক শারকই, অয়াওবা

শেলথঙে লোইনা তেংলক্লবদা কোকচাউবী কারকই। লিনথোইদা ওনশিন্দুনা হায়বসু ঙমদে। নুংদি নুংশিরুরবনিনা লৌদি লৌনিংই, লৌনিংলবনিনা লীনথোইনা হায়বদু তৌদবা য়ারক্তে। লীনথোইসে অঙাওবীনি হায়বা খঙজিল্লকপগা লোয়ননা করম্বা মতমদা করি হায়রক্কনি হায়বা তম্বা ঙমদবনা নিংথৌ মতম চূপ্পদা মশাদা লীশিং মরী-মঙাদি লোইনদুনা চৎপা হৌরকই। লৈশারীঙৈদা নুপীনা চাউই, লৌনিংলবদি চাউহন্দবসু য়াদে হায়নবা মমান্নবশিংগী ব্রাদু মহাক কাউদে। হোটেলদা চংদুনা অচাপোৎ চারবসু অতাং অতাঙবদা লৌ লৌদুনা চায়। নিংথৌ লীনথোইগী অদুগুম্বা মনিং তৌবা মতৌদুদা শাবীং হৌবা লেপতে। লৌমিশিংগী পোইনু থাগুম্না নুংঙাইরবা খুনুংঙাইদু লিনথোইগীদি নিংথৌনা ওইরী।

"লীনথোই ঐ নঙোন্দা হায়নিংবা খরাদি লৈ, অদুবু হায়দোকপদি ঙমদে, অশোনবা হায়গদ্রা নত্ত্রগা অকিবা হায়গদ্রা, ব্রাখল অমনা কন্না ঐবু পুন্দুনা থল্লী।"

"অদুম্না করিগী লুনা লৌরীবনো? লায়থোক- ও"

"অদুদা!"

"অদুদা! অদাদা! করিমত্তা হায়রনু, ঐগী সনাগী লীক অমা শাবীনি হায়বদু কৈদৌঙে শাবীদোইনো? চীনবালগী ব্রাহৈতনা শাবীদৌরীবরা? নত্ত্রগা কোনশঙদা? ঐগীদি হায়রীবসিনি শাবীনি হায়খ্রবনিনা শাবীদবা য়ারোই।"

লীনথোইগী নিংঙাইদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা নিংথৌ পু-হন্দুনা সনা মোহোর অহুমগী লীক অমা নমদুনা শারে। লীকতু মখোয়নীনা উন্নবা খুদিং শীদুনা মতম খরদি লীনথোই নিংথৌগী ব্রাখল নুংঙাইহল্লী। নিংথৌসু নিংথিবী লীনথোইগী শক চুগা চান্নবা ঙৌনা ঈ থাংবা ঙকশমদা শীরীবা লীক্তুনা হেন্না নিংথিহল্লবা শক্তমদু উবদা হেন্না মপূক্লীং চাউথোকই।

উন্নসি হায়নখিবগী মতূং ইন্না লীনথোই নিংথৌবু ঙাইরি। হায়নখিবা পুংফম হেনদোরকপদুদা লিপ্থোই মপূক্লীংদা লৈতদবা হেল্লকই। মায়কৈ লৈ-লৈদুনা য়েংবনা মঙকশম মরীদু নাবা ফাওরক্লে। লম্বীদা চৎথোক চৎশিন তৌরীবা কয়ানসু লীনথোইদা য়েংবা-ও, লকন্নরকপ-ও করেম্নরকপ-ও কয়া-কয়া য়াওরকই। লীনথোই মপূক্লীংদা করিগুম্বা খরদি শেম-শারে হায়বা মাগী মায়থোঙগী মচুদুনা ইরায় লায়না উৎলকলি। নিংথৌ ওক্তো তোংদুনা লাকই। মপা য়ৌবগা খামহন্দুনা কুমথরকই। লীনথোই

মহাক শাউরে হায়বা উৎনবা উশিন্নদে লৈথোকই। মতৌদুদা নিংথৌ খংঙি মহাক খরা থেংগ্নে মদুগী লিনথোইসে শাউরে হায়বা। লিনথোইগী মনাক নকশিন্দুনা,

"ঐসু নংনবা লাকপনি, মতাং চাদনা গাড়ীদুসু য়াশিল্লক্লদুনা শেমফমদা ইন্দুনা পুরুরে। ঙৈহাক য়ারগদি হায়দুনা শেন্বদু ঙাইদুনা লৈথোক্লুরে অদুগদি য়ামল্লক্লবদুদা ঐ অদুম ওক্তোদা তোংদুনা লাক্লবনি। নঙ খরাবুদি ঙাইরে হায়বা ঐ উবা ঙমলে। শাউরনোসে মীশিংসিনসু ঐখোয়নিদা য়েংনরীসে, ঐ ইকায়রক্তৌরে চৎনবা তৌরসি মফমসিদৈ"

'চৎখিরোই লৈখিগদৌবনি। ঙসাইদগী ঐনা নংলীবা ইকায়বসে নঙসু নঙবা তাবনি। ঐদি ইথন্তনি, নঙদি ঐখোয়নীনি, কনানা হেন্না ইকায়রমগনি"
(মমোন্দা খল্লী ঙসিদি নঙ মফোন তাখে লাকনগে)

মীকুপ খরা মখোয়নী ব্রা-লাংগা ঙাংনদনা মানা-মানা থোকপা তৌনদুনা লৈনৈ। মতৌদুদা হেন্না-হেন্না ইকায়রক্লুনা নিংথৌ-

"য়ারে হাযবনে লিনথোই, চৎলসে ড্রামাদো মফম অমদা তৌরুরসি, ঐ য়াম্না হৈনরক্লে তৌবীসে!"

(মীৎচীনা হাইরপ য়েংলগা) "কদায়দনো চৎসি হায়রীসে?"

"মফমসি নত্তবা নঙ চৎনিংবা মফম অমদা হেক্তা।"

লীনথোই ঙসাইদগী মঙোন্দা থম্মোয় লেল্লম্না মনাক নকনা খামদুনা লৈরীবা রিক্সো থৌরীবদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হংঙি,

"শিংজমৈ শুপর মার্কেট ফাও চৎপদা লুপা কয়া লৌগনি"

"লুপা কুন্দী লৌগনি।"

"কুন নত্তে চাম্মা পীরগে, চৎসি য়াব্রা?"

"মশক ফজবী পুনিংদবা কনা লৈরম্লোইদা!"

"অদুদি পৈশা লৌদনা পুরগে হায়রীরো?"

(হাইফেৎ নোক্লুনা নুপাদু) "নঙদি শাথী হে!"

শীংজমৈ শুপর মার্কেট য়ৌরবা মতূংদা নিংথৌদা ওনশিন্দুনা লীনথোই য়াংনা থম্মোয় শুম্না মীনোক নোক্লদুনা হায়রকই-

“লুপা চান্মা পীবীখ্রো, ঐনা পীগনি হায়না হায়দোকখ্রে” (লুপা কুনগী মহুৎ চান্মা পীয়ু হায়বদুদা নিংথৌ ব্রাখল লাংতকনৈ, ফুরীৎখাউদৈ লুপা চান্মা চৎপী অমা পুথোক্নুনা পী) “য়ারবরা নুংঙাইরুরো!” (লীনথোইগী মতৌদুদা রিক্লো থৌবদু মমোন্দা খনজরকই, ‘নখোয়গুম্বা মরী-মঙাতং নুমীৎ খুদিংগী ফংজরবদি’ মায়থোঙ মকা লাম্না চৎখি)

“লীনথোই নঙনা তৌরীসে করিনো ঐ ভাব তাদ্রে। করিগীনো নঙনা লুপা কুনগী ভারাদা লুপা চান্মা পীগেনা হায়রুবীবদুবু?”

“শক্তাদু নুংশিরক্তবা, মাগী রীক্লোদু থৌগেদি হায়দ্রদনা মথৌ লৈতবগুম ঐনা ইতোন্তা লেপ্পুনা লৈবদু উবদা খামজিল্লগা, নুংশি মীৎয়েং কারনগা চল্লকইয়ে। পারা অমা ঙসিদি তম্বীগে হায়দুনা তম্বীবনি। রীক্লো থৌবা লাকপনিনা রীক্লো থৌ হায়দুনা মাগী রীক্লোদুদা তোংশিনবীবনি, অদুগা লুপা চান্মগী ব্রাফমদুনা, ঙসাইদগী ঐঙোন্দা লেন্দুনা মাঙহনখিবা মতমদু মতুংদদি মাঙহনগনু, ঙসিগী ওইনদি ঐনা ফুগৎপীরগে হায়না ফুগৎপীখিবনি।”

পোথাফম অচাপোৎ অহাওবা চাফমদুদা ফম্মীন্নদুনা, মহৌশাগুম মনিং তম্না য়েনগী অচাপোৎশিং চারী। অচাপোৎশিংদু চাদুনা ব্রারী শান্নরকপদা পুক্লীংগী ওইবা ব্রাহৈশিং মরক্তা হায়বকই নিংথৌ,

“ঙসিদি নকশিন্ননা ফম্মীন্নসিদনা, ঐখোয়নীনা অসুম্না লাপনা লাপনা ফম্মীন্নর্বাস য়াম্না কোইনবা মাল্লী। অমনা অমগী পুক্লীং ব্রা খংনবা হায়বসি মরু ওই। ঐগী মীৎসিনা নঙোন্দগী করি পাল্লী হায়বসি নঙসু খঙবীবা য়ারবনি।” (হায়না হায়না নিংথৌ লীনথোই মখুৎ পায়)

“ঐ অদুগুম্বদু হৈনদে, পামসু পামদে। (মখুত্তু চীংথোক্লুনা) নঙনা ঐঙোন্দগী অদুগুম্বদু অশা তৌগনু। চুম্না ফম্মীন্নসি নক্তবদি ঐ হৌগত্তুনা চৎচখিনি।”

ব্রাহৌদুদগী মখোয়নীগী মরক্তা মরৈ কনশিন্নরকই। লীনথোই হৌগত্তুনা মপান থোকখি। ইকায়বা নংবদুদগী শাউনিংদুনা নিংথৌ লীনথোইবু তান্নরকই। লীনথোইগা মবানী পীশুমথোঙগী ময়াইদুদা চীংনা ফানরকই। মযাম্না কোয়েং য়েংনরকই। নিংথৌনা মরৈ কনশিল্লকপদগী লাকনা চীংনবদা লিনথোইগী ঙক্তা শীরকপা সনাগী লীক্তু তুরেলদা তাশিনখি। লিক্তু তুরেন্দা তাখিবদু নিংথৌ শ্বর ফুনঙৈ য়েংলিঙৈ লিনথোই ওক্টো তোংদুনা চৎখ্রে। নিংথৌ খোইশাউননা লৈহৌই।

মতম খবাগী মতৃংদা লীনথোই নুপা অমদা মযৃম পানখ্রে। মযৃম পানখ্রবা মতৃংদা নিংথৌনা শাবীখিবা সনা মোহোব অহৃমগী লীক্তু য়েংদুনা মোমোন নোকই। নিংশিংলকই থাওইনা লীক্তুগা মান্নব অমানবী অমা শাদুনা নিংথৌগী মমাংদা অমানবীদু তুবেন্দা খোর্দাখিবদু। অবীকপা নিংথৌগী মবল তিংথোকহনখিবদুনি মহাক্কা লান লোং। লীনশু হাৎপা চৈশুসু তেক্তবা মাগী লানলোংদু মহে যানবগী মহাক নুংঙাইজবকই।

# নুমীৎ তাখিবা

ফল্লাংনা মচেৎ-মচেৎ কিন্থরকপগুম, থানিলগী যুম্বাল পুন্সিসু নোংমা-নোংমগী কাং-খোঙ চাইবা হেনগৎলকই। অসিগুম্বা থাজদবা খংহোং হোংলক্লীবা মতৌশিদা মহাক খাঙবা ঙমদে। তাইনরুবসু কনাদা তাইনরুনি, মশামক্লা শেমগৎচবা লৈরাংদুমক্কী তিংখণ্ডদুমবক্ননী থুম্না থম্মোয় ফাওনা থিল্লরিবা। ইজ্জৎ লৈনা হীংজনিংবা থানিল তৌনিংলবসু করিদুদি তৌরুনি মখোঙ-মখুৎতি পুনশিল্লীবনিনা। মীগী কুম্মৈ ওইহনবসু হৈনজদে, নোংথক্তা শিংকৎখিবা তিন মায়দা অমূক তারকই হায়বসু মহাক ফজনা খঙভী। মহাক মহাক্কী নুপী থাজবুদি থম্মোয় খোইদনা নুংশিজবনি। মহাক্কী হৈনবক্লবা লীচৎতুদনি মহাক্লা খাংঙমদ্রিবা। লোৎনা খরা ফোংনা খরা, নুংশিনা খবা শাউনা খরা কায়ারক চীলোৎনখ্রবনি। নুংশি নুংশিরবা থম্মোয়গী ভান্থাদা কয়ারক তিলহনখ্রবনি অদুবু ফাখ্রবা ঈশৈ কাউবা ঙমদে, নোংমদি শোইদনা ঙংলকই হায়বদু মতাই মতম খরা ইরোলনুংদা ফুনজিল্লুববা থাজগী পুন্সিগী মশক অদু অমুক হল্লকই। অমুক নৌহৌনা হীংগৎলক্লীবা থাজগী মতৌদুননী থানিলগী যুম্বাল পুন্সিবু কাইথহল্লক্লীবা, মাবু খাঙবা ঙমহন্দ্রীবা!

ইম্ফাল সহর ময়োন্দা হৌরকপী, মচু-মচুগী মখল মথেল শঙ্গা লোইনরকপী থাজ, এ সো সনাচাউবগী অহুমশুবা মমোমনি। পীক্লীঙৈদগী হৌনা ইথক ইরাংদা চাউরকপী, লাইরিক লাইশুদা হাকৎচরকপী থাজগী পুন্সি নোংমা নোংমগী অমম্বগা শঙ্গা ওইরকই। শঙ্গানা মীবু চীংথৈ হায়বগুম, শঙ্গনা মাবু নিশাদা লাইচুহল্লকই। ইথক-ইরাংগীদমক অকাম্বা ফিজেৎ শেৎ-চাদুনা মপানগী লৈরাং থম্মোয় কয়াগী চান্নবী ওইরকই। মহাক মহাক্কী অপাম্ববু ফংহল্লবদি মখোয়না লৌনিংবা মঙোন্দগী লৌখিবদা মহাক করিসু নাচুংবীদে। মদুগী মহৈ ওইনা মহাক লৈশা-লৈশানা খোইজিখাদা পোৎলুম পুরকই। নোংমা নোংমনা অসুম হৌখ্রিমখৈ মহাক্কী মশাদা অহোংবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। মমৈদদি লোৎপা য়াদনা ইমুং মনুংনা খঙলকই, মৈরীদু কুপতুনা থম্বা য়ারক্তে। মৈরীদুনা মৈরাইরক্লীবা থাজগী ইমুং-মনুং মৈথক্তা ঙৌদুনা হীংবগুম ওমচাক্লরকই। মচা নিঙোল তনৌ-তনৌবীদুনা মফম মরাং খঙদবা কনাগী তৌহৈদ্রবা ঈ নাউকোন্দুনা লাক্লবদা করম্বা মপা-মমানা চনীংতনা লৈবা ঙম্লমদগে অদুবু পুন্সিসে নুংঙাইবগী মচৎ য়াওদনা মদুসু ওইনিংবা ফিভম ওইসনু, নুংঙাইববু ফংলবদি মদু পুন্সিনি খনজবীবা থাজনি। মহাক ফৎত্রবা পোৎলুম পুরবসু মদু করিসু নত্তে নেচরেলনি খনবগা লোইননা, পুন্সিগী নুংঙাইবা থীবদা থেংনবা শরুক মচেৎ অমনি নিংই। নুংঙাইবা য়াওদ্রবা নহা ওইবৈ পুন্সিদি পোৎলুম অমনি হায়না মহাকনা লৌই। অসিগুম্বা মোৎ চান্নরক্রবা মহাক্কা ইমুং-মনুংগা তত্তনা খৎনা-লাওনা চৈনা-ঙাংনবদগী নোংমদি অহীং অমা মহাক ময়ূম থাদোক্লুনা থোরকখি। থোংখোঙ অমদা য়ু থক্লনা মোন্দ্রংদা তাওবি। চেন্থবী ইমায় চোল্লবা তুরেল ইচেলদুদা পুন্সিগী পন্থুং থিরী। য়ুগী ময়ায়না হেনগৎলপগা ইমুং-মনুংগী নুংঙাইতবা ৱাখলগী কোকথোংনরীবা পোৎলুমগা পান্নখিদুনা খুৎপায় চাহৌদবদগী তুরেলদা য়ুংশিনখি, কল্লবা ঈচেলদুনা মাবু চেন্থখি।

লাইবক থিবা হায়গদ্রা? লাইবক ফবা হায়গদ্রা? থাজা তুরেল ফিবাল অমদা তাদুনা লৈবা নুংজাউ অমদা পন্দুনা মীকপ থোরকপদা লৈরম্মী। নোংঙাল্লকপগী উচেক-ৱায়াশিংনা মাযকৈ শিন্থুংনা খোঙলকই। ইকান কান্নদনা নোংপোক্তগী সনা মচুগী মশেক মঙাল চাইথোরকই। মহাক হৌগৎকে তৌবদা খঙলে মহাক্কী খোইজিখাগী পোৎলুমদো কায়দুনা শিন্থখ্রে হায়বা। শেৎলীবা ফিশিংদু ইচু চুবতা নত্তনা চীকপা-নাবা লেংবা থিনবসু হেনগৎলকই। অকি-তুজুংনা থল্লবা চৈনা খাংলিবা ফিভমদু অয়ুক্কী ৱাকিং হল্লকপা থানিলনা উরুই। ফিভম তমথীরবা,

উবদা হঙ্গোইবা ফাওরবা, উপাই লৈজদ্রবী মায়থোঙ লোয়নরিবা পুন্সিদু উবদা থানিল তু চুংঙি। থিস্থবা তৌদনা অনকপদা লৈবা অনা লায়েংশংদুদা পুখৎলি। ফিভম খরা ফগৎলকপা মতৌ উবদা হনখিনবগী খঙহন চে পীরক্লবসু ডোক্তরনা, থাজনা লৈফম তাক্তবনা থানিল ময়ূমদা পুদুনা থম্বা তারকই। অচংবা খরচ পূম্বা পুথোকপতা নৎতনা ময়ূমদসু শৈদাংহল্লরী। কনাসু থোকন্দ্রবী থাজবু থানিল। মহৌশানসু থানিল পুকচেল য়াম্না পাক-চাউবা, মীনুংশি য়েনবা হৈবা, নুংশিবা উৎপা ঙম্বা, উহৈ নত্তগা লৈরাংগী লৈশক-লৈনমগা খেৎনবা লৈতে। করবার মচা মচা হোৎনদুনা পুন্সি হীংননবা লানথেংনরীবা মীশকনি থানিল। মহাক মীওইবগী খ্বাইদগী থান্নয়াদ্র মরুপ অৱাবা হায়বা পোৎশক্তো মশক মুন্না খংঙি, মরমদি মহাক ফিভম চাদনা হীংলকপা লাইরবা হায়বদুগী খম থেংবা পনখৈ অদুদা খোঙনেৎলক্লবনি। মহাক মীওইবগী হকচাংদা ফাওরীবা চৈফমগী চৈনা হায়বদো মশক মুন্না খঙঙি মরমদি মহাক্কী মপা কেন্সর হায়বা তমথিরবা খাঙঙমদ্রবা চৈনাদুনা য়োৎখিবনি। মমানা ৱাখল লৈনাগী চৈফমদা মায়থিখিবনি। অদুনা মীওইবগী অৱাবা, চৈনা উবা মা ঙমদে, থিংঙমদনা ফাঙমদনা মশাগী খুৎ হেক্তা তিংথোকখিবা ঙাক্তনি। পীবা ঙম্বা তেংবাং, মতেং মানা হেক ঙম্বমখৈ পাংঙি। পেনবীদুনা মীওইশিংদুনা নুংশিবীরম্বা, পূক্লীংগী অপেনবা ফোংদোক- পীরম্বদুনা খরাইদা ঙৌদুনা লাইওনশ্রবা মমা-মপাগী খাঙঙমদ্রা চৈনাশিংদু লাইরমলেন্দা খরাতা ওইরবসু হন্থরমগনি হায়না থাজৈ মহাক। মহাক্লা চেৎনা থাজৈ, ইশাগী অৱাববু হন্থহন্নবা হোৎনগে হায়রবদি মীগী অৱাবদো হান্না হন্থহন্নবা হোৎনৌ। মীদুনা মাগী অৱাবদু কোক্লা মতমদা, হরাও মায়থোঙ উত্তুনা পীরম্বা নুংশি ৱাহৈ, চানবী ৱাহৈশিংদুনা ইশাগী অৱাবদুসু অসুম ময়েং তাহল্লক্কনি।

মীরোল লোল্লমদ্রবা থাজ মীনুংশিখাদা থানিনগী অমদি মহাক্কী হোৎনজবগী মতৃংইন নোংমা-নোংমগী ফিভম ফগৎলকই। মীওইবগী ফিদম্লফমদি মীওইবগী লমচৎনি হায়নবগুম, নিয়ম কায়জদবা ফজবা চমজবা, মীনুংশি চাউবা নোলুকপা অমদি ইং-তঙ্পা থানিলগী মগুণনা নোংমা-নোংমগী থাজগী মাংথরুরবা, ইচাই-চাইরুরবা, লমহাংনরুরবা পুন্সিবু খজিক খজিকতগী পুংহোং হোংহনখি। হৌজিক্তি থাজা মৈতৈ নুপী অমগী চপ চারবা ফিদম্লফম ওইরবা শক্তম অমদি হৌনা-লোনচৎ খংলবী, খোন নুংশিবী অমা ওইরকপতা নত্তনা নোংমা-নোংমগীসু লম য়ৌনা ফজরকই। মতমগী ইচেলনা য়াঙনা চেল্লীবগী হৌনশা মখোয় অনীসু নকশিন্নরকই,

অমনা অমগী পূক্লীং ব্রাখল মশক খঙনরকই। ব্রাখল, পূক্লীং থম্মোয় তিন্নরকপদগী মখোয়নী যূম্বাল পুন্সিদা খোঙদামীন্নখি। অসুম্মা ইং-চিকনা চহী মঙা কল্লপ যূম পানমীন্নরবা তুংদা মচা নুপী নুংশিবী অমসু ফংজরে। অদুবু নোংমা ইখং খংহৌদনা ঙাক্লীবা অতিয়াদা অমুবা নোংপুবা লৈচিল মপৈ অমনা খংহৌদনা হুমজিল্লক্লুনা খনজিল্লকখিবনি। কৈথেলদগী চাকখুমগী পোৎ-চৈ লৈদুনা হল্লকপদা থাজনা থেংনখিবনি অদুঙৈগী মহাক্কী নিশা অমদি লৈরাং লৈনমগী খোংবুরোইশিংদুগা। মখোয়না মহাকপু উবদা কোইশিন্দুনা হৌখ্রবা মখোয়গী নুংঙাই-নুংঙাইরবা মং লৈবাক্কী ব্রারীশিংদু লিদুনা, থম্মোয়নুংদা ফুমখ্রবা মৈগী চীংদু পোখাইরকনবা মীহৌহনখিবনি। অহীং খরা অহীং তুমঙমদনা থাজ ব্রাখলদুগী ইরৈদুনা লৈ-লৈদুনা চিংশিনবা হৌরকখিবনি। ফাখিবা ঈশৈগী শুর নিংশিংলক্লবদা ঈশৈদু ঙংনিলকই। কায়খ্রবা সুর তাল শেমজিন্দুনা ঈশৈদু অমুক নৌহৌনা ঙংবা হৌরকই। অরিবা শঙ্গাশিংগা লোইনদুনা অরীবা লমচৎ-শাজৎ, চীনজাক চাবা হৌরকই। লু তুংদা চুখ্রবা লমচৎতি পুন্সি অসিমগী ওইরবনি। শীদ্রিফাওবা থব্রায়গা থান্নররোইদবা। মহাক নোংমা-নোংমগী থানিল খঙনা অমদি খঙদনা নুংঙাইরবা মংলৈবাক্কী ইপাক্তুদা তাউররী। তপনা তপনা মাগী পুন্সি হীনাওদু মংলৈবাক্কী ইথক্তা তাওদুনা মাংলবা পুন্সিগী ইয়াই-ইপাক্তা তপনা হোনজিনবা লেপত্রি।

থাজ মপুরোইবগী মরন-মথুমশিং অসুম-অসুম উচি চাকহোনগুম হোনখিবনা ঙসিদি পুমতাক তাক্লবা ফিভমদো য়ৌরে। ফিভমদু থানিল খাঙবা ঙমদে, খাঙবগী পনখৈসু লোইরক্লে ঙসিদি। কয়ামরক হন্না হায়খ্রবনি, থেম-নৌদুনা, চৈ থাংদুনা, অচৌ মচা পূম্নমক্কী লানজাউ হৌদুনা অদুবু করিসু উপাই লৈখিদ্রে, তাবীগদৌবা, ইনবীগদৌবা, লীচৎ হৌবীগদৌবা মহাক্না তাররোই, ইল্লরোই, হোংলরোই হায়না লেপখ্রবদা। অনম কনবী অমদি মরীন খাবীগী খুদমগুম্লবা থাজগী মতৌসে উরগা থানিল থানুংদা কপচবা নত্তনা উপাই লৈতে। লোয়নসি শারু থাদোকসি শাদোং, তারবা থাজগী পুন্সিনি থানিলগীদমক্তদি। ফরবসু-ফত্ত্রবসু থাজ মহাক্কী নুপীনি, ইজ্জৎনি, মমীনি, থরাযনি। লুকমাইদা হাপ্তুনা য়োনলুবসু য়াদে। খাঙবসু করম্না খাঙগনি হায়বা মহাক খঙদে, তত্তনা চৈ থাংঙি, নুংশিবা মতৌদা নুংশিনসু হায়,

"থাজ নঙবু ভাব খজিক্তংদি তাওনে, ফিভমসে য়াম্না তমথিরে, এঁসে কনা নত্তে নঙগী নপুরোইবা ওইবতা নত্তনা মরূপ অমসুনি। য়েকনবমক্কী নত্ত্রেদনা!

ঐনা কৈদৌনুং নঙবু নুংঙাইতনবা তৌরোই। ঐনা হায়বসে মুন্না তাও, নঙসে নুপীনি, ঐগীনা লোইনবী ওইরীবীনি, থব্রায়নি, অঙাংশিগীনা মমানি, ইমুংশিগীনা ইজ্জৎনি। নঙনা অদুম্না নিশাদা লাইচুদুনা ঙাউদুনা লৈপ্রবদি খল্লু ইমুংশিগী ফিভম করি ওইরক্কনি। নঙনা অসুম্না নঙগী নশাগী মপু য়ামহল্লবদি খল্লু ইমুংশিগী ইজ্জৎ করি ওল্লক্কনি। ফরে ঐগীদি খনবীদ্রবসু নঙ খল্লু হয়েং নঙগী নচানুপীগী তুংগী পুন্সি করি ওইহৌগনি?"

(ব্রাহৈশিংদু তারবা তুংদা শোম্থাংনবা খোনজেলদা থাজ) "ঐসে চন্নদ্রবা, হীংবদা মতিক চাদ্রবা নতোন চবী শুলাপ হায়দুনে। ঐসু খঙঙী ঐ অমা সোইনরুবদগী নহাক্কী ফজখ্রবা পুন্সিবু চাথৎতুনা মশক থীহল্লে। ইশাগী লীচৎ ব্রারকচবা ঙমদ্রবা, ইশাগী অপেনবা খরাগীদমক পুম্নমকপু থৈয়াইনরবা ঐগী পুন্সিসিনা নহাক্কা মতম খরা লোইনজবা ফংজরুবা লাইবক ফবী ঐগীদি নোংমদোল সোরারেনবু ইখুৎনা শোকপা ফংজবনি। অসিগুম্না নুংঙাইজবশিবু থাশিদগী লীখৎচরকপা পুর্নিমা থাজাদুনা ফংলমগদরা? নহাক্না কয়াদা ব্রাজবা ঐগীদমক, ঐবু অরংবা ইপাক্ত শাৎপা থরো-থম্লালগুম অশেংবা লৈরাং ওইননবা হোৎনজবা ঐসু খঙঙি। ঐবু লাইশংগী লৈতেং ওইহনবীবা, ঐ পেন্দবা ঙমদে। অদুবু মদু খঙনা খঙনা ঐ ওইজবদি ঙমদ্রে। ঐগী পুন্সিদি অঙাংবা কুরাও-মপালনি, থম্মোয় থোংনাও য়ামগনবী ঐদি অঙাংবা কুরাও মপালগী পুন্সি নত্তনদী করিবু ওইরুখিনি, মী মচা ঐনা ব্রাখল অচৌ-অচৌবদা তাউদুনা ব্রা-চাউনা-চাউনা ঙাং-শক্লীবসে, ময়াদা তাউরীবনি, ঐ ইশানা ইশাবু শোইদৎচরীবনি হাইবসু ঐ খঙদবা নত্তে। পুম্নমক খঙনা উনা ঐ-নহাক্কী তাইবং পুন্সি খোঙচৎতা অমুক হন্নকপা ওন্নরোই। ঐ নহাক্কী পুন্সি লম্বীদগী ফনা থাপতোরক্লে। ঐ ঙসিদগী নহাকপু থাদোক্তুনা চৎখ্রগে! নঙগী পুন্সিদা ডাকফম অমমুক পীররোই ঐবু য়াথং পীনবীরো" (মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্মী থাজ)

(থানিল শোর হোন্দুনা) "থাজ করিনো নঙনা চোইরোল লোল্লীদুবু, নঙগী ব্রাদো ওইথোকপা য়ারোই। ঐনা নঙবু করম্না নরক্কী কোমদা শীজরুরো হায়দুনা লংথরশিগে। ঐসে নঙগী নুপানে, নঙবু লায়েংদুনা নঙবু ঐগী পুন্সিদা অমুক হন্না তিন্ননবা লম্বী অমা ঐ শোইদনা থীগনি। নঙ ঐবু থাজৌ।"

(মীৎয়েংদো থানিলগী মীৎয়েংদা য়েংলদুনা) "নত্তে, ঐবু অমুক হন্না খান্নগনু, ঐবু শেমদোকপীবা ওইথোকলরোই, ঐগী লায়নাসে মপৃং ফাখ্রে।

অবোইবা ওইনা ঐনা চৎলমদাইসিদা ঐগী ইচা থোইবীসে, মমাগী অৱাৎপা মশক খংহন্দবা হায়দো ওইহনবীযুকো' ঐগুম্না লমকেৎ লমহাইবা, হাযবা ইন্দবা মচাদি ওইহনবীগনু, নহাককুম্বা গুণ চেনবা ওইহনবীযুকো ইচাথোইবীসে' ঐ চৎলগে ... ঐ চৎলগে ... "

"থাজা নঙবু কদাইদনো .... নুমীৎসে তাখিদৌবে ... ঙাইখু ও'"

"নুমীৎ তাখিবদা কবিগী কিকর্খান ঐগী পুন্সিগী নুমীৎতি তাখিবা কুইবে ..." (চৎখি)

"থাজ নঙবু কদাইদনো ' (থাজ অসুম অসুম মীৎযেংগী মাংদগী তামখি, তাবকপা নুমীৎকী অমম্বা মনক্তা মাংখি) ও' ওঙ্লোকপানদা থাশিগী থাজবু পুর্নিমাগী থাজান খনজকবা ঐগী বাখল চোইজাইনবে। থাজ নহাকপু কদাযদনো মহাকপু কবমনো'" (থানল মচানুপী থোইবীবু খুৎশমদুনা' থাজনা চৎখিবা মাযকৈবোমদা তাদুনা লৈহৌবা খোঙ্গলদুদা গেংদুনা লৈহৌই।

## শোইনাইরবা

চীংনবগী মীৎয়েংখাদা ফাদুনা পুখিবা য়াইফবা, ঙসিগা থানা মঙানি শুবা নুমীৎতা নুংশি হৈতনা য়েংবা ঙমদবা মওংদা হাত্তুনা হুন্দোক্লম্মী। মশাদা তমথীনা ওৎ-নৈরবা মতুংদা নোংমৈনা কাপত্নুনা হাৎলগা চীংয়া অমদা হুন্দোকলম্বনি। পাউশিনা পুমনিল নিললরে। লালহৌবগী পাউ পুথোক পুশিন তৌই হায়দুনা এ আরনা ময়ূমদগী ফাবা য়ানবগী চে পীরমদনা ফাদুনা পুখিবনি। মহাকপু কৈদৌবগী করম্বা মরালগী হাৎলীবনো হায়বা তংনাংবা ব্রারোলসু ফোংদোক্তে। শিরীবা মরাল অদুদি ব্রাহম্বোক চেনদে. চীংনৈ হায়দুনবু মরাল ময়েক শেংদনা মীবু ফাবা পুনবা, ওৎ-নৈবা. হাৎপা হায়বসি নিয়ম নত্তে। অদুবু ঙসিগী মতমসিদদি চৎনবী হৈনবী অমা ওইনা চৎথরক্লী। শক্তমসিনা মীপুম্ব খুদিংবু মীপাই থাবাইবা পীদুনা ঙসিসু লাক্লী। লমদা থোকলসু শীফম খঙদবা, য়ুমদা লৈরসু হীংফম খঙদবা মসিবু করম্বা আইন কানুন্নো? মীবু ঙায়োক চফদা য়োকপা লেমলৈ ঙাগুম চানিংবা মতমদা ফাদুনা হাৎপা য়াববা? মীওইবা অমনা মীওইবা অমগী পুন্সিগী মমল খঙবীদবা হায়বসি শোইনাইরবা তাইবংগী খুদম্নী। মসিনা তাইবং মী মশেল

তাঙ্গোই তানা হাৎনা শুনহন্নবগী মচাকনি। অফবা পুরকপদি ওইথোক্তবনি। মীওইবগী থম্মোয়নুংদা চাক্লীবা নিংঙমদবা, পেন্নদবগী মৈরীসে য়াম্না শাথিবনি। মসিনা মৈৱাইবা হৌরক্লবদি তাইবংসে মীকুপমতা উৎ ওনগনি হায়বসে তাইবং পূন্না খঙনবা ৱাফম্নী।

পেন্দবনা থল্লবা মীয়াম্না মীশিদুগী মায়োক্তা অচৌবা ইহৌ অমা হৌরকই। জে এসি শেমদুনা শা লান মরক্তা সি এমদা মেমোরেন্দম পীশিল্লী। পুং ২৪ গী মনুংদা মরাল লৈবশিং দন্দি পীদ্রবদি মণিপুর পূম্বা পুং ৪৮ গী তমথীবা জেনেরেল ইষ্ট্রাইক তৌগনি হায়দুনা লাউথোকই। পুলিসকী লীচৈ, টীয়ার গ্যাস, নোংমৈ মরু মরক্তা, অশোক-অনানা থল্লবা পুং ৪৮ গী মতমসু লোইশিনখি।

জেনেরেল ইষ্ট্রাইক্তুনা করিসু ফল পুরকপদি ঙমখিদে, হামু হামু তাদুনা তোকখি। অদুবু মদুনা লম্বী সরক মোৎশিনখি, গাড়ী কয়া মৈ থাদুনা, নুঙনা থাদুনা অতেক-অকায় নংহনখি। মহৈ তম্নীবা মহৈরোই কয়াগী নীনিগী সেসন মৎপীখি, থবক্ য়াওননবা ইন্টরভিউয়র কয়াগী মতম মাঙহনখি। কৈথেল ফম্বী, ডুকান হাংবী, নোংমগী খুৎশুমলদা হীংজবী কয়াগী নীনিগী চরা মৎপীখি। মপান্দা চৎকদবা শেল থাগদৌবা কয়াদা খুদোংচাদবা নংহনখি। ইখঙ খঙহৌদনা কৌখিবা শাফু কল্লবা জেনেরেল ইষ্ট্রাকতুনা চৈথেং অমমম মাইকৈ কয়াদা পীখি। তশেংনা হায়রবদা তাল্লীবদুদগী মাঙহনখিবদুনা শরুক তঙ্খাই হেল্লী।

মশিং খঙদ্রবা ইমুং কয়াদি চরা নাম্মা চা-নাম্মা হেন, চরা তঙ্খাই-তঙ্খাই চা, নত্ত্রগা পুমহেন হেনবসু য়াওদবা নত্তে। লাইরবগী অৱাবা চৈথেং নংলীবা ঐখোয়গুম্বা লায়রবা লৈবাক্তা লৈরীবা মীওশিংনা, অরাম-খৌরাংবা, লাম্বনা চুদৎনবা, চাকখাউ লাম্থেংনবগী তেংথা নাওইনবা খোনজেল ইতৎ-তৎতনা তাবা ফংলি। মখোয়শিংবু য়াম্না তোয়না বন্দ, জেনেরেল ইষ্ট্রাইকনা চৈথেং পীদুনা লাক্লী। মখোয়দা নংলীবা অৱাবা, মখোয়গী পেন্দবদো বন্দ নত্ত্রগা জেনেরেল ইষ্ট্রাইক তৌরীবা মখোয়না উনিংদে, খন্নীংদে। ঐখোয়না কৈদৌনুংদা খঞ্জিল্লদে ঐখোয়না লৈরীবসে লাইরবা লৈবাক্তনি। ঐখোয়না ৱারেপ অমা লৌরমদাইদা ইহান হান্না খনগদৌবসি লৌগদৌরীবা ৱারেপসিনা লাইরবা ইচিল-ইনাওশিংদা চৈথেংদি পীদবরা? ঐখোয়না ঐখোয়গী অশাওবা, পেন্দবা খরাগীদমক অশাউবা ফুদোকনবা হোৎনবদা, তাইর্নানিংলিবা মখোয়দদি তাইনবা ঙমদ্রদুনা লায়রবা

মখোয়দতা ওনশিন-ওনশিন চিক্লীশিবু কয়াম চুল্লীবনো? অতৈ মফমদা বন্দ, জেনেরেল ইষ্ট্রাইকপু ডিমোক্রেসিগী খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরবসু লমদম অসিদদি কৈথেলদা ফংবা অঙাংগী ঙামোক কবোক ফংবগুম ইরায় লায়না ফংঙি। মসিনা মসিগী মমল ইলৈ লৈশিল্লক্লে, মহু চেন্দ্রবা ময়াই চল্লবা লিনগুমলে, ফাগি তারে, মীয়ামগী কুম্মৈ ওইনরে হায়বা উৎলী।

অমাং অতোইতনা থনখ্রবা, চাকখাউ কয়াগী চরা মৎপীখ্রবা, তমথীখ্রবা পূং নিফু নিপালগী জেনেরেল ইষ্ট্রাইকক্তু লোইশিনখ্রে। অদুবু মহৈদি হামু-হামু মহৌশাগীদুনি। মরাল লৈবশিং অদু থিগত্তুনা অহকপা চৈরাক পীগনি অসিখক্তনি। করম কান্দা পীগদোইনো কনাসু খঙদে। মতমদি অসুম-অসুম হৌখি। মীয়ামসু অসুম-অসুম ইংথরকই, মমৈদা পুমকাউ কাউনখি। মরাল লৈরীবশিংদুসু ফাখিদে, চৈরাকসু পীখিদে। মথংগী মীহাৎতা অমুক ময়াম নিংশিংদুনা ইহৌ অমুক শাগৎপা বন্দ অমুক কৌবা হায়বদুনি। মদুনি ঙাইনরীবা। জেনেরেল ইষ্ট্রাইকক্তুগী মহৈদি লাইরবশিংগী মবুক থৎতুনা চৈথেং পীখিবা অদুতনি, শেনজাও পায়বা, করবারৱালা শিংনা শেনদোং চাউনা চাউনা ফংহৌবা, অৱাবশিংনা খুদি থীহৌবা অদুতনি

য়াইফগী ইমুং পংচাউ চাউবদি নত্তে। মমা লুখ্রাবী অমগা মাগী নুপী, মচা নুপা পীক্লীবা চহী ১০ অমদি ৭ মুক্কী অনী অমদি চহী ৪ গী নুপীমচা অমগা লৈজবনি। নোংমগী হাতে-হাতে তান্দুনা হীংজবনি। ইমুংদুগী মরুওইবা থৌদাং পূম্বা য়াইফবনা পুরম্বনি। অদুবু তমথীবা নোংমদুনা ইমুংদুগী য়াংলেন শরু ওইরম্বা মহাকপুসু চাবীখ্রে। ইমুংদু হৌজিক্তি ৱাবনা ফ্রা-ফ্রা হাইরে। হীংননবগী লাম্হেং মায়োকনবদা খোঙদা তিংখং যূবগী চৈনা কাউখ্রে য়াইফবগী নুপীদো। মতমগী ইচেলনা পুরি পুন্সিশিংদুগী থৱায়শিংদো মফম খঙদনা।

চহী অমা হেন্না ৱাবনা তপ তারবা ইমুংদু শাথীনা শোকচিল্লকই, য়ুমলৈ-কৈরৈ মওং তারক্লে, চবাসু নীনী হেন, নোংমা চা, মপুং ফানা শোইনাইরবা ইমুং অমগী শক্তমদু ঙসিদি ওল্লে। অসিগুম্বা ইমুংগী মশিং, মশিং খঙদনা লৈরীবনি ঐখোয়গী ইরমদমসিদা। মখোয়গী নোংমা নোংমাগী চরাসু তল্লীবনি নিনিগী খুৎশুমন্না। অমুকসু ওৎলীবনি মখোয়বু বন্দ/ জেনরেল ইষ্ট্রাইকনা ইতৎ-তত্তনা। অমুক্তং ঐখোয়না বন্দ/জেনরেল ইষ্ট্রাইক তৌবনা লমদমসিগী শেন-থুমগী ফিভমদা শাথিনা অমাঙবা থোকহল্লী। চাদবদি য়াদবনিনা বন্দ/জেনরেল ইষ্ট্রাইক ওইরবসু

চারি অদুবু মদুগী মমলদি পীদনা হায়বদি থবক শুদনা। অসুম্না চহী অমদা নুমীৎ ৪০-৫০ দি ঐখোয়না থবক শুদনা লেমচা চারি। নোংমদা মণিপুর পূম্বনা লুপা কয়াগী চীঙ্গাক চারীবগে হায়বদু হোত্তুনা পুথোকলগা, মদুদা নুমীৎ ৪০-৫০ নিনা পুরীবদা ফংলীবা শেনফম অদুনি ঐখোয়না চহী খুদিংগী মাঙহল্লীবা। মাঙলীবা শেনফমশিংদি লেম্নদি নত্তে ঐখোয়গী পুক্কৈদগীনি। মদুনা অসুম-অসুম পুথরক্তুনা ঙসিদি ঐখোয় কদায়দৈ কদায়ফাও য়ৌরক্কে, মীগীনা অসুম্ অসুম্ নুংঙাইবা হেনগৎলক্‌ই ঐখোয়গীনা অসুম্ অসুম্ লাইররকই, শোইনাইরবা লৈবাক অমা হায়বদো ওইরকই। অদুনা ঐখোয় পূম্বনা বন্দ/জেনরেল ইষ্ট্রাইক/ইকোনোমীক ব্লোকেদ নত্তবা অতোপ্পা পান্থে অমা হেক্ পুথোক্ত্রিবফাওবদি ঐখোয়গী শেন-থুমগী ফিভম মওং তাখিরোই, ঐখোয় হেন্না-হেন্না লাইররকখিনি পুথরকখিনি।

অসুম্না লীশাংশিংনা ব্বারক্লবা মতুংদা য়াইফবগী ইমুংদা সরকারনা য়াইফবগী থব্রায়গী মমল ওইনা লুপা লীশিং ৮০ দি পীবীরে। অদুবু হায়রিবা শেনফম অসে, য়াইফগী পুন্সিগী মমলগদি চাংদম্নবা য়াদ্রি। হাতে-হাতেবু ওইরবসু য়াইফবনা হীংলবদি পুন্সি লিশাং শিংনা ইমুংদুগী ব্বাৎতনবা হোৎন- গদৌরীবনি অদুবু মখোয়গী লুপা লীশিং ৮০ দুনদী নুমীৎ কয়ানিনো ইমুংদুবু মেনবীগদৌরীবা'? অদুবু লৈতবনা মমীত্তা তন্দন পাইরবা ইমুংদুবু হীংননবগী পান্থে অমদি শেনফমদুনা পীগদৌরী। দুকান মচা অমা হাংজদুনা ইমুংদুগী তেক্লী তেক্লী হীংননবগী লম্বী থীজগদৌরী। গুলাপকুম থোং নৌরম্বী য়াইফবগী নুপী ঙসিদি গুলাপতুমক্কী তিংখংগী মশক লৌদবা য়ারক্ত্রি। মথম্মোয়-মথম্মোয়নুংদা মদোম খনজখি, হে তাইবং মপু শীদবা, ঐ গুম্বা হীংনবগী পুন্সি তাংজরিবা মখোয়শিংদুগী হীংনবগী উপাই ওইজরিবা মখোইবু মাঙহনবীদুনা ঐগুম্না লাইবক থীরবী অমুক হন্না পুথোকপীরগনু। নোংমা কাংদনা থোক্লীবা মীশি- মীনা, মীহাৎ- মীপুন শিংসে মাংহনবীখ্রো, মুৎহনবীখ্রো'? শীরীবা মখোয়শিংদুসু অমা নৎত্রগা অমগী হীংনবগী উপাই ওইজরিবা/থব্রায়গী/ ফিজিগী মনি ঙাক্তনি। ইরমদমসে চনিং তাহল্লো, খান্বী মৈনা মৈহৌরবা ইপাম লমদমসে, হে কুমগী নোংজু নঙনা চুথদুনা মুথৎপীররো? নত্রবদি ঈ মশেল হাৎনদুনা লমদমসে শোইনাইহৌবা তারে।

# হিংনবগী লাম্থেংদা লমণ্ডানবী

ঐনা পুন্সি অমা থীরী,
ঐনা পুন্সি অদুগী মশক অমা উননবা হোৎনরি,
হন-হন্দুনা থীরি মরোল কয়া-কয়া
উবা পাল্লী ইমীৎশিনা মাগী অশেংবা শক্তম,
লাকশিন্নবসু লাকনরী অশেংবা শকওংদো,
হিংনবগী লানফমদা চংশিল্লীবা থৱায় কয়ানা,
করম্মা লানথেংনবগে হাংলবা পুক্কীদমক
লানথেংদি কয়ানি, মখলসু য়াম্মী, মচৎসু তোখাই,
অদুবু ঐগী অত্মাশিনা থিরীবা লাম্থেংদি
ফিজং মরুমদা লানথেংনরীবা থৱায় অদুগীনি
খুন্নাইশিনা লান্না উবীরবা, তুকৎচনরবা
তিন শিৎনরবা তাইবং অদুগী ৱারীনি,

খুন্নাইশিনসু তাথিবীরবা অত্মাদুগী
নুংগী ওইবা শেংলবা ৱারীদুনি।

অতিয়াথক্তা থোক্লীবা থৱান্মীচাকশিংগী মশক অমদি মঙাল খেৎনবগুম, তাইবংশিদা হীংলিবা মীশিংগী মশক-মচুসু অসুক্কী মতিক খেৎনৈ। থাবান্ তরুক্কী মচৎ খেৎনবগুম পূক্লীং ৱাখলসু মান্নদে। প্রকৃতিগী মতম্বাকশিদা মহৌশা কৌবী লাইরেনবীনা খৃদোন তম্বীবা তাইবং হকচাং হায়বসিসু অঙকপনা পীক থল্লী। ফজবা লৈরাংগুম পৎ হেক্তা থৎনিংবা শক্তম হায়বসিসু শিংথানফমনি। ঙাংঙ্গানরবা কোরৌগী মচুনা লাঙ্গোল পাংনা হাইথরক্নুনা চিংদোলদা কেকু লোৎপী শান্নরকপা মতমনি। লমঙানবী মথোৎ কারকপগী জক লাউনা ফজবী হায়বদো য়ৌনা নিংথিরবীনি। কোইরাওনবী মীস্না অনী, থম্বালবু ঙমজবী অঙাংবা মচুগী থোৎ নৌরবী মচীনবাল, করিদি হায়রুনি লহিনা ওস্লবা ফুগাইনা শাৎকাইরক্লীবা লৈরাংগা পাংখকনি। শজিগুল্লবী শাবালদ্দা অশংবা নচুগী ফনেক শেৎ, ফিজোল থোন, ইনফি অমগা লোইননা নুংশিরবা শমপুগী লৈনমগা লোইনরিবা, মেংলবা হকচাংগী মনমনা শরা-শল্লবা মাগী কানি। পূম্নমক অঙাওবা মতাঙনি ময়াই কারবা পুংফমনি। য়াইফবা লমঙানবীগী মতম্বাক্তা পোখারী,লমঙানবীগী ইরাং হৌরবা শল্লাংবু পায়-পায়দুনা শান্নরী। করিগুম্বদসু মনম নমদুনা শান্নে। লমঙানবী মোমোন নোকলকই, মাগী অদুগুম্বা মতৌদুদনি, য়াইফবনা হায়ফম খঙদা মঙোন্দা ঙাওরি। তাংলবা মীকুপ অদু য়াইফবনা লেম্না মাংহনবা পাম্মুই। মীৎকুপ্তুনা লমঙানবীগী মায়থোঙদা য়েংদুনা লৈ, ফক্লাংদা থেৎপা ঘড়ীগুম। ইকায়বা লোৎপা ঙমদ্রবা লমঙানবীনা-

"অদুম্না য়েংলি করিগীনো?"
"কৈদৌৱেগে, য়াম্না হৈনদ্রবরো?"
"অদুগীবুদি নত্তেদা, অসুম..."
"অসুম হায়বদি ..."
"নঙগী খুয়েংদো য়াম্না মচীন থৌৱে!"
"অশেংবৈরো, ঐনা য়েংলিসিবু হেল্লবরা?"
"হেল্লবা, নত্তে হেনদোক্লবনে!"

"হায়জনু নঙ অদুয়া!"

"হো! ইবুংঙো, নঙগী মীৎয়েংদো লোইনা ফাওনা য়েংলমদৌ মাল্লে।"

"নঙসিসুবা! ঐগী মীৎসে ট্রান্সপরেন্ট আই অদুমক্তী নত্তিয়ে। ইস! অদুবু ঙন্নবদি ঐদি কৈদৌবৈ ফিল্ম য়েংজরুনেগে? অপাম্বা-কল্লকপতা খন-খন্দুনা মওং-মতৌ লোইনা হান্ননা য়েংলম্লনি।"

"মায়দি হেঞ্জিল্লক্লদবনি (য়াইফবা লমঙানবীবু চিংশিন্দুনা মচীন শোক্‌কে তৌই, লমঙানবী খৎতোকই) এএ ঙাইখুৰো ৱারী শাখিসে, নঙগী কৈদাদো মানশিল্লকপা!"

"নঙনা পংখন খনজিল্লে, ঐবু চিংনরীরো? ঐনা নঙবু কয়াম নুংশি হায়বসে খংনা খংনা নহাক থৌশাদবগুম মাল্লী।"

"চিংনবা, চিংনবা লৈরগবু নঙগা অসুমাইনা ঐনা ফম্মীন্নরমলোই, ফল্লীবসিনা শাখিনি ঐনসু নঙবু নুংশি হায়বগী।"

"অদুওইরদি" (য়াইফবা লমঙানবীবু চিংশিন্দুনা মচীন্দা মচান্‌না শোক্‌ই, লমঙানবী অথীংবা পীদ্রে)

"ঙাইঙমলোইদবনি, নঙনা হেক্ ঙম্‌দ্রিফাও য়াররোইদৌবনি হৌজিক্তি নিংবা থুংলবরা?"

"অসিদি হৌবতা ঙাইবী, অশাংবা অহীং অসিমসু ৱাৎলীদ ...।"

"ইকায়খঙদবা!"

"অশেংবসু অশেংবনি, নঙগী মায়থোঙসিদা গুণ অমদি য়াওরীসে, মীৎফমসে ফুক্তোক্‌পা শুকঙম ঙমদবা, কোইনা য়েংলকপদা হেক্তা পনবা হেক্তা পনবা অদুগুম্বা মীত্রাং অমা। নঙগী নুংশিনা ঙাওনা নোকপা মীনোক্তা, পুক্লীংগসে দক্-দক্-দক্ হেক্তা নিকহনবা জাৎনি। অদুননি ঐনা নঙোন্দা অসুক শাথিনা ঙাওরীবসে, অদুননী ঐনা নঙবু মনুং, মপাল ফাওনা য়েংবা পাল্লীবসে!"

"কৈ-কান্ননবনো? ঐগা লোয়নরগা নঙগী মীংচত্তা অমুবা কালি তৈনবনি। নরক্কী কোমদা তারুরবী ঐনি, কৌব্রুগী ইশিংনসু চামবদা কোক্লরোইদবা, ইপাপ লংশিল্লবীনি। নঙদি তুংগী আশা চাউনা লৈরীবা নহানি, অশেংবা ইশিংনি, অনৈবা য়ানদ্রীবা। ঐগা নঙগা মেলৈন্দুনা কৈ-কান্ননি, ঙৈহাক্কী অনীংবা অপাম্বদা

চৎকনু, নঙগী লম্বী লম্মাংনহনগনু। নঙবু মীনা চৈ-থাংনবদা ঐগী ইমীং চেন্নহন্নীংদে, নঙবু অফাওবা ওইহন্নীংঙি ঐনা। নহাক নাখৈশেংনা হীংঙু, নঙগী পুন্সি মশক থোকহল্লু। পুন্সি হায়বসে মচু লৈতবা পোৎশক অমনি, মসিদা হেক শংখিবা মচুদো পুন্সিদুগী ওইনা অমুক কোক্লরোইদবনি। মচু শংলবা ঐতনা খংঙি পুন্সিশিগী চৈনাসে।"

"নহাক পুক্নীং হন্থগনু লমঙানবী, নহাক য়াম্না শোন্থনা করিগী ঐগী মীৎতা উহল্লীবনো? ঐসু খঙঙী নহাক্না লেল্লীবা পুন্সি মহীংসে, মদো নঙনা ওইনিংনা ওইবসু নত্তে, নঙবু নমদুনা ফিভম্মা ওইহনখিবনি হায়বসু। খঙনা-খঙনা ঐনা মদু কায়রক হন্না ওন-ওন্দুনা নৈনরবা মতুংদা ঐনা ফিরেপ অসে লৌরকপনি, হায়বসিসু নঙ খঙঙু। ঐনা উই নঙগী নরুমদা তারীবা নমী অমা মদো কনানসু উদ্রবসু, ঐনদী মদো মৈঙালগুম উই। মদু ঐ খঙদনা নঙবু কৈদৌনুংদা থাদোকলোই হায়বসে ঐগী শকখ্রবা ব্রাশক্তুগী অকনবা ফিরেপনি। হায়য়ু নঙনা ইল্লীবা ইন্নফিদো হাইদোকপদা নঙগী নশাদা পক্লীবা অরাং-অরাংবশিংদুনা লীনিংলিবা অরোনবা ব্রারীশিংদু করিনো?"

"ঐবু করি হায়য়ু হায়রীনো? নঙনা ঐবু অমুক শোন্থহল্লগনু?"

"লমঙানবী, তাইবংশিদা নুপাবু ঙাউহনবা ঙম্বা নত্রগা নুপা হায়বা জাৎসিনা মীৎতাবা মীহৌগনবা পোৎশক অনীখক লৈ, মদু য়ু অমদি নুপীনি। অদুবু নুপা খুদিং য়ুদি লোইনা থক্তবনিনা মীকাবদি খরা ব্রাৎনরে অদুনা য়ুবু সেকেন্দরি দা থম্লশি। নুপী হায়বসিদি পৃথিবীসিগী লৈমাইথক্তো হীংলিবা নুপা জাৎনা মীহৌই। মসিদি নেচরগী অখন্নরবা শক্তিনি নত্রবদি মীরোল করম লাক্কনি। অদুনা ঐ নুপী হায়বশে তশেংনা মনুং-মপাল ফাওনা, খঙবা, য়েংবা, উবা পার্ম্মী। মরু ওইনা নঙগী পুন্সি মরুওইনা ঐগীদি নঙনি, ঐনা নিংজরিবসে মঙফাওনহনবা ঙম্বা, ঐনা খ্বাইদগী নকনবসু নঙনি, ঐনা খ্বাইদগী থাজবসু নঙনি ... ।।"

"নঙবু ঙাওদোরবো? কবি ওইরগে হায়রীরো? কৈ কান্না!"

"ঐগীসে অওইবনি, নঙনা ফাগী তাথোক্নু প্লীস!"

- ঐসে ওক্তবীনি, শান্নপোৎনি, হন্না-হন্না শান্নবীখ্রবা, নুংশিবা হায়বসে ঐগীদি শরুক তমদবনে, নুংশিবনা ঐবু মাঙহনবনে, নুংশিবনা ঐবু লৌনম্বনে, নুংশিবগী মীংদা ঐগী হকচাংবু মীহৌবা কয়ানা পেন্না-পেন্না শান্নবীখি।

ঐবু মীমান্নদবী অমসু ওইহনবীখি। নুংশিবনা ঐবু খোঙফমশিদা লেপহল্লম্বনি।"
(পীরাং নৌথরকই)

শওং শবান্ চংখোল্লবী য়েংবদা মীকাবা হায়বদো পোকহনবা ঙশ্নী চহী ২৫ রোম চংশিল্লক্লবী লমঙানবীনি। ইম্ফাল ব্রেষ্টর্কী কাঞ্চিপুরগী মনুং হন্না লৈবা পালাহনবী লৈকায়গী নংলবা ঈনা কৃপ্পা ইমুং অমদগী হৌরকখিবনি লমঙানবীগী পুন্সি। মহাক্কী মপানা নৌনা মনাউনুপী অমগা লোয়ননা মখোয়বু হুন্দোক্লুনা মীরোৎ ওইখি। মমানা ব্রানা পেরুক মোনসাউবী য়োন্দুনা, ফি শাদুনা মচীন-মনাও অনীবু চাউননবা য়োকলকই। ফীভম ফত্তনা হৌরকপা ওইবনা লমঙানবী নুংঙাই য়াইফবা পুন্সিতগী মঙ মঙজরকখিবনি, অদুবু ... "

নুংঙাই য়াইফনা হৌরকপা য়াইফবা লমঙানবীবু থম্মোয় শেংনা নুংশি। মাগী পুন্সিগী লেংদ্রবা লন হায়বদো ওইগে হায়না চপ য়ুংনা লেপখ্রবনি। অদুবু করম্না মসিবু ওইথোকহনবা পামলমগনি, মমা-মপা ওইবশিংনা। ফনা-থেমদুনসু য়াবা হায়বদুদি মদুবু য়াইফবদদি ওইথোক্তবা হায়বদু ওইরি। মদু তশেংনা লমঙানবীনসু কিজবীনি অদুনা তত্তনা মহাক য়াইফববু থেম নৌই, অমুকসু থৌব্রা শাদে, অমুকসু চৈ থাংঙি, য়াইফবনা মাবু তুকৎচখিদুনা হনদোকখিনবা। পূন্নমক অরেম্বনি য়াইফবগী নুংশি মাংদা, ফনা হায়জদুনসু লমঙানবী য়াইফববু থম্মোয়নুংদদি চেৎনা লাৎচরী। থম্মোইনুংদদি য়াইফবদগী মীকুপ্ অমত্তা লাপথোকনীংদ্রবা থব্রায় হায়বদো ওইরি। অদুবু করম্না, খুনাইশিনা শেম্নীবা কল্লবা ব্রাংলবা পল অমদি চাউনা খাররী মাগী লম্নীদা। করিগুম্বদসু শিংনগে হায়না খল্লী পলদুবু, মরমদি মঙোন্দা খারীবা পলদুমক খুন্নাই অসিনা মঙোন্দা তম্নীবা খুদোলনি। মদুমকনা মাগী থৌনাসু ওইরী। অমুকসু য়াইফবগীদমক খনবদা খোঙফমদো ফাজিল্লী, থাংবা ঙমহনদে, থৌনা হম্বহল্লী।

নুমীৎনা কোক্তোন লোম্লকপা তানফম্নী, লমঙানবী ব্রাখল অমদা উংদুনা মাগী ফমুংদা হীপতুনা পোত্থারী। খংহৌদনা মপান্দগী থোংদা হন্না-হন্না থিল্লকলি। লমঙানবী কনানো হায়না থোঙ হাংদোকলুই। থোঙ হেক হাংদোকপদা তাধন লেপ্তুনা লৈরম্মী। মাগী মখুত্তা হৈ মহী লীক্লী অর্মসু পায়রকই। লমঙানবী মাবু উবদা শাবীং হৌই অদুবু কৈদৌনি, মপাল তাংজবী উরীরৈনি। তাধনগী মপাল লমঙানবীনা তাংলক্লীবসি ফনা কুইরে অদুবু মদু লেম্না নত্তে। মদুগী লমঙানবীনা মমল পীরী মাগী অরাম খৌরাংবা কোকহন্দুনা। তাধন মোমোন নোকই, লিমঙানবীসু

নোকনীংদা নোকনীংদা নোকই মরমদি তাধন চহীদা য়েংনরুরবদি লমঙানবী মচা ওইবসু য়ারী অদুগীসু মথক্তা য়াইফবনা মখোয় অনীগী মরীসে য়ানিংদে হায়বসু লমঙানবী খঙই।

করিগুম্বা থৌদৌশি য়াইফবনা খংখিবা থোক্লবদি শা লান শারনি হায়বসি লমঙানবী ময়েক শেংনা উবা ঙম্মী। য়াইফবনা লমঙানবীবু অফবা ওইহন্নীংই অদুবু চাকখাউগী লান অমদি খুন্নাইসিদা হীংগে হায়রবদি পৈশা চংঙি। মদুগী পৈশাদুননী লমঙানবীবু শোম্বুহল্লীবা, পৈশা মাগী মগুণসে লৈরমদ্রবদি লমঙানবীসু য়াইফবগী অপাম্বা অনীংবা থুংহনলম্বা য়াবনি অদুবু করিদি উপাই লৈরী। তাধন লমঙানবীগী মতৌ উরগা হায়রকই-

"য়াম্না মুত ব্রাংনা উইনা, কৈদৌরগে?"

"অসুম কোকসে চিক্কে-চিক্কে তৌবা!"

"ঐ লাকপগীরো?"

"নত্তেদা!"

"ঐদি নঙগী কোক চিক্কে চিক্কে তৌহন্নবা মীগা লৈরবরা অসিনিদা!"

"কদায়দগীনোদা! তাধন!"

"নঙনা তাধন হায়বদো কৌরক্কনো হায়বা?"

"কৈদৌরগে? করি কৌজৌ হায়বনো?"

"মহৌশা মহৌশা ঐনা কয়ারক হায়খ্রদুদি!"

"তামো!"

"হোয়নে! তামো হায়না কৌ, ঐসে অহন ওইহনগনু হায়বা, নঙগী ননাক্তা লাক্লীবসে ঐ নহা ওইবগীনি, ব্রাখলসু নহানি, ফিভমসু নহানি"

"হোয়নে, হোয়নে, চীরাই খরা হনজিন, কোক্তা শম অঙৌবা হাইগৎ, লাইবক্কী ময়ীগদো চোংথোকলবসু নহাগী পাঙ্গলবুদি লৈরী খঙজেদা।"

"অদুনি, ঐগী ইগুণ, নঙ কয়ারক খংখ্রবা নত্রা? শে! হৈ মহীসি শেম্লকউ, গীলাস অমমম্ থক্লগা, নঙগী কোক চিক্কে-চিক্কে তৌবদো ফনবা ঐ হীদাক তৌগে!"

শাংলবা কয়লাসকী লম্বীদো জর-জর চাশিল্লকই, সেন্ট্রো কারদুনা য়াংনা থৌজিল্লক্লীবমখৈ অরাপ্পদো কাঞ্চিপুরগী পালাহনবীগী। য়াইফবা থৱায় নুংঙাইনা ষ্টারিং পায়রী, লমঙানবী থোঙনাওরোমদগী থৱায়তানা য়েংজরী মপাম মায়কৈবু। পীক্লীবা লমঙানবীনা কোকথোংদা শীংজা মপুন পুদুনা মনাউনুপীনা তুংইন্দুনা চৎপদু উই লমঙানবী, অদুদগী অসুম অসুম লৌবুক্তা মচীন-মনাও থরোই খুনবদু উরকই, তপনা-তপনা মনাও নুপীগা মাগা খুলোকপী শান্নবদগী মরৈ য়েৎনরক্তুনা মচীন-মনাও খৎনবদা মনাও কপহল্লী হায়দুনা লমঙানবীগী মমানা লমঙানবীগী মকোক্তা কিন্না হকই, মকোক্তা খংপায় পায়, চৈনা খংফাও ফাওরকপগুম ... মদু উবদা যাইফবা

"কৈদৌরগে লমঙানবী, খংঙিদি!"

"কৈসু নত্তে, হৌখ্রবা ৱারী নিংশিংলকপা!"

"হৌরকফম হাযবসিবু য়াম্না নুংশিবজাৎনি, ঐসু খংঙি নঙগী পূক্লীংদা ফাওবীবাশিং অদো, অঙাং ওইরীগৈগী পুন্সি নিংশিংলকপা শোইদা ওইবীনি!"

"নঙদি কমাযনা খংঙিবা!"

"মসিদি নেচব নে, প্রকৃতিনা পীথোরকপা খুদোলনে? অহোংবা নাইবা তাইবংশিদা ঐখোযগী পুন্সিসিসু অসুক্কী মতিক হোংলকই। অঙাং ওইরম্বদগী পাখং-লৈশা ফারকখিবা খঙহৌদে। অদুদগী অমুক পুন্সি লাম্ছেংদা কদায়দগী কদায়ফাও হুমদুনা পুন্সিবু পুখীবা কনানসু খঙনা-খঙনা উনা-উনা খান্বা ঙমদে অদুম মচৎখি। মতম কুইনা নঙনা মীরাইরুরবা নঙগী হৌরকফমসে নঙনা অমুক হল্লকপা মতমসিদদি অসুক্কী মতিক হোংলে। অদুবু নঙগী পূক্লীং ৱাখলদদি মহৌশাগী মহৌশাগুম নঙগী মীৎতা উই নত্রা?"

"(নোকফেৎ তৌনা) অঙাং ওইরীগৈদা ঐনা ঐগী ইনাওনুপীগা আদা হৌরীবা বোরোই মখোঙ অসিদা নুংতিগী বোরোই খুন্দুনা চাম্মীন্নৈ। (মাংদা উরীবা কংলবা বোবোই পাম্বীদুদা লমঙানবীনা খুদোম্বী থীন্দুনা য়াইফবদা তাকই) বোরোই মখোঙ অসিদা ঐখোয়গী পোত্থফম্মী শান্নফমনি, মহাকনা ঐখোয়গী লুনা তিন্নবা মরূপনি, অদুবু ঙসিদি (নুংঙাইতনা) মহাক অহল ওইরমলে, ইকং কংশিল্লে!"

"পোকপু পোক্লবদি শীবা নাইগনি, হৌবু হৌরবদী লোইবা লাক্লনি, মসি প্রকৃতিগী নিয়মনি, প্রকৃতিগী নিয়মবু কনানা শিংনবা ঙমগনি। নঙসু ঙাই ঐসু ঙাই নোংমা লোইনা শীরগদবা ঙাক্তনি। অদু ফরে নঙগী য়ৃম্নু কয়াম ব্রাংলীগে?"

"খিতা ঙাইরে, লম্মাংসে লাম্থোকপগা উরীবা য়ূমশিংসে উবরা? থোঙ্গাল মঙা শুবদনি ঐখোয়গী লাইরা খাংপোক্তো!"

"ফরে চৎসি !"

অরীবা মতমগী য়ূম খুৎশানি লমঙানবীগী খাংপোক্তো। কুপ্লীবা ঈ অদুসু মচোই-মচোই নিংখাইরে, পৎপসু য়াওরে। শেমজিনবীদবা মতম কুইরে হায়বা তাকই শকওংদুনা। ব্রানা পৈয়া পুন্দুনা খারীবা ফক্লাং অদুদা চরুগা লৈতানগা মেলাইনদুনা তৈখিবা ব্রাই অদুসু মচেৎ-মচেৎ কিন্থরে, ফিভম কাইরে। মতম অমদদি য়াম্না ফজবা য়ূম হায়বদো ওইরম্বা য়াই অদুবু হোংলক্লীবা মতমগী ইচেলশিনা য়ূম অদু মতমসিগা চুনদ্রে হায়বা উৎনবা হোৎনরকই নাক- য়েত্তা শাগৎনরক্লীবা চেক চনবা য়ূমশিং অদুনা। তশেংনা লমঙানবী ফিভম অদু উবদা যাইফবগী মমাংদা ইকায়বা ফাওই অদুননী মহাক্না ঐখোয়গী লাইরা খাংপোকশঙ হায়না ময়ূমবু শক্তাকখিবদো য়াইফবদা।

"থিদরা ঐখোয়গী য়ূমসে? নখোয়গী শঙ্গোইদুনা শরুক তরুক হেন্না ফজরমগনি?"

"য়ূম হায়বসে ফজবা থিবনা, চাউবা পীকপনা, অদুগী মগুণ লেপ্তে। ফনা ফজবা য়ূম ওইদুনসু। ফনা চাউদুনসু য়ূমদুগী মখাদা শান্তী ফংদ্রবদি, য়ূমদু য়ূম নত্তে। থিরবসু পাক্লবসু শান্তী ফংলবদি মদু অশেং য়ূম্নী লমঙানবী।"

"ফনা হায়দুনসু মওং তাদবা য়ূমদা লৈবা মীবুদি কনানসু ইজ্জৎ তৌদে।" (মনাওনুপীনা ফি লোন্দুনা লৈবদু উবদা) ঐগী ইনাওনুপীদুনি আদা ফি লোল্লীবসে)

মনাওনুপীনা মচেবু উবদা মমাবু কৌদুনা চেন্থোরকই। মচীন- মনাও নুংশি চান্নবা কোনশিন্নে। অব্রা-নুংঙাই ব্রারী শান্নে। মমাসু থোরকই মমা-মচা মখোয় অহুমগী উনবগী নুংশি ঈচেলদু কল্লবা শমুদ্রগী ইথৎনা কৈসু হেল্লমগদবা মান্দে।

সন্ধ্যা ব্রাইরম য়ৌরকপনা গাড়ীদুনা পূম্নমকপু বিদাই পীরমদুনা মোং হাদনা চৎকদবা মায়কৈ তম্লকই। অমমমতা ওইনা অসুম কায়নরকপনা লমঙানবীগী মীৎয়েং, উয়ুং পাম্বীদুগী মখোঙদা তারুরে। মশা মরেং ফনা ফনবা পুংলবা

উপালনি, মখোঙদা শাবী-শানৌ কয়াগী চীকথনফমনি। মফমদুদনি লমঙানবীগী অহানবা থম্মোয় লৈশাৎ তম্লকপসু। নুংশি মশক খংখিবসু। নুংশিনবা থম্লকপসু। নুংশি পম্বুং ফংখিবসু। মফম অদো লমঙানবীনা হিংলিবমখৈ কাউথোকপা শুকঙম ঙম্নরোইদবা খুদম অমা ওইরগনি। লমঙানবীগী মীৎতা উরী থাংমৈবন্দগী শেন-মতিক চানা পায়রবা ইমুং অমগী মচা সুধীরগা ইহান হান্না উনখিবা। শকখংনখিবা। নুংশি ব্রারী শান্নমিনখিবা লেনমিন্নখিবা মীকুপ কয়া। চেল্লকপা নুমীৎ। লমঙানবীনা নিংজবা অশা থুংজরে হায়দুনা হরাওজখিবনি অদুবু সুধীরগী ব্রাখলনা অমা ওইরমখি। সুধীরনা লমঙানবীবু মাগী নুপী অমা ওইনা উবা ঙমদে। সুপনখক্সী মহাক্সী অপামবা অনিংবা মথৌ তারিবদুখক্ ফংফম পোৎশক অমগুম লোয়নখি। খরা হায়থবা মফম অমদা লুহোংদনা সৈদাংদুনা যুম্বানমীন্নখি। মহাক্সী সেক্স কী অপাম্বা হল্লক্লবা মতুংদা লমঙানবীবু মরুপ-মপীজাশিংগীসু শান্নফম ওইহনখি। উপাই লৈজদ্রবী লমঙানবী অঙকপা ওইখি। পূম্নমকপু সুধীরনা কুপ্তুনা থম্মী। সুধীরগী য়াথং মহাকনা হিক্তোকপা ঙমখিদে মরমদি মহাক সুধীরবু থাদোকপা পামদে। সুধীরগা হীংমীন্ননীংই সুধীরগা পুন্সি লেনবা পাম্মী।

অসুম্না অসুম চৈনা খাংলকপনা লমঙানবী, হৈনরমদবা মতৌদু হৈনবী ওইরকই। নুপা কয়ামা লোয়নদুনা মতম লেনমীন্নবতা নত্তনা খরচসু খরা-খরা ফংলকপা হৌরকই। মতম খরা হৌখ্রবা মতুংদা সুধীর মফম খংদনা মাংখি। লমঙানবী অঙাওবী ওইখি। নীংজরমবা অশা কায়খি লম্বী লম্মাংনখি।

(গাড়ী খংথাম খাম্মী) মঙগী লমদমদগী অশেংবা তাইবংদা খংহন হল্লকই লমঙানবী। মাবু উবদা য়াইফবা মোমোন নোকনা-

"য়ৌরে, কুমথনিংদ্রবো, (মোমোন নোক্লদুনা) নঙগীসে ঐখোয়দা চৎলসি হায়রো?"

"ভাব ফজিনগনু ইবুংঙো! মতম খবা ঙনমনলী। য়ৌরবনিনা লৈহৌরগে, বাই" (গাড়ীদগী কুমথখিবগা)

"কৈনো ঙাইখুব্রো! কৈনোমা ব্রাৎলিয়ে!"

(নোম্বদুনা য়েংলকই) "করি ব্রাৎলিগে!"

"অদুমাইনা নত্তেয়ে চংঙলকখুব্রো!"

(চংদুনা ফমথৈ) "করি ব্রাৎলীগে হায়রো, মতমসে থেংলে!"

"মতমগী ব্রাবু ব্রা ওইনা তৌরদনা, হৌজিক্তি মতমগী মতম ঙাক্তনি ঐখোয়নিগী। ফরে নঙ ঙসিগী ঐঙোন্দা বাই পীবা কাউরে!"

"পীরিদুনি, ঐদি ঙসাইনা বাই পীখ্রেনা!"

"অদুগী বাই দু নত্তে, (মচীনদা খুদোনবী চুপতুনা) মসিগী বাই অসিনি।"

"ঙাউশিন্নরক্লনু, চৎলো!"

"ঐদি চৎখিরোই সুংচৎ চৎখিরোই, নখোয়গী থোঙ্গালশিদা অহীং য়ারেকতোইনী নঙনা ঐনা হায়বসে ইন্দ্রীবমথৈ।"

"ইকায়জৈ হায়বনে!"

"ঐনা ঙাউশিন্নবা ঙল্লীবসিসু নঙগী নুংশিবননি। নিংঙাইসিসু নুংশিবননী। ওইনরীবসিসু নুংশিবননী। ফম্মীন্নরীবসিসু নুংশিবননি। অদুনা করিগী নঙনা ঐখোয়নীগী মরক্তা ইকায় ফিজং অমা খল্লীবা। হাইদোকখ্রো ইকায় ফীজংদো। অহীংসে ঐখোয়নীগীতনি। নঙ অমদি ঐ নত্তনা অমা লৈরীবশিসু অহীংসিতনি, প্লিজ এদারেবল দারলিং দু দেদ!"

(য়াইফবগী চীনবালদা নুংশিনা চুপ্পী, সোর ফুইরবা খোনজেলদুনা) "গুদ বাই য়াইফবা! (য়াইফবা লমঙানবীগী মোল্লবা হকচাংদু পায়দুনা শান্নরকই) হৌজিক্তী য়াববা নত্রা? থাদোকলো, চৎলো নঙ, ঐ য়াম্না ব্রারে য়াইফবা।"

(লমঙানবীগী চীনবালদা মখুৎনা মেল্লী) "করিমতা হায়বনু, ঐবু থিংলনু। মৈবী ফংনা চাকলবা হকচাংশিনা ফংনিংলীবা অপামবসে ঙসিদি ফংলসনু, ঐ নঙগী নুংশিবদা ঙাওরে, ঐবু নঙগী থব্রায় হকচাংদা তিলহল্লো!"

লমঙানবী অমদি য়াইফবগী উন্নবগী মীকুপ অদু মল্লবা থেংলবা অহীংদুনা হেন্না মথৌ হাপ্লবী।

মীয়াম্না ঙাংনবা ব্রানা হেনবরা? ইশাগী অনীংবা অপাম্বা উৎথোকপনা মরুবরা? অনীগী লানথেংনি মায়োকনরীবা। তৌরীবা থবক অদো মীয়াম্না ফত্তবনি, পাপনি, তৌহৈদবনি হায়নরবসু, চৈ-থাংলবসু পৃক্লীং মানা অচুম্বনি হায়না চপ যুংনা লেপ্পা ঙল্লবা, অদুগা অরেপ্পা ব্রাখল অশাসু ওইরবা। করিবু অমুক নিংহন্নদুনা চিংনরুবা ফাওরুগনি। ঐনা থাজে ঐনা থাংলীবা খোঙথাং অসে মাগী পুন্সিবু

ঐনা নুংশিরুবগী নত্তে, মীনুংশিগী নত্তে, ঐগীনি, ঐগী পুন্সিগীনি, ঐনা তশেংনা মাবু নুংশিজে, পুন্সি হীংমিন্নবা পাম্মী। মীওইবনা পাম্নরীবশিসু পুন্সি নুংঙাইনা হীংদুনি, ঐনা মাগা পুন্সি হীংমিন্নবদা ফংগদবা ঐগী অপেনবদো অতোপ্পা কনাগুম্বী অমদৈ ফংগনি থাজদে। মহাক তশেংনা অফবী নুপীনি, মাবু খুন্নাই অসিনা মাংহনবনি। ঐনা খুন্নাই অসিবুসু থবায় হকচাং শোকনবা ব্রারৌবা পোকই। মাবু মাংহনবখক্কী নত্তে। মাগুম্বী কয়া-কয়ানি নুংতিগী মাংহনবীরীবা। ফুম্জিন্দুনা থল্লীবনি ঐখোয়গী মীৎনা উবা ফংবা-তাবা ফংবগী ব্রাংমদা। ঐনা মাগী হৌখ্রবা পুন্সি ব্রারীদা পুক্রীং থিংজিল্লুদে, মরমদি মদু পুম্বদো মাবু তশেংনা খনবীবা কনা থেংনখিদবদগী ওইখিবনি । ঐনা হৌজিক খল্লীবদি মাগী তুংগী পুন্সিদুতনি, ঐখোয়নীগী পুন্সিদুতনি, মংলান্দুতনি, অশাদুতনি।

ঐনা লমঙানবীবু চেনবা নুমীৎতা অচৌবা শাফু কল্লবা লানজাউ অমগী নোংলৈ অমনি শিৎখ্রিবা। ফনা য়াম্না মাং তাকখি অদুবু ঐগী খোঙফমদি মচেৎ অমত্তা লেংখিদে। কোর্টতা লুহোংখি ঐখোয়নি, ইমুং-মনুংগী মতেং য়াওদনা। ঙসিদি মহাক তশেংনা ঐগী তশেং-তশেংলবা থম্মোয় অতিয়াসিগী থ্রুভতরা হায়বদো ওইররে। ঐগী পুন্সি লোয়নবী ওইনা ফংজরে। অথিবা/অব্রাইবা/নান্দবা য়ুম অমদা লৈরবসু, পামজবা নুংশিবা নিংজবা, ব্রাখল অমদি লিংজেল মান্নবা মহাক্তগা লৈমীন্নবা হায়বসে স্বর্গ হায়বদুনা নুংঙাইবা হেল্লমগনি থাজদে। ঙসিদি মহাক্তো মৌ অনৌবীগী ফিজোল হোংলদুনা ঐগী নাক্তা চা পুদুনা চংলকই।

"চা থক্লসে, তাবীরীবরো?"

(লমঙানবীগী শকফমদা ঙাওরবা য়াইফবগী মীৎ অনীদুনা তরং-তরং লমঙানবীদা য়েংলদুনা মোমোন নোকই, লমঙানবী ইকায়) "ঙসিদি নঙগী খুৎ য়েংবা তারেদনা।"

"করিবুনো হায়বীরীবদুবু, নহানমখৈদি অসুক কুইবসিদি!"

"অদুনা অদুনিদনা, ঙসিনা মৌ অনৌবীগীনিদনা"

"অদুমাইনগা হায়বদো ইকায়জে।"

"ঙসিগী নঙগী চাসে খুহাও অমা। নঙগী খুৎসে থোংবা থাকপদা খুৎ থুম্মী হায়নবদো অদুনি। অদুগীসু মথক্তা ঙসিগী নঙগী শকফমসে লময়ৌনা নিংথিজরে, মীৎফমসে হোংনিংহন্দে ঐগী..."

"নঙনা ঐবু থাগৎপীবসিনা, ফরেনে হাওরবসু হাওত্রবসু ঐনা হৈতা হৈতা থোংজবা, লাংজবা খুদিং হাওইতা হায়বীবা তাই ঙসিদগীদি ..."

"অদুবুদি ঐনিদনা, হায়শিন্নবা নত্তে অশেংবগীনি অসিগুম্বা মহাও লৈবা চাক য়েঙ্খাং চাবা ফংজগদৌরীবা ঐগী পুক্নিসে কয়াদা লাইবক ফরবা?"

"লাইবক ফবদি নঙগী নত্তে, ঐগীনি, ঐগুম্বী অমনা থোংবা-থাকপবু হাউই হায়না পেন্না চাবীবা, ঐগীদি কয়াদা লাইবক ফবনো? নহাক্তী ঐগী মীৎনা উবা ঐগী ঈশ্বরমকনি।"

"অদুদি নঙগী ঈশ্বরনা হায়বা অমা নঙ য়াগদরা?"

"য়াথংতা তাউথবীয়ু, ফিগাও য়াজরি।"

"নহাক্কী ঈশ্বরগী নাক্তা ফম্মুলাউদনা!"

"ঙনমল্লীয়ে, মীনা উখিনিয়ে, মমখিসনো?"

"নঙ ঐনা য়ান্নরে, থম্মোই অনী য়ান্নরে, করিগী অমুক মীগী য়াকা ঙাইখিনি অউবা মাতনা ইকায়নবা মতাংনি।"

(ফমথৈ) "সে য়ারবরা?"

"নহানঙৈগীনা অমনি, ঙসিগীনা অমনি, (য়াইফবা লমঙানবীবু তপনা তপনা নুংশিনা কোনশিল্লকই, অনৌবা পুন্সি অমগী য়েন্নীং তম্বা হৌই, অহীংনা তপ্পা তপ্পা হেন্না-হেন্না মমথহল্লকই)

## পূন্নমক্ নঙগীদমক্লী

নিংবু নিংলবদি ওইথোক্পা য়াবদো, ওইথোক্নোইদৌবা করিবু লৈবগে? তম্মু তল্লম্দ্রবদি ইনাক্তা লৈদুনসু ঐগী ওইবা ঙমদে। অঙক্পনি মীওইবগী পুন্সি তাইবং খোঙচৎ। অরোনবনি বীধি মহাক্কী ব্রায়েল ...

“নঙগী পুন্সিনা হীংলীঙৈদা নহাক্না অদুম্না অব্রাবা ব্রাখল খনগনু অব্রাবা মায়থোঙ উৎকনু। নঙনা অদুম্না লৈরবদি হায়য়ু নঙগী পুন্সিনা করম্না হীংদুনা লৈহৌগনি”... খাগেন্দ্রগী মরূপ্ পুন্সিনা খাগেন্দ্রদা পুন্নীং থৌগৎপা ওইনা হায়রক্ই। পুন্সিনা তশেংনা খাগেন্দ্রবু নুংশি, খাগেন্দ্রনসু পুন্সিবু খ্বাইদগী হেন্না নুংশি অদুবু হয়েংদি মতম্ কয়াদগী লাংমিন্নরক্পা ঙাওমীন্নরক্পা, মাঙমীন্নরক্পা মরূপ্ মপাঙশিং থাদোক্তুনা দিল্লিদা এম বী এ তম্না চৎলগনি। পুন্সিবু থাদোক্তুনা চৎকনি খনবদা হেন্না ব্রাববা খোঙ থাঙদোক্পা ঙমদ্রবা খাগেন্দ্রনি। অদুবু পূন্নমক্ পুন্সিগীনি, তুংগীদমক্লী, মতম্ খরদি মখোয় অনী শেৎনা খাইনবা তারি। পীরাংনা ইরোয়নরীবা মায়থোঙ অনীদু অমনা অমগী পীবাং তৈথোক্নরী। নক্তা নক্নরীঙৈ, লাপ্নবগী চৈনা খঙনরমদ্রবসু, লাপ্নগদৌরে খংনরা মীকুপ্তা চৈনা মশীং খঙদনা হেল্লক্ই।

থম্মোয় থম্মোয় থেম্জিন্নরী, পুন্সিগী তাংলবা মমল নাইদ্রবা মীকুপ্সু ওইগদৌরী মীকুপ্তো।

খাগেম্বা ইনাক্-কৈরাক্ খুনবা, মমীং চৎপা ডোক্তর অমুসনাগী নাইতোম্ য়াওজবা মচানুপানি। মমা নৌনা কায়নখিবনা মপানা মাবু কেনা-মৌনা য়োক্ই, অদুনা মরম ওইদুনা মহাক তোনাল্লী। ঙাওশিন্নবা, লাংবা, কোইবা পাম্জবা মমান্নবশিংগা পুন্দুনা শঙ্গা চাউথোক্ই, মতমগী চীঙাক্ চায়। মহাক্কী খ্বাইদগী চান্নবীনি পুন্সি। পুন্সি কলেজগী ওজা জাদুগী মমোম্নি। মমা মপানা হায়বা কয়া মহাক্ মনাদা হাপ্তে। লৈশাবী ওইজরবসু নুপাদৌনা পুন্সি লেল্লী, নীশা চায়, লাংই, মানা অপাম্বা লম্বীদা চৎলী।

অসুম্না খাগেম্ব অর্মাদ পুন্সি মতম কুইনদগী মখোয়-মখোয়গী পুন্সিবু, মশক্ খঙদনা, মমল খঙদনা ইনখৎলক্পা মতম্গী অন্নাবা-চৈনা-মৈচাক্ পুম্বা খঙদ-উদনা কোই-লাংদুনা, নিশাগী ইপাক্তা ইরোইদুনা, ইনখৎলক্পগী ঈ খেংগৎলক্পগী মীকী-লাইকিদবা মতৌদা খৎনা-চৈনদুনা লৈরক্খিবনি। ফত্তবা অশীবগী লমদম্ হায়বদু মখোয়না কন্না থীরী। ফাগী ফাগীদগী লোয়নরক্পগী চান্নবক্পগী হৌনশা পুন্সি অওইবা য়াওনা খাগেম্ববু থম্মোয়নুংদা নিংজরক্ই। মখোয় অনীগী মরক্তা অতৈনা তৌনদবা ফাগী তৌনৈ, করেম্ কথায়নৈ. শিদনৈ অদুগা অমুক্সু পেন্না পেন্না নোক্মীন্নৈ। অসিগুম্বা মওংশিং অসিনা পুন্সি অওইননা খাগেম্ববু নুংশিহনবগী মরম্সু ওইরি। নহা ওইবগী পাখংওইবগী লাংজসনু ঙাওজসনু হায়দুনা মনিং তমহল্লম্বা খাগেম্বা মপানা মাগী মাংথরক্লীবা, কায়থরক্লীবা লমচৎ-শাজৎ, হৌনা-লোনচৎতা মীপাইরক্পদগী, লাক্শিনখি। মপান্দা থাদুনা এম বী এ তম্নবগী থৌরাংসে তৌখিবনি।

চহী মঙাগী মহে তম্বা দিল্লিদা চৎখ্রবা মতুংদা খাগেম্বানা, পুন্সি অঙাওবী ওইহৌই। নুংশিবা মঙোন্দা নুংশি হায়না ফোঙদোক্পা ঙম্হৌদ্রবা মাগী থম্মোয় লাপ্না-তাম্নখ্রবা মতুংশিদদি, খোইরাংনবা, লাংতক্নবা নিংঙমহৌদবনা নুংশি মৈচাক্ কল্লক্ই। মশানা মশাবু থেম্জিনজনবা নিশা চাদুনা খাংলক্ই, অসুম্- অসুম্ লাইচুরক্ই, হেনজিল্লক্ই। ফিভম্ শোক্চিল্লবা অঙাওবীগুম্নবা পুন্সিবু মমা-মপানা রিহেবিলিতেসন সেন্টর অমদা থম্দুনা লায়েং-পথাপ্ লৌনবা হোৎনরি।

নোংমা-নোংমা হৌখিবনা চহী মঙা হৌখিবা খংখিদে। ঙসিদি খাগেম্বা এম বী এ লোইরবা মতুংদা অমুক্ হল্লক্লে। হল্লক্পগা পুক্সিবু উনিংলক্ই, মনাক্তা চৎনিংলক্ই। মহাক্না অসুক্ কুইবা দিল্লিদা লৈরক্পদা পুক্সিবু নোংমত্তা মহাক্না নিংশিংখিদবা য়াওদে। পুন্নমক্ থাদোক্লম্লগা পুক্সিগী মনাক্তা চেন্নীংলক্পসু তনজা কয়াদা য়াওখিদবা নত্তে। মহাকসু হায়নিঙাই লৈতনা পুক্সিবু নুংশি। পুক্সিসে মহাক্কী মফম্দা কয়াদা মমল য়াম্লবা পোৎশক্ অমনো হায়বা, নক্না লৈনরিঙৈদা খঙখিদ্রবসু, উন্না-তান্নদ্রবা তাম্নখিবা মতম্ খরাদুদা মশেক্ শেংনা মহাক্ খংখ্রবনি। মাইগৈ অনীদা নুংশিগী মৈরীসে চাক্লখিবনি, নক্শিন্নবদি ঙমদনা থম্মোয় অনীদা।

"ইবুংঙো কদায়দনো তফিং-তফিং, হল্লক্পতমক্ মঙাইরি।" মপানা হায়রক্ই খাগেম্বানা হাথু হাথু চৎকে তৌবদু উবদা।

"পাবুং অসুৱাইফাওবদংনে, ফৎ চৎলগা সৎ লাউনা হল্লক্নি" খুম্লক্ই খাগেম্বা।

"মদুগী মতম্ হেনগ্রে ... চৎলুরন্ ... ইপা খংই নঙনা চৎকদৌরীবনো কদায়দনো হায়বা ... মদো কান্নদবা, মতম্ মাঙনবনি ... ইপা নঙগা শান্নগদৌবা ৱারী খরা লৈ।"

"ৱারীদু হল্লক্লগা শান্নরসি পাবুং, ঐ চৎতবা য়াদবনে!"

মপানা ফনা থিংদুনসু, অথীংবা পুম্ববু নম্খাইদুনা খাগেম্বা পুক্সিবু উন্নবা লাক্ই। নোংলৈবু থীংবা ঙম্গদৌবা পল্লোন অমত্তা তাইবংশিদা লৈতে হায়বদু নিংশিংলক্ই। পুক্সিগীনি খন্দুনা লৈরক্পা পেক্লু পায়দুনা খাগেম্বা পুক্সিগী যুম্দা লাক্ই। খাগেম্ববু উবদা পুক্সিগী মমা-মপা অনী মায়থোঙ ঙাংনা কপ্লক্ই।

"ইবুংঙো খাগেম্বা, ইপা ইচাগী পাউ তাবদা য়াম্না নুংঙাই, ইচানা পুন্ন মক্তগী অথোইবা ওইদুনা সনাগী লীক্লাং শিরক্পা ইপা নুংঙাই। নহাক্তি লাইবক্ ফবনি, নপাবুংনা নঙগীদমক্ মতিক্ চাবা থবক্কী থৌরাংসু শীন-লাংখ্রবনি, মতিক্ চাবী মমৌ মসু হায়না য়ান্নদুনা থমখ্রবনি। নহাক্তি লাইবক্ ফবনি, ইপানসু ইচাগীদমক্ তাইবং মপুদৈ নুংঙাই য়াইফবতা থৌনিজরিবনি।"

"পাবুং ... হায়বীরীদুবু করিনো ... ঐ য়াম্না খোইরাংলক্লে ....পুক্সিবু কদায়দা লৈবগে ... মাবু ঐগা অমুক্তা উন্নহল্লো!"

"ইমাবু ইচাদা করম্না হায়রসিগে? য়েংঙু তাইবংগী খেৎনবসে, নোংদম্বগী ৱায়েলসে। ইচাবুদি নপাবুংনা মী ওইনবা শেম্বা ঙমখ্রে। লাইরবা নমা-নপা অনীদি লাইরুবা ওইবনিনা নহাক্কী নচনবু মী ওইননবা শেম্বসু ঙম্দে। মমা-মপা ঐখোয়বু ৱারৌরীবরা, শাউরীবরা, ইচাদো ... (কপ্পী) ... ঙসিদি ঐখোয়দগী শেৎনা-খাইনখ্রে। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা ফুম্দুনা থম্লম্বা চৈনা কয়া খাঙবা ঙমদবদগী নিশাদা লাইচুদুনা পুন্সিগী অরোইবা চৈনাদো ঙাইদুনা রিহেবিলিতেসন সেন্টর দা লৈখ্রে। ইচাগী কাহৎলবা মায়থোঙ ইমা য়েংবা ঙমদে। মতম্ পূম্বদা নহাক্তবু শোন্দুনা লৈবীবনি। ইচাগী মায়থোঙতবু উজরবদি শীরবসু আতিয়াদা সনাগী কৈরাক্তা কাবা ফংজবগুম্বা নুংঙাইজগনি হায়। করম্বা মমা-মপাবু যাওরমখিদগে মচা নিঙোল লৈশাবীনা হীংননা হীংনা শীবা ঙাইববু য়েংদুনা লৈবা ঙমগদৌবা তাইবং মালেম্‌শিদা!!

অৱা চৈনা পূম্বা নাউপুরদুনা তাইবংগী মশক্‌পু য়েক্লীবা রিহেবিলিতেসন সেন্টর অদুদা পৃথিবী পূম্বগী অবাবা ভুংলবোই, খোঙথাং খুদিংদা উরীবা নিংবা কাইনিঙাই ওইরবা থম্মোয়বু শোক্‌হনবা শক্তম্‌শিং অদুনা খাগেম্ববু পীরাং শীন্থহল্লী। অমুক্তসু হেন্না মহাক্‌পু শোন্থহল্লীবদি অৱাবা অমদি হীংনিংবগী অশা পোক্তবা নুংশি মৈচাক্‌না কাহৎলবা পুন্সিগী মায়থোঙদুদা শেম্‌জিনবীদনা ইচোই চোইরবা মশম্-মনা লোইনরীবা শক্তম্দুনি। শক্তম্দুনা মহাক্কী থম্মোয়বু মচেৎ মশিং খঙদনা থুগাইরক্‌পগুম্ মচোই-মচোইরি। খাগেম্ববু উবদা পুন্সি মশা তেক্‌খৎলক্‌ই, পুন্সি অনৌবা য়েন্নীংথা অমনা লাম্মে মাইয়োক্‌নরুরবা নাকেন্থা অমগী থোংজিন্দা অমুক্ হল্লক্‌পগুম্ হীংনিংবা ফাওরক্‌ই। তপ্‌না- তপ্‌না খাগেম্বগী মনাক্তা চংশিল্লকুনা মতম্ কুইনা উরুদ্রবা, উজরুদ্রবা নুংশিবা মাগী শক্তম্বু পেন্না য়েংজরি। পুন্সিবু নুংশিনা য়েংলদুনা খাগেম্বা-

"করিগীনো অদুক্ মুন্না য়েংলীববু'? ঐসে নঙগীনে নঙগী পুন্সি! খাগেম্বগী পুন্সি সুপ্‌নতগী পুন্সিখক্তগীনি।"

"ৱাহে অমত্রা হায়খিনু, ঐবু পেন্না শক্তম্সে য়েংহনখো! চহী মঙাগী মৈচাক্‌সে পুদুনা ঐ শীবা ঙমলোই। মৈচাক্‌সে কোক্লনবা থম্মোয়সে ইংহনখিগে!"

"করিগীনো নহাক্লা অদুম্না হায়রীদুবু'! নহাক্লা অসিদা লৈবসে ঐ নুংঙাইতে, নঙ ঐগীদমক্ ফগদৌবনি, নঙ ঐগীদমক্ মফম্‌শিদগী হল্লক্কদবনি, নঙ ঐগীদমক্ হীংদবা য়াদে, নঙ ঐগীদমক্ অদুম্না হায়বা য়াদে!"

"নুংশিদরা অদুঙৈগী নঙ--ঐগী মঙাও থীরীঙৈগী পুন্সি! পুন্সিসে অদুমাইনা'দুম্ হিংগনি খনখিবনি অদুবু অহোঙবা নাইবা তাইবংশিনা পুন্সিসিদা পুরক্ই অহোঙবা মশীং নাইদা! করিসু খঙনরমদবা নঙ ঐ থেংনহনখি, মরূপ ওইহনখি, মতম্ খরা লোইনহনখি। থস্মোয়দা নঙতবু লাৎচহনখি নুংশিহনখি। অদুগা নঙ ঐ কায়নহনখি। অমুক্সু নঙনা মতিক্ চাবা মী ওইহল্লী, নিশাবু কাউথোকহনবা ঙম্হনখি অদুগা ঐনা অসুম্ অসুম্ মোৎলক্ই, নিশা চাবা হেনহনখি। ঙসিনা নঙ অমুক্ হল্লক্লে অদুগা ঐনা অমুক্ নঙবু থাদোক্কুনা চৎহনদৌরী। পুন্সিগী পুন্সিসিদা তৌরীবা মাগী চাংয়েংসে অঙক্পনি!"

"পুন্সি ... অদুম্না হায়গনো, নঙগী খাগেম্বনা হীংলীঙৈদা নহাক্না অৱাবা ৱাখল খনগনু, অৱাবা মায়থোঙ উৎকনু, পুন্সিদগী মায়থিগনু ..."

"পূম্নমক নঙগীদমক্লী, নহাক্ ৱাগনু পুন্সিনা নঙবু কৈদৌনুং থাদোক্লোই। হক্চাংসে মাঙখ্রবসু থৱায়সিদি কৈদৌনুং নঙবু থাদোক্লোই।"

পুন্সিনা তাইবং চেংজেল লোয়খিবা চহী মঙা শুখ্রে। ঙসিদি খাগেম্বগী অহানবা ফংজবা মচানুপীগী মীংথোনবা নুমীৎনি। খাগেম্বা মাগী লোইনবীগা লোইননা লাই-তিনগী থৌরম্ মপুং ফানবা হোৎনরী। খাগেম্বগী মীৎতা পুন্সিগী শক্তম্ উরক্ই, পুন্সিনা অমুক্ হল্লক্পা মীওইপোক্তো, মাগী মচানুপীগী শক্তম্দনি খংলবা খাগেম্বনা মচানুপীগী মমীং পুন্সি হায়না মমীং থোনখি।

## পুংজা হুমদ্রানিথোই

সনালৈবাক অরুবা ফিভম অমদা লৈরে। মতম অমদা হেক্তমক ইরাং অচৌবা অমা থোকপা য়াবগী ফিভমদা লৈরে। মৈহৌ মৈথা কনবা লমদমনি। লম্বী থোং লৈরক লৈকায় খুদিংদা লম্বী থীংদুনা মৈজাও থানরি, লুচিংবশিংগী চরুনা শাবা শক্তমশিং মীয়াম মমাংদা খোঙ্গোয়নদুনা মৈ থানরক্লী। নুপীশিংনা হকচাং মনুংগী ফিশিং অমদি ফনেকশিংনা খন্দুনা লম্বী থীংলি। নুপাশিংনা নাওরি মরু য়োৎনা হাপতুনা উবা খুদিং কাপলি। লম্বী শড়ক পূম্বা অকাইবা লীক্লি মচেৎনা ব্রাই চাইরি। গাড়ী কয়া তুম্না মৈ থাদোকপা, মীংশেল থুগাইবা কয়া কয়াসু উরি। অকিবা শক্তম হায়দো ওল্লবা মাল্লী।

পূং ৬ কী মমাংদা ইম্ফাল ব্রেষ্টকী লাঙ্গোল চীংগী মফম অমদা তমথীনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপীরল্লবা মীওই অহুমগী হকচাংশিং ফংখিবনি। মীওইশিং অদো নুমীৎ হুম্নীগী মমাংদা শকখণ্ডবা খুৎপু অমনা তোখাই- তোখাইবা মফম অহুমদগী ফাদুনা পুখিবনি। লমদমশিগী মরু ওইবা ডাক্তর মোহেন, প্রোফেসর পীটর অমদি ডাইরেক্তর নোরেনগী অশীবা হকচাংশিং অদো পুলিস কাংবু অমনা

লৌখৎতুনা কেস অমা ফাইল তৌখিবনি। মীহাৎ অদুবু য়ানিংদবা কয়ানা ইরাং হৌরক্তুনা, প্লেকার্দ, বেন্নর কয়াদা নিংঙমদা খোল্লাউশিং ইদুনা সি.এম. দা চংশিনখি। পুলিসকী লীচৈ মরক্তা মেমোরেন্দম অমসু পীশিনখ্রে। মীহাৎশিং অদুগী অপুনবা জে.এ.সিনা মহাৎ অদুবু ব্রুটল কিলিং ওভ মোহেন, পীটর এন্দ নোরেন হায়না টাইটল পীরি।

পৃং ১২ গী মমাংদা ইমুং- মনুংগী মীওইশিংনা শেলগী ডিমান্দদা ফাজিনখ্রবা মখোয় মখোয়গী মীওইশিং কন্নবা হোৎনখি। পুলিসনসু কন্না থি হুম্বগী থবক চৎথখি। লুপা লীচা মঙা- মঙাগী রেনসম ডিমান্দ অদু লুপা লীচা অনী- অনীদা য়ান্নদুনা থিনখ্রবনি। পুলিসনা মদুগী লংলা- লংজিন মচেৎ অমফাও পুথোকপা ঙমখিদে। খুৎলায় পায়বা মরাং কায়বা লমদমশিদা পুলিসকী থৌদাং য়াম্না শোল্লী। ফাখিবা মীওইশিংবু মতম চানা কনবা ঙমদে। অদুনা নোংমা নোংমগী প্রজাগী সেকসন কয়ানা পুলিসপু থাজবা হন্থরকলি।

পৃং ২০ গী মমাংদা খুৎলায় পায়বশিংদুগী অরোনবা কেম্পদুদা সনাগী মরুম কোকপা য়েনবা ওল্লবা মখোয় অহুম্বু খুন্নল্লীবা মমিৎশিং হাংদোক্তুনা মনিং তমহনখি। চানিংবা পীজখি। নীং- নীংবা লাই নীংহনখি। নুংঙাইবা ৱারী ৱাতাই শাদুনা মশাদগী অকীবা হন্থহনখি। হয়েংদি মখোয়গী পুন্সি মনীং তমহল্লনি হায়দুনা থাজবা পীখি। চৈনা, কিবা, অমদি থক্কৎপা অহুমগী পোৎলুম পুরম্বা মখোয় অহুমগী মশাদগী করিগুম্বা খরা থাংথখিবগুম ৱাখল ইয়াং য়াংখি।

পৃং ২৪ গী মমাংদা পুলিসনা মখোয় অহুম্বু কন্ননবা কন্না থি- হুম্বগী থবকশিং চৎথখি। চীংনবা কয়া ফাগৎখি। মরাল লৈজদ্রবা কয়াসু অৱাবা তাখি। লৈতাদ্রবা ইমুং- মনুংগী মীওইশিং ককঙাওনদুনা কোইচেন চেন্নে। ফোন্দা শেনগী ৱাফম য়ামিন্নদুনা মফম মতম য়াংনখি। শেনফমশিংদু শাগৎননবা ইমুং- মনুংগী মীওইশিং খোইরেন মশা পান্নখি। পোৎ- চৈ কায়থোক্তুনা, মীঙোন্দগী হংদুনা পৃদুনা থৱায়গী মমল পীদুনা থৱায় অদুবু কন্ননবা হোৎনখি। থৱায়গী মমল তত্তনা লৈনরীবা ইমুং কয়াগী পুন্সি নোংমা- নোংমৈ মশিং হেনগৎলকলি।

পৃং ৩৬ কী মমাংদা লমদমসিগী মীওইচা কয়ানা শেলগীদমক ফাজিনবীখ্রবা মখোয় অহুম্বু তেক্তা কায়দনা থাদোকপীরকনবা ৱাকৎ মীফমশিং ফমনখি। মেডিয়াগী খুথাংদা হায়জা ৱাহৈ থম্নরকখি। মপৃ পান্দ্রবা লমদমগুম লমদমসিগী ফমনাইবশিং মখুৎ পানদ্রে, মরৈ ককখ্রে। তৌরীবা পূম্বা তাবা, য়েংবা নত্তনা করিসু তৌদে।

অশীবতনা মাংজৈ, অৱাবা তাবতনা কপচৈ হায়বসে ময়েক শেংবা হেল্লকই। শেংদবা শাশিন্নবা খুৎলায় পায়বা মীওইশিংগী মরক্তা শেন তানবা কাঙবুগী মশিং নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। মী লল্লোনলিবা অসিগী মায়োক্তা সরকারশিনা করিসু এক্সন অমত্তা লৌখত্তে হায়দুনা প্রজাগী সেক্সন কয়াগী মীওইশিংনা পেন্দবা ফোঙদোক্লবগী চাং হেনগৎলকলি।

পূং ৪৩ গী মমাংদা লমদমশিদা ফোঙনখিবা পাউ-চে অয়াম্বদা শেল ডিমান্দগীদমক ফাজিনখিবা রহীমগী অশীবা হকচাং নোংমাইজিং চীঙ্খোংঙদগী ফংনখিবগী পাউ ফোঙনখি। অশীবা শক্তম অদুদা তমথীনা নুংশি হৈতনা নোংমৈ মরু তরুক কাপশিন্দুনা হাৎখিবগী ফিভম উবা ফংখি। লুপা লীচা অনীগী শেলগী উীমান্দ পীখিদবগীদমক মশিং নাইদ্রবা মরাল কয়া ইশিন্দুনা মাবু তমথীনা হাৎতোকখি। মীশি অদুনা লমদমশিগী মীওইচা কয়াগী থম্মোয় কায়হনখি। ফুরুভকী মরক্তা ইরাং পুরক্লবগী মৈরী চৃখি। লন্নাই শংস্থানা কয়ানা ইংনা তপ্না পূক্লীং ফাথনা চহী-চা কয়াদগী নুংশি-চান্নন্না লৈমীন্নরক্লবা মরীদু কায়দনবা হোৎনরী। পাউদুনা মখোয় অহুম অকিবা পোকহনখি।

পূং ৫০ গী মমাংদা অখুবা কানুং অমদগী পুথোরক্তুনা রহীমবু, মমীৎতা পুল্লম্বা অমুবা ফিদু লৌথোকখি। ৱাহং পাউহং কয়া চৎথদুনা, ৱায়েল বীচার চৎথখি। মমৈদা মনীং তমখিনবা অয়াবদু পীরমখি। নীংজনিংবা পূন্বা মীকুপ খরা নিংহল্লবা মতুংদা অমুক অমুবা ফিনা মমীৎ পুনশিন্দুনা মীওই খরনা মাবু ভান অমদা হাপতুনা পুখিবদু মখোয় অহুমসু উহৌই।

পূং ৫৫ গী মমাংদা, মফম কয়াদা কোম্বীং ওপ্রেসন চৎথখি, চীংনবা কয়াসু ফাগৎতুনা চেৎনা ৱাহং-পাউহং চৎথখি। মরুওইবা লম্বেলশিংদা পুলিস চেক্কীং কনখৎখি। মোবাইল ফোনশিং চেক তৌদুনা, মরী-মখোঙ শেংদবশিং ফাগৎখি। গাড়ীগী চে-চাং সুদবশিং ফাগৎখি। মহৌশাগী ওইবা পুক্সিদা অকায়বা থোক্তুনা, মদুনা মীওইচা কয়াদা শাথিনা খুদোংচাদবা থোকহনখি। অথু-অকায়গী থবক-থৌরমশিংদা চৈথেং ফংখি।

পূং ৬১ গী মমাঙদা মফম খঙখিদ্রবা মোহেন, পীটর অমদি নোরেগী ইমুং-মনুংগী মীওইশিং থকৎ-মিপাইনখি। মফম খুদিং হংদুনা কোইথি থিনখি। নুমীদাং ৱাইরম পূং ৮ মুক তারকপা অদুৱাইদা অকিবা ফংলবা ফোন অদু ফংখি।

লালহৌলুপ অমগী মখুৎতা লৈরে, হীংনা পাল্লবদি লুপা লীচা মঙা পীগদৌবনি হায়দুনা কিহল্লকখি। মখা তাবা ৱারী পূম্বা মতাং চানা পীরক্কনি হায়দুনা ফোন থমখি। ৱাহৈশিংদুনা ইমুং - মনুংগী মীওইশিংগী থৱায় খুবাক্তা হাপনখি। চাবা - থকপা পূম্বা কাউহনখি।

পৃং ৭২ গী মমাংদা মখোয় অহুম্ব নিংথিনা প্লান তৌরবা থৌরাং অমগী মখাদা তোঙান - তোঙানবা মফমশিংদগী য়াম্না খুৎ নাননা অমম্মমতা ওইনা লৌখৎলকপনি। চৎলিবা মায়কৈদু মশক খঙদনবা মমীৎতা অমুবা ফী অমম্মমনা চেৎনা পুনশিনালি। পৃং ৬ কি লম্বী চৎলবা মতুংদা চীংনুংগী উমং অমদা মখোয় অহুম্ব মমীৎ হাংদোক্লুনা ফমহনখি। মফম অদুদা লৈরম্লীবা মওং মতৌদু উবদা মখোয় অহুম মীপাইখি। মখোয়গী ৱাহংগী পাউখুমদি শেলনি শুপনগী শেল। অশোইবা মচা - মচা খরা পুথোক্লুনা মখোয়গী মরাল শীরী। অদুবু পুম্নমক্কী বারোইশিন্দী পৈশানি পৈশা। মখোয় অহুমসু শকখংনবা নত্তে, মখোয় অহুম্ব হান্না মখোয়না মাঙখ্রে হায়না উখ্রবা পাউচে, রেডিও টিভীদা তাখ্রবা রাহীমগা পূন্না কা অমত্তদা নমশিন্দুনা লৈহনখি। মখোয মরী তরক - তরক য়েংনখি মীৎয়েংশিং। ময়াইদা য়ূম্বীগুম য়ুংদুনা লৈ পাউখুম লৈত্রবা অচৌনা ৱাহং অমনা।

## চীংখাইনরকপা

থৱায় লৌগনবা যম নিংথৌনা, মাগী ধাতু মতুমদুনা ময়াংলেন্দুদা হন্না- হন্না য়েরকপদুদা খাংবা ঙমদ্রদুনা লেনহৈবা মীকপ খংখোক থোরকপদদি মমান্নবা তোমচৌনা হৌদোক্লুনা লৈরম্লা ওইল্লে। মনিংগী ইংখোলগী হৈনৌ পাম্বী লাইওইরবীদো মদুগী মংখোঙদনি মহাকনা ঙরাং অহীং য়ারেকখিবদো। মদু খল্লুবগা তোমচৌ মখোইদৌ শাউগৎলী, মহাক ৱাফম অদো হনগৎনা নিংশিংবা পামদে অদুনা তোমচৌগী ৱাহংগী পাউখুম অমত্তা পীনিংদবনা মাগী ৱা পুম্না থাওই ৱাওইবীদে। অকংবা নুঙদা ইশিং হৈবনি খঙলবা তোমচৌ ৱারীদু অমুক শাংথদবে। মত্তাংদুদা তোমচৌগী মোবাইলগী রীংতোন খীংলকই, মমান্নবা খোইনীংগীনি খঙলবা রীংদো রীসিভ তৌই, -

"হায় খোইনীং, কৈ লৈরগে অসুক ঙন্না ঙম্না" ?

"অরুবা অমা লৈবে ভাই, ঐ ঙরাং নুপী চেল্লে"

"(খংবোই- লাকপোই ইঙক ঙকনা) করিনো হায়সিবো, নঙবু?"

"ঙরাং লুহোংফমদগী খুদক্তা খংনরগা, খুদক্তা লুহোংফমদগী ডাইরেক থৈফমদা পুদুনা চৎলবনি।"

"ঙাইঙমদবা হায়দুনি নঙসিসু, অঙকপা তরেৎকী মনুংদা নঙসু সোইদনা য়াওহন তারে"

"ঙাইঙমবা, ঙাইঙমদবা করিনো, ঐ মদু খঙনিংদে, কোক অসে তাংশিল্লক্লে শমসে কেনশিল্লক্লে, নাইতোম পুন্সিসে হিংনা হিংনা পুন্সিসে নাইতোম তাদৌরে, অকিবনা, মীপাইবনা য়োল্লবা পুন্সি অসে মরেক- মহাও য়াওদরে, তাঞ্জাবু ফংলবদি মাঙহন য়াদে খুদোংচাবা লৌবনি ভাই, অঙকপা থাদোক্লগা লাকপীরো, মখাদি কমদৌসিগে হায়বদো তান্নমিন্নসি, থুনা লাউ, লেনহৈবদি হৌবীরকলনু, মাসু মথা শারমখিনী ঐ ফোন থম্মে।"

ফোন হাপচিল্লদুনা তোমচৌ ঙসাইদগী ৱারী পূন্বা তাবীবা লেনহৈবদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "ভাই কমদৌনি থৈহাক চৎলুখিগে, মী - মীগী মতম য়ৌরক্লবদি থৈবা যাদে হায়বদুনি, ঙবাংনা নঙ, ঙসিনা মা, কনানা খংবা হয়েংনা ঐগী ওইবসু? অদো নঙ য়ুমদা চংঙু য়াম্না ইংনা তপ্না মেন তানা লোইননবা হোৎনৌ। নঙনা অসিদা অহীং য়ারেকপনদী য়রোইনে। হৌখ্রদি হৌখ্রে, মদু লোইখ্রবনি। নঙনা নীংঙমদ্রীবা থৌদোক্তো অমুক হল্লক্লনা শেমদোকপা য়াবা নত্তেনে। নুপা থোকউ ইতাও, নুপা থোকনা ওইরীবা অমদি লাক্কদৌরীবা ফীভমশিংদু মায়োক্ল বা ঙমননবা হোৎনৌ। মায়থীরবগুম নিংহন্নগনু নিংহন্নববু নমখায়দুনা মোমোন মীনোক পুরকউ, ঐ খঙঙী ঐগী ইতাওসে থৌনা লৈবনি, থৌনা লৈবা নোংশানি, ঐ চৎলে"।

তোমচৌ চৎখ্রবা মতুংদা হৈনৌ পাম্বীদুদা ঙাথদুনা মাগী হৌখ্রবা শোয়রবা খোঙথাংদুবু নিংশিংনবা হোৎনরকই, মহাক্কী লেম্না হৈবা থম্মোয়দো থেমজিনবা ঙমদবদগী মহাকনা নোংমতদা খংনখিবনি রাশি লৈবী অমুবী বেমবেম অমদি ফজফম খঙদবী অঙৌবী মাইপাকপী।

তোখাই তোখাইবা লৈকায়গী লৈকোল অনীদা শাৎচবী লৈনম হুরবী লৈশক তিন্নদবী লৈরাং অনীসে চহীগী হৌখ্রবা লমতা য়াউশংগী তরা মাপলনি পানবদা চোংখিবা য়াওশং থাবল চোংমিন্নখিবদগী খংনখিবনি। নুমীৎতুদা মপীজাশিংগা লেনহৈবা য়াওশং,থাবল চোংফম তরুকতা থাবল চোংখি অদুবু ৱারী শান্নবা নুংঙাইখিবা মখোয় অনীবু মফম অনীদগী ফংজখিবনি।

নোংমনা রাশী লৈবী অমুবী বেমবেমগা, নোংমনা ফজফম খঙদবী অঙৌবী মাইপাকপীগা নুংশি ৱারী, তুংগী ৱারী, পম্বুং ৱারী মশীং নাইদনা থা তরুক লীশাংশিংনা শান্নদুনা, নুংশিনদুনা, চীনমেন্নদুনা লাকখিবনি। অদুবু হৌখিবা নোংমা- নোংমদুনা উলৎ- পালৎ তৌদুনা হৈ- শিংবা শাদুনা উৎ চাইরমবা লেনহৈবা ঙসিদি মরালনা মপুং ফারক্তুনা মশানা শেমজবা লাংদা মশাবু থুহনজরে। মহাক ঙসিতা ময়েক শেংনা মশক খংলকই, ফাগী য়াদবা নুংশিবনি, লেন্না য়াদবা থম্মোয়গী ইহুলনি, শান্না য়াদবা নুংশি মৈরীনি হায়বা। অসুম্না ঙসিদি মহাক অনীমক্কী মপৃ ওইয়ু হায়না তন্নরে। নিংঙাই কনবী রাশি লৈবী অমুবী বেমবেমগী পীরাং, য়েংঙমদ্রদুনা মহাকপু চেল্লুবা নুমীৎ অদুদগী ফজফম খঙদবী মাইপাকপী ব্রোং- ব্রোং শৌবা ইশিংগুম মশাবু ফাঙম লাকঙমদনা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরে। বেমবেমগী হৈজিংপোৎ নুমিংকী নুমিদাং অদুমক্তদনি মাইপাকপীনা ব্রজগী মৈরীক খিকথখিবদো লেনহৈবগী কোকথক্রো।

নুমীৎ অদুদা অমুক মখোয় অনী চেল্লে। অসুম্না ৱাথোক ওইরবা লানফম অদুদা লুহোংবসু মৈথক্তা নেৎনরকখি। নুংথিলগী মতমদা মাইপাকপীবু লেনহৈবদা লুহোংবীখি অদুগা নুমিদাংদনা বেমবেমগা। নোংমত্তদা লুহোংফাল অনীরক ফম্লগা লেনহৈবা লাইবক ফরীবরা নত্তগা ফৎত্রীবরা হায়র্বাদি খঙদে অদুবু লাইবক ফবী অনীগীদি মপৃ ওইজখি। মংদগীসু হেন্না তমথীরে খল্লম্বা থৌরমদুদি লোইশিনখ্রে হায়ববু অদুদগীসু হেন্না তমথীবা শক্তম অমা মমাংদা তাররে। উন্নবা য়াদ্রবা মখোয় অনীগী মরক্তা মহাক য়েরুম ওইরুবা তরিবরা খল্লুবদা ৱাদবা ঙমদে। কনাগীদা হান্না, করমবদনা কোন্না মহাক্কি ৱাখল ফকচীল্লকই। মখোয় মখোয়গী মায়কৈদা খোঙ থাংজিল্লকপা ঙাইরল্লীবা অনৌবী অনীদু লেনহৈবগী লেংঙমদনা নপশিনখ্রবা মতৌদু উবদা ঙাইঙমদনা পাইশিন্নরকই অমদি খুদাং অমমম পায়নদুনা মাগী মাগী মায়কৈদা চীংনরকই ,"ঐগীদা হান্না, ঐগীদা হান্না"। তৌনরীবা মতৌ অদু উরুবদা মবুক লাম্লবা লীনবী অনীনা হংঙোই অমবু ফংবদা হান্না য়োৎপা ফংনবা মুন্নবগুমসু মাল্লী। লেনহৈবসু মদু মঙাই, মশা তঞ্জাই তাথোক্তুনা য়েনথোকপা য়াবসু নক্তি, তৌরবসু করিবুদি তৌরুনি, মখোয় অনীমক মহাক্লা চপ মান্ননা নুংশি, লুহোংদুনা মখোয় অনীবু মাগী নুপী ওইরে হায়দুনসু মতম অমত্তদা মীকুপ অমত্তদা অহীংদুগী নুংশিবদি য়েনবা য়াবা নত্তে। অহান- অকোন ঙাইনবা তাই। অদুবু মখোয় অনীগী মতৌশিদি মদু য়াগদৌবৈ মমী উদে, ঐবু মাগী মাগী

কানুংদা চিংশিন্নবা লাকনরী। ঐ খাংবা ওল্লক্লে, ইশাসে চীংখাইনরকপদুদা শেবাক ফাকনা শেগাইখ্রদৌবোই খল্লকই। মখোয় অনীদগী খুৎ অনীমক চীংথোক্তুনা শাউচৈ চৈ "ঐবু শেগাইদুনা হাৎলগে হায়রীবরো নখোয় অনী মীনা হায়বসু তাদে, করিগীনো অসুক অনম কন্নরিসিবু ঐসে নখোয় অনীগী নুপানে নুপা, অউনপোৎ নত্তেনে ...!"

লেনহৈবগী ব্রাদা বেমবেম "অউনপোৎ নৎতবদুননে ঐনা চীংজরীবসে, ঐসে নহাক্কী নুপীনে, ঐনা করম্না নহাকপু হাৎতোইনো? নহাক্তি ঐগী মপুনে, মপুগী শেবাদো ঐবু হান্না ফংহনবীয়ু হায়জবনে?"

"নত্তে, নত্তে, ঐসু নহাক্কী খ্বাইদগী নুংশিবীনি হায়দাই, খ্বাইদগী নুংশিবী ঐবু ইবুংঙোগী শেবা তৌবা হান্না ফংহনবীয়ু। ইবুংঙোগী শেবা পেন্নবা তৌজনবগী য়াথংদো ননাওদা পীনবীয়ু।" মাইপাকপীনা লেনহৈবদা ওনশিন্দুনা ঙাংলকপা মতৌদু উবদা লেনহৈবা, "অমুক্তা খন্থনখো! নখোয় অনীগী ব্রাসে লৌশিনবা য়াবা য়াওরীবরা? ঐসে মীৎ মরী পানবা, খোঙ মরী পানবা, হকচাং অনী শুবা অদুমক্তী নত্তেদনা। চপ মান্নবা মতমদা নখোয় অনীগী কাদা ঐনা করম্না চংদোইনো হায়বা?"

মখোয় অহুমগী চীনগী লান অরোই অখম নাইবা লৈতরী। অমসু অমসু হন্নদে, অমনা অমগী ব্রা তান্নদে, য়েৎনবনা ব্রাই চাইরী। ফক্লাংদা থেৎলীবা ঘড়ীদুসু চৎপদি লেপ্তুবনিনা মাপল, তরা, তরামাথোই, তরানিথোই তাশিল্লকই, চীনগী অরাই- অখুম অদুদগী খুৎ য়াওনরক্তুনা লানফম ওল্লক্লে, মশম মনা ফোইনরক্লে, থরো-থরো লৈমায়দা ওন্নরক্লে। খাংদুনা লৈরম্বা লেনহৈবা ব্রাহৈনা য়াদ্রবা মচৎতুদা, মখোয় অনীবু খুৎ থোক্লা ফুগৎলকলে, চৈ থাংলবদুদদি মাগী-মাগী কাদা চেনশিননখ্রে। তারসনু মতাগুম লেনহৈবনা চৈরম্মী "ঐনা হায়বা য়াদ্রবনিনা নোয়না থোকপা তৌহৌরো ঐ চৎলে"। অসুম্না মহাক হৈনৌ পাম্বী মখোঙদুদা অহীংদু লেনখিবনি। অশোমদনা লুহোংবগী অহীংদু মপৃ য়াওদ্রবা ফমুংশিংদুদা মপুবু ঙাইনা-ঙাইনা কপনা-কপনা লৈরাং অনীদুসু লেনখিবনি। নুমীৎকী মৈশা হেন্না হেন্না ফংলবদুদদি লেনহৈবা হৌগৎতুনা অমুক ময়ূমদা অনীশুবা লানজাও থেংনরুনবা শেম শারকই মথম্মোয়দা "ঐগী দশাসে অতৈদদি তাদবা ওইয়ুহে" খন্না-খন্না লাকপদা থোঙজিন্দা ঙাইদুনা লৈবদু উই অনৌবী অনীদুনা নাকল-নাকলদা।।

## মীশা

তংদু লৈতাদ্রবা, মফম লোইশিনফম খঙদনা চরাংনরবা ইংনা চীক্লা পানবা হায়বদো মচেৎ- মত্তা লৈরক্রুবা, মীকুপ কাংদা অথীংবা, ব্লাকৎ- মীফম, য়ৈখাই থুগাইবা, খোল্লাউ খোঙচৎ, ব্লাকৎ চে পীশিনবা, ফুগাইবা, কিহনবা, মীফা- মীপূন মরকশিদা লাইরীক তম্বা ফংজদ্রবা মহৈরোইশিংগী খোল্লাউশিং। দুগা অমরোমদা ফাবীখ্রে, ফুবীরম্লে, হাৎপীরমলে, থব্রায়গী মমল তাল্লক্লে, নোংমৈ কাপশিল্লমলে, পোখায়নবা থনম্লে, পোখায়হল্লে, শেল পীনবা চে পীশিল্লমলে। মরকশিদনা য়ু থকপা, হেরোইন চাবা- কাপ্পা, নিশা গুলী চাবা ফারে, নোংমৈগা কোন্না ফারে, নোংমৈ মরু ফংলে অকিবর্তনি। অনা- লায়েংশঙদনা শেল পীদ্রবদি লায়েংবীদ্রে, লায়েংলিবনা শেলগীদমক অনাবা থওইদবগী অনাবা হাৎলে। লোইশঙশিংদনা থোঙ- ঙাকপদগী হৌদুনা অচৌবদু- ফাও শেল পীদ্রবদি মরুওইবা চে- চাংশিং অমত্তা য়েংশিনবীদ্রে, পীবীদ্রে, অথু অকায় নংহনবীদ্রে। থবক অমা চংনবা হোৎনবদা ফনা ব্রাখল লৌশিং থোইদুনসু শেলবু পীদ্রবদি খনবীদ্রে। মসিনি ঐখোয়গী ঙসিগী কংলৈ ইরমদমসিগী মশক ... মসিতা নত্তে লৈবাক্কীদম্তা

থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা লালহৌজরীবা কাংলুপকী মশিং লৈঙাকপা ফম্নাইবশিংগী পার্টিগী মশীংদৈ হেল্লী। মসিনি তমথীরীবা, চেং য়াঙকোক অমদা তিল চাবা চেং খুজোক অম-নীদি য়াওদবা নত্তে। মসিনি অচৌবা ব্রাথোক অসিগী মৈজাও ওইনা চাকহল্লী মৈহৌদি ...

অমর কৌবা য়াওল লুচিংপুরেল অমগী মখাদা চহী নৌরীবা লুব্রাংলৈমা য়াওলশিঙ্গা পাংথোরকপা চহী অনী হাইরক্লে। লুব্রাংলৈমা মথৌদা পৃক্রীং চেৎপী, থম্মোয় হাইগন্দবী, হায়নখি ব্রা থবক্তা ওম্থোক হৈবী লাম্মীনি। মশাগী হায়বা মচেৎ অমত্তা খনবা তৌদনা মরৈবাক্কী শেবাদা মপুঙ্গি কথোকপা ঙম্বগী মথৌনা মরীংজেলনা লীচিং ওইদুনা মহাক নোংমা নোংমগী মপূং ফারবা লাম্মী অমা হায়বদো ওইবা হেনগৎলকই।

লুব্রাংলৈমা ঙসিদি নিংশিংলকই মাগী হৌখ্রবা পুঙ্গি ব্রারী মতেক খরা ... মহাক্কী অব্রাৎ অপা লৈত্রবা পীক্লবা চীংনুংগী খুঙ্গং অদুদা মতম অমদ লেনমীন্নখিবা মমা-মপা, মচেগা হরাও-নুংঙাই হীংমিন্নখিবশিংদু মরী-মরী ... ভারত লম্মীশিংগা য়াওল লাম্মীশিংগা নোংমৈ কাপনদুনা হাৎন-শুনশ্রবা মতুং, লাম্মীশিং ফাগৎপগী মীংদা ভাবত লাম্মীশিংনা চৎথরকপা শমজেট হাৎথরকপগী মীংদা খুদোংচাবা লৌদুনা পাকশন্না লৈমা-লৈশা কয়াগী ঈজৎ মাংহনবীখি। মখোয়শিংদুগী মরক্তা লুব্রাংলৈমগী মচেসু য়াওখি। তাইবংগী মীনোক মৈশা কিবনা লুব্রাংলৈমগী মচে নিংবা কায়না থৌরী য়ান্দুনা শীখি। অব্রাবগী মথক্তা অব্রাবা মৈচাকলক্তা লুব্রাংলৈমগী মমা ব্রাখল লায়নানা শীখি। তৌরীবশিংদু মায়োক্লবা ঙমদবদৈ মপাদি ঙাওদুনা অঙাওবা ওইখি। ইংনা চীকনা নুংঙাইনা পাঞ্জরম্বা মহাক্কি ইমূং পূমচাই চাইখি। পূম্নমক উনা উনা পীক্লীবী লুব্রাংলৈমা করিমত্তা তৌবা ঙমদনা পীক্লীবা মখোঙ মখুৎ পূম্বা পংথরম্মী। অদুবু ঙসিদি লুব্রাংলৈমা লৈশা ফারক্লে, পাঙ্গলক্লে, অচাকপা থম্মোয়গী মৈচাকশিংতনা মপূং ফানা ইক্লবা মৈগী হকচাং হায়বদু ওইরক্লে। ব্রাখলসিনা মাগী থৌনা হন্থ-ঙমহনদে।

পার্টিগী চাউখৎ-থৌরাংগী মখাদা শেমগৎ-শাগৎনবা শেল খোমগৎপা, পোৎ-চৈ লৌখৎপগী থবক থৌরমশিং লুব্রাংলৈমনা পায়। মশীং খৎদনা অচুম অরান থিদনা মথৌ মশক খংবী লুব্রাংলৈমা মীওইচা কয়াদগী শেল লৌখৎপা পোৎ-চৈ খোমগৎপগী থবকশিং চৎথরকপা মতম শাংলক্লে। মরক-মরক্তা

পার্টিগী য়াথং ইনদে হায়দুনা পার্টিবু শীংনবগী চৈরাক ওইনা মীওইচা কয়াবুসু লুরাংলৈমদা হাংহল্লী। পার্টিগী চৎনা পথাপ ইনদে হায়দুনা পার্টি মনুংগী মীওইশিংসু হাংহনখিবা মশীং য়ামলে। নোংমা নোংমগী চৎথরকপা লুরাংলৈমগী মমা লৈবাক্কী শেবাদু অরানবনি হায়বা মতমনা উৎলকই। মীওইচা কয়ানা লুরাংলৈমা অমদি মাগী পার্টিবু য়ানিংদবু উৎনবা হেনগৎলকই। লুরাংলৈমা মীয়ামগী য়েক্লবা ওইরকই। অদুগুম্বা ইহৌ অদুনা মহাক রাখল খন্থরকই। অমরগী মরমদা থিজিল্লকই। অমরগী য়াথং মতূং ইন্না মশানা পাঙথোকখিবা থবক কয়াদি চুমদবা ওইরমখি। মহাক মশানা রাখল তারকপদা নাম্থোকফম লম্বী লৈত্রবা লৈবাক্কী য়েক্লবা মপূং ফানা ওইরম্লে। পুলিস রেকোর্ডতসু চাউনা চাউনা মশক্তম য়াওবা রারোলশিং চনশিনখ্রে। মাগী মমীংদা লুপা লীচা অমগী মনা লাওথোক্লুনা হীংনা অমদি শীনা ফানবা পাউ শন্দোকখ্রে। ইচম-চমজবী লুরাংলৈমা মদু তাবদা রাখল মাংই। মহাক মশানা মশাবু রাথোক হন্থনবা হোৎনজরীবনি খনজরম্বদু রাথোক হেনগৎহন্ননবা ওইরক্লবদা তুকৎচবা মদোম ফাওরকই। মহাক অপংবী জীব অমা ওইরুবনা অমরনা মাবু খৎলায উইনা শিজিন্নবনি হায়বা খঙজরকই। মহাক্কী পুন্সি, মহাক্কী রাখল পুম্বা হৌজিক্তি ইমোৎ মোৎলে ইচাই চাইরে। মরালনা মপোৎ ফারবী নুপী অমা হায়বদো মহাক ওইরে। মহাক্কী খোঙফম আ- য়ৌশিনখ্রে তুংহনফম মফম লৈত্রে খংলবনা মহাক্না ফনা চুমথোকপা, শেংদোকপা পান্নবসু মদুবু তাবীনবা থাজবীনবা কনা উরক্রে। মাংদনা পুলিস- থানা লান্মী, তুংদনা মাবু তুকৎচরবা খোইশাউনরবা মীয়াম। মহাক খংঙি মাবু নোংমা নত্ত্রগা- নোংমদি মীয়াম্না নত্ত্রগা পুলিসনা হাংলগনি হায়বা অদুবু মানা কিরীবদি শীবদু নত্তে অমুবা কালি অদুনি। মহাক শীবা তারবগসু অশেংবা অদুমদি পুথোক্লমগে খল্লী। অদুবু মতৌ করম?

নুমীদাং অমদনি লুরাংলৈমা মখুৎমকনা ইজবা চেরোল অমদা মহাক্না পাঙথোকখিবা ফত্ত্রবা থবক থৌরমশিংদু অমরগী লান্না লমজিংবা খুজিন- থৌরাংনি হায়না ইজে। অমর কনানো হায়বা মশক তাক্লদুনা নিংথীবা রারোলশিং চেরোলদুদা ইরী। চেরোল রারোল চেদু ফীরীৎ খাউদা হাপলদুনা, লান্না লম্বী লমজিংলীবা অমরবু হাংলগে হায়না চপ য়ুংনা লেপপী।

শীগনি হিংগনি তমঙমদ্রবা লুরাংলৈমা শুকলবা চীংনুংগী মীরোৎশঙদা লোত্তুনা লৈরীবা অমরগী মনাক্তা নোংঙানবগা য়ৌরকই। অমরবু উবদা শাউনিংবনা মৈ হৌরবা লুরাংলৈমা অশেংবদু করিনো, অদুম্না মঙোন্দা করিগী তৌবীরীবনো

হংজৈ। অমর নোকফেং তৌদুনা হায়রকই "ঐগী অশেংবা ইশক্তি নঙনা খঙলী- উরীবদু নত্তে... ঐহাক নিংতম ইহৌগী মীংদা নখোয়গুম্বা ৱাখল খল্পদনা লমন খুমজনিংদুনা লম্বী লংফৈনরবা কয়াবু ঐনা অপাম্বা মওংদা ইহৌগী মীংদা শীজিন্নদুনা শেল তানবা ঐগী শীনফম্নী। ঐহাক মতম অমগী ড্রামারোই অমা ওইরকই। মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা নখোয়গুম্বা কয়াদা ড্রামা শান্নদুনা নখোয়বু পংথহল্লগা ঐনা ঐগী থবক্তা শীজিন্নখিবা ঙাক্তনি। ঐহাক্কী অশেংবা মীং মনিকান্তা। খুন্নাইশিগীনা ঐসে শেনযাম পায়বা মনি। নুপী নহাশিংগীনা অঙৌ। মরমদি ঐ নুপী- নহাদা য়াম্না চোপপী। মশক ফজবী, চূং- ফীরাল চুম্বী কয়াগী হকচাংদা ঐনা মোন খাঙনরক্লি। থবক চংজনিংবী, শেল পামবী লৈমা- লৈশা কয়া- কয়া ঐগী ফম্মুংগী মরুপ ওইখ্রে। ঐসে অরায়বা মীদি নত্তে। ঐগী য়ুম হোটেল, দুকান মশীং খংদনা ইম্ফালদা লৈ। সিঙ্গাপুরদসু অচৌবা য়ুম অমা লৈদুনা লৈরীবনি। অদুগা পার্টিশিংগী মমাংদনা অমর, মমা লৈবাকপু নুংশিজবা, ইমাগীদমক কখোকচরবা মানবা ড্রামা হৈবা মীশক অমর। খংলেদনা লুৱাংলৈমা ঐগী ইশক। অদুবু নঙগী লাইবক থিবনা ঐবু মশক খংলবনিনা নঙ হীংবদি য়াররোই। লুৱাংলৈমা নুংশিদা নঙগী নপুন্সি মাংদনা তেন, তুংদনা তা, নঙ শীবা তাবনি, ঐগী হায়বা ইনবী লুৱাংলৈমা। অদুবু ঐ নঙগী মপোক্তো নুংঙাইবা মশক খঙদনা মাংহনবদি পামদে, নঙনা ঐগীদমক য়াম্না ৱাবীখি, ঐসু ঙসিদি নঙগী ননীংশিফাওদি থুংহনবা হৌনৈ। লুৱাংলৈমাবু চীংশিন্দুনা মবুক লাম্লবা কৈনা শা চাবগুম মনিং তম্বা হৌই। লুৱাংলৈমা ঙৈহাক ৱাখল মাঙই, অদুবু থুনা ৱাখল তারকই চৈনাদুদা। টেবল মথক্তা থম্লীবা নোংমৈদু উরকই, অমরবু লাক্লনা ইম্বোক্লগা নোংমৈদু পায়দুনা মশীং খংদনা কাপতুনা অমরবু শোকহল্লী। মফি- মরোল শেংনা- শেংনা অমরগী মমায়দা মখোঙনা কাওদুনা চৈ "হে! শা নঙদি মী নত্তে মীশানি। নোংমৈ মখোলদুদা লাম্মীশিং চেনশিন্নরকই, লুৱাংলৈমা খোঙলৈ য়াংনা চেল্লকই। খুল অমগী মপাদা মাবু লাম্মীশিংদুনা কাপ্পুনা হাৎলি। অশীবা হকচাংদু উবদা খুঞ্জাশিং মরোল লোন্নরকই। পুলিস লাক্লনা অশীবা হকচাংদু লৌখৎপদা মশাদা লোইনরম্বা চেরোল থেংনবদগী, মাবু লান্না লমজিংবীখিবগী মরমশিং, খংলকই। অমরগী অশীবা হকচাং ফংলবা মতুংদদি লুৱাংলৈমগী মরাল কাউনখিদুনা লুৱাংলৈমবু মীয়াম্না থৌনা ফাবী অমনি হায়দুনা শীংথানবা হৌরকই।

# ইরোন্নুংগী থবায়

পাউচে অমগী অইবীদো প্রপ- প্রপ লায়েংশঙদুগী নুপী অনাবা লৈফমলোমদা চংশিল্লকই। ময়াম্বগা মতৈমগনা শেবা তৌরীবা লৈশাবী অদুগী মায়কৈরোম তম্না খুৎতা চে কলম পায়রীবী নুপীদুনা হংলকই লৈশাবীদুদা "লীক্লাই ওইবীরবা নত্রা?" লৈশাবীদুনা খুম্লকই "অহোই ঐহাক লীক্লাইনি." লীক্লাইগা উন্নরবদুদা পাউমীদু শক্তাকলকই, "ঐহাক নোংথাং লৈমনি, 'মীরোলগী য়াওল' কৌবা পাউ- চে অদুগী পাউমীনি। ঐহাক নঙোন্দা থোকখ্রবা অঙকপা থৌদোক অদুগী মরী মখোঙ খরা খোমজিনবা লাক্লীবনি। ঐনা থাজে, নহাকনা শোইদনা ঐগী ৱাহংশিংসিগী মরীক চুম্বা পাউখুম পীদুনা ইখৌলাংলিবা মীয়ামশিগী খঙনিংবসে কোকহন্নবা হোৎনবদা লায়থোকহনগনি।""খঙবীনীংবদো হংবীয়ু. ঐ হেক নিংশিংবা ঙম্বা নত্রগা অখঙবশিংদু মরীক চুম্না হায়দোকচবা ঙম্নবা হোৎনজগে" লীক্লাইনা খুম্লকই। "নহাক খঙব্রা লীক্লাই, অঙকপা নহাক্কী থোদোকশিং অমদি নঙগী ৱাহৈশিংদুনা মথং- মথং কাখৎলক্কুনা ঙসিদি পাউ- চে অয়াম্বগী অহানবা লমায়গী অচৌবা ময়েকনা ইবা পাউ ওইনরে ...।"

"চুন্মী, অদোম্না হায়বীবা, অমম্বা সংসারশিদা অসুম লৈনা লৈনা ঐগী মীৎশিসু নোংমা নোংমগী মমশিল্লকই, খঙহৌদনা নোংমদি ঐনা উরকই মঙাল ফুদোকচবদি ঙমজদ্রবা তন্দনগী মঙাল অমা, মদুবু ঐনা মশক খঙনবা হোৎনজবনি অদুদা ঐগী থৌদোকশিং অসে অমম্বগী তাইবংশিদা হীংলিবা মল্লবা মীওইশিংসিনা তায়োন্ননা উবীবগী ৱানি। তায়োন্নবা হায়বসিমক্তবু অনৌবা পাউ অমনি মদুনি অশোম্নসু তাবী উবীরীবা। অদুবু ৱাফম অমনা তাইবংশিদা থোক্লীবা থৌদোক খুদিং খনবীয়ু অফবগী ঙাক্তনি। খেৎনরীবা হায়ববু মীৎয়েং মীৎয়েংদুগী উবা ঙম্বগী চাংদুতনি।"

"ইখৌলাংজরীবা ৱাফমনা, করম্না কমদৌনা অদোম্না ৱাফমসিগা শম্নবীরকপনো?"

"মমাঙদসু হায়জখ্রে, তাইবংশিদা থোক্লীবা থৌদোক খুদিংসে মবম অমা নত্তগা অমগা মরী লৈনরকপা ঙাক্তনি। নৌরীঙৈ মতমদা মরক-মরক্তা ঐগী মংলান্দা তমথীরবা লান্মীগী ফিজোল শেৎপা নুপা অমনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মমালৈবাক্কীদমক থৌদা পুরীবনি হায়দুনা অনৌবা ইরমদম অমা শেমদোকনবা কোলহীং কাদুনা চাথৎলবা ইরমদমশিগী শেনজা-থুমজাদা হারবা মীওই খুদিংবু মশাগী মরালগীদমক চৈরাক তত্তনা পী। নিশা চাবা, লল্লোনবা, মীওইবগী হক অমদি ইজ্জৎপু খোঙগাউনবা খুদিংবুসু থেমনৌবায়াদ্রে হায়দুনা চৈরাক পী। অদুবু নোংমদি মফম খঙদনা ইরোল্লুংদা লুপখ্রে। মহাক্কী থৱায়দুনা তত্তনা লাক্লগা মাঙখ্রবা মহাক্কী শক্তম্বু হীংগৎলু, ঐগী ইতেং পাংঙু হায়দুনা ঙংলরে। অদুবু কমদৌনা ঐনা মাগী মতেং পাংলুনি, মহাক কনানো হায়বা ঐ মশক খঙদে, মীং লৈফমসু খংদে, ঐ ইশামকসু ঐসে ঙাওরব্রা? মঙগী ৱাবু ৱারা হায়দুনা খন্দোকখি। অদুদগীদি মঙদা তোকখ্রে তাইবংদা ঐগী মীৎতা মুক উহল্লকপা হৌরে। ঐ অহানবদি কিদুনা চেল্লম্মী অদুবু খংলকই মহাক ঐতনা উবা শক্তম অমনি। অসুম-অসুম হৌখিবনা খংলকই মহাক্কী মরমদা মহাক্কী মমীং মালেমঙানবা কৌই, খুঙ্গং অমদগীনি হায়বা। নাম্বোকপা য়াররোইদবা মরমদুদগী ঐ নাম্বোকনবা অমুক হোৎনরুবা তৌদনা মতেং পাংলগে হায়না খল্লে। মহাক্কী মতেং পাংনবা ঐনা মাগা উন্নবা, মতেং পাংবা অমদি মহাকনা তৌহন্নীংবা থৌদা খুদিং ইল্লীবা মশকশিদা মীয়াম্নদি ঐবু অঙাওবগুম মীগা মান্নদবগুম ওইনা উবনি। 'দুবু ঐহাক্কী

পুক্লীং হীরমদুদা খোইজংখিবনা ঐনা মদুদা পুক্লীং চঙলুবা ঙমদবনি। মসিনা ঐবু তোঙানবা সংসার অমগী মী তাহনখিবনি তাইবংশিনা।"

"নহাকনা করি করম্বা থৌদানো পাংথোকনবা হোৎনরুরীবা, শন্দোক্লা খৎতং হায়বীবা য়াগদ্রা?"

"অহোয় হায়জগে, মহাক্লা নোংমা ঐবু মাগী ময়ূমদা পুই, মফমদু ইম্ফালদগী য়াম্না তাম্বা খূঙ্গংগী লমদম অমদনি। মফম অদুদা মাগী নিংশিং ব্লারী ওইহৌরবা ব্লারী কয়া মফম-মফমদুগী মতুং ইন্না লী। মাগা নুংশিনজবী ঙাম্ঘোই কৌবী অমগা থম্মোয়-থম্মোয় চীলোৎনফমনি হায়বা মফমদুদা ঐবু পুশিল্লী। হৌখ্রবা মাগী নুংশি ব্লারীশিং অদো মকা লাম্না লীজরকই। অদুবু খংহৌদনা ইঙাগী নোংহৌগুম ইরা চেনখি মীৎম্না অনীদো ... হায়রকই নুংশি ব্লাইথুংনশি শরী শকনখিবা মহাক্তো ঙসিদি মহাক্লা লৈত্রবদা কনা অমগী ওইগ্রে। মহাক্কী ব্লারী অদুনা ঐবুসু হুমদুনা পুরী।

ঐহাক কাউথোকখি ঐসে ঐ ওইরীবরা হায়বফাও। ময়ূমদা চংদুনা অহল ওইরবী মমা লুখ্রাবী অমগা মচন্নুপী অমগা লৈরম্লীবদুদা ঐনা হংজে মাগী মরমদা। অদুবু মখোয় কনা অমত্তনা পাউখুম পীরক্তে, ঐবু য়েংদুনা লৈ। ঐনা উরকই মাঙ্গোলদা থেৎলীবা মীরাং থুরবা মাগী ফোটোদা লৈ পরেং য়ান্দুনা থম্লীবদো। চংশিন্দুনা য়েংলুই "নোংথোংবম মালেমঙানবা মৈতৈ, একসপীয়র ওন ৩-৬-২০০০ হায়না থারীবদো। ঐ খংপ্রেক খংঙি, নুংবংননা চেনথোরকই মচী অমদা, শ্বর থাবেৎ-থাবোৎ হোন্দুনা অকীবা হন্থহল্লীগৈ, তুংলোমদগী মানা ঐঙোন্দা শোক্তুনা হায়রকই, "লীক্লাই নঙসু ঐবু কীরে নত্রা? চুম্মী ঐ অশীবনি ঐ নঙগী মাঙনবা তৌরোই মরমদি ঐ নঙগী নতেং পাম্মী"। ঐনা তপ্না-তপ্না হায়খি, "করি ঐগী ইতেং কবম্বা ইতেং, নঙদি অশীবনি ঐবু থাদোক্লো নঙ চৎখ্রো নঙদি অশীবনি"। মানা খুম্লকই, "ঐগী থব্লায়সে লৈতাবা ফংদ্রে, ঙাওদুনা লৈরীবনি, নহাক্লা ঐগী ইতেংশিমত্তং পাংবীদুনা লোইশিনবা ঙমহৌদ্রবা ঐগী ব্লারীসে অমুক্তংদি ময়েক শেংহনবীয়ু। ঐ খঙঙি নহাক ঐগী ইতেং পাংবা ঙম্বা মীনি। (ঐনা খুমদ্রবদুদা মহাক ব্লারীদো লীথরকই) ঐহাক য়ু.জিগী অচৌবা থৌপুবা মীশক অমনি, ঐহাক্ল অচুম্বা তৌবা পাম্মী। মরায় চাইথরবা ইরৈচাশিংসে অমুক্তদ শেমগৎ-শাগৎপীদুনা মোমোন নোকচহন্নীংখি। অওনবা খুন্নাই অমগী মীৎয়েংদা ঐনা থৌ অসি পুখিবনি।

অদুবু ঐখোয়গী মরক্তা মান্নদবা লীজেলনা মরম ওইদুনা খুৎতা পায়রিবা শক্তিশিংদো লান্না- লান্না শীজিন্নবা হৌরকখি। ঐখোয় মশেল অমনা অমবু থাজবা ৱাৎলকই, চিংনবা, কিনবনা মাং থান্নরকই। খল কায়রবা ৱায়েলদুগী লীচিংদুনা ৱাখল মান্না- মান্নবা খাবুম- খুবুম তান্নরকই।

অশেংবা অচুম্বা তৌসি হায়জবা ঐখোয়বু মদুবু য়ান্নীংদবা লালহৌবগী মায়খুমদা শেন্দানবা, ইরাং শেমগৎপা মখোয়না য়েংথিরকই, ঐগা লোয়নরম্বা ইচিল ইনাওশিং মখোয়না সেকুরীটিগী ইচিল ইনাওশিংদা পাউ পীশিন্দুনা মরাইবক থিহনখিবনি। ঐনা চেন্দুনা নুংচেপ অমগী মরুমদা থৱায় অসে হীংননবা লোৎতুনা লৈখিবনি। আমি অমদি মখোয়গী মরক্তা ঐনা য়েরুম ওইদুনা চাদা থক্তনা কংদুনা থৱায় অসে থাখিবনি। অদুবু ঐনা উৎনিংলম্বা ঐগী লম্বীদুমদি ঐনা উৎপা ঙমখিদে। ঐগী পুন্সি অসুম্না মাংখিবা ঐ পাম্মুই। অদুনা লোইশিলহৌদ্রবা ঐগী অৱাৎপা থবকশিং অদো নহাক্না লোইশিনবীয়ু অসিতনি ঐনা নঙোন্দা হায়জবা"। মাগী ৱারীদুনা ঐঙোন্দা ইনোৎ অমা পীরকখি।

"ঐ মানা হায়বগী মতূং ইন্না মাগী মরমদা মথং- মথং খঙলকখি, মাগী পোলোইবীখিদ্রবা শরু পোলাংশিংদু ঐবু য়েংহনখি, মদু উবদা ঐ থুক লাউই। পুলিস ফাইলদা অসুম্না ইরম্মী নোংথোংবম মালেমঙানবা শেল খায়বা, শেল লাকপা অমদি লালহৌবগী নমাদা ওইজবা থীবা মীওই অমনি, মহাক থীবা শঙখিদ্রবা মীরোৎ ওইরবা মীওই অমনি, মহাকপু হীংনা অমদি শীনা শীন্নবা ঙম্বা মীদা লূপা লীচা অমগী মনা পীগনি। ওইরম্লীবা ওন্না- তৈনবা ৱারোলদু ঐ ঙকই, থিন্থদনা ৱারেং কয়া ইদুনা মাগী মরমদা ফোঙখি। মহাক লানদে হায়বগী চপ চাবা প্রমান ঐঙোন্দা মাগী মরী- মখোং থীগৎতুনা ৱারেং ইদনবা অমদি হীরমশিদগী লাপথোকনবা কীহনবা লাকখিবা নুমীৎতুদা খংখি। ঐসু লীংজেল খাবীনিনা খোংফম কোমথোকপৈ মহুৎ হেন্না চেৎশিনখিবনি। মমৈদা মহাক মায় পাকলে, মঙোন্দা চুদুনা লৈরম্বা ডাকশিংদু কোকখ্রবদা, ইরৈচাশিংশিনা মাবু ঙসিদি কয়াদা ইকায় খুম্নরীবা। মহাকপু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা লৈ চাইরীঙৈদনি ঐঙোন্দা থাংনা থীল্লম্বদো ... অদুদগীদি ঙসি ফিভমশিদা ঐ ..."

"থৌনা ফবি লীক্লাই, নহাক্কী থৌনা অঙকপনি, নহাককুম্বা মরী- মঙাতংগা লৈরবদি ইরৈবাকসে অসুম্না ৱারোই, থাগৎচরী ঐবু তেংবাংবীবগী, ঐ শোইদনা

ইরৈচাশিংশিনা খৌরাংনা ঙাইরীবা অরোনবা লীখুনসে হয়েংগী পাউচেগী মরু ওইবা পাউ ওইনা ফোংদোকচরগে, অদুদি ঐ অমুক ...!"

নোংথাং লৈমানা চৎখ্রবা মতুংদা অরংবা মঙাল অমগা লোয়ননা মহাক লাকই, ঐঙোন্দা থাগৎ ব্রাহৈ কয়া হায়জরদুনা লৈ মপুল অমা খুৎশিন্নরম্মী অদুদগী অসুম- অসুম লাপথোকখি, মমৈদদি মৈবুল ওইনা চাইথোক্তুনা মাংখি। লৈনমদু ফংবদুদা ঐ মীৎ খংপাং পাংথোরকই, ঐগী খুৎতা মনম নুংশিবা লৈ মপুল অমা পায়রম্মী, অদুবু কনামত্তদি লৈরমদে, হোসপিটালগী ফমুংদা ইদোম হীপতুনা লৈদুদা য়েংদুনা খল্লকই, মসিনা মহাক্কী কায়না বীদাই শকলবরা ?



# "নুংশিবীবলক্তগী"

মহাক্কি ৱারীমচাশিং অসি হৌজিক ওইরিবা খুন্নাইগী মশক অসিদগী নাম্থোক্লুনা চেনখিনবা হোৎনদে। অহোয়নদুম মহাক্কি ৱারীমচাশিং অসিনা খুন্নাই অসিদা অচৌবা পাউজেল অমা পীনবা হোৎনরি। মঙোন্দগী চেন্থরক্লিবা ৱারীমচাগী ইচেল লেপ্তুনা চেন্থরকপা ওইরসনু।

সৌবাম তোম্বা লুৱাং
কিশি

'কিশি' ওজিৎকুমার লুৱাংচাগী মচানুপা অহলনি ৱারীমচাগী তাইবংদা। মচানুপা অহল হায়বসিতবু মপুক- মপাউ ফৈ, অদুবু খরদি পঙই। মসিদি লাইব্রানি অদুমকপু মাগী অহানবা ৱারীমচাদা উৎলিবা মশক অসিনা তাকপদি মহাক্কি মখা তারকপা ৱারীমচাগী মশক্লা পারিবশিংগী পূক্লিং শোয়দনা চিংশিনবা ঙম্লগনি হায়বসিনি।

আই. বসন্তা
চৈচৎ ২৬-০৮-২০১১

মণিপুরী ৱারীমচা অইবা কুঞ্জমোহণ, প্রকাস, প্রেমচান্দ, প্রিয়োকুমার, জিল্লা কোন্সম, শ্রী বিরেন নচিংবা অসিনা ইখিবা অদুগী মতুংদা ওজিৎকুমার লুৱাংচাশু লম অসিদা চঙশিল্লক্লে। মাগী ইবগী ইষ্টাইল, টেক্নিক পুন্নমক অসিনা অপাবশিংগী পূক্লিং শোয়দনা চিংশিনবা ঙমগনি হায়বা অসি ঐগী থাজবনি।

আর. কে. গুনচন্দ্র
ঙাকলৌ, (অনীশুবা মশিং)

"Write everyday, keep a moment to literature"

Thokchom Binapani Devi
25/4/2011, Jiribam

"O Promising Youth's, I encourage you forever"

Kh. Anandini Devi
25/4/2011

